থোঙজবী :—
কুমারী মোইরাংথেম ইন্দিরা দেবী
অমসুং
কুমারী লাইশ্রম আশালতা দেবী
থাংমৈবন্দ হিজম দেবান লৈকাই, ইম্ফাল।

১ বা থোঙবা এপ্রিল, ১৯৮৯ ইং

কোপী ২,০০০

মমল লুপা ৩০.০০

শ্রীরাজকুমার শোমোরজিৎ সিংহনা
দি ইষ্টর্ণ ইণ্ডিয়া ষ্টেন্দর্ড ওফসেট এণ্ড লেটর প্রিন্টিং প্রেস,
কৈশামথোং, ইম্ফালদা নম্বা।

মৈরেবাক মজাতিগী নীংতম লানফমদা
মপুন্সী কংথোকপ্লবা দেশ ভক্ত
অথৌবশিংদা কচ্চবা—

শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহ ১৯৪১ ইংগী আগষ্ট ৩১ নিংথৌকাবা মুনিত্তা খাঙবোক মখা লৈকাইদা পোকখি। মপাবুং শ্রীকোইরেং সিংহ মায়াংবাসুংগী পুংয়ৈবা হঙ্গবনি। অপোকপী শ্রীমতি কৈন্যা দেবীদি লেখক্কা মথোং কারকপা মতমদা লাইরৈবাক তানখ্রে।



লাইরিক লেংবা
শ্রীমোইরাংথেম ইবাবোত সিংহ

থৌবাল চাওয়াইমা হায়র সেকেন্দরী স্কুলদগী ১৯৬০ দা মেত্রিক অমসুং ১৯৬৪দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী বি, এ, পাস তৌরবা মতুংদা আগরা (ইউ,পী) দা চহী কয়ামরুম লৈতুনা অরাংবা খাক্কী হিন্দী শিক্ষা ফংখি। মথংদা অলিগড ইউনিভর্সিটিদগী এম, এ ( হিন্দী ) ১৯৬৮ ইংদা পাস তৌখি। মাহুদগী মৈ-ত্রবাক্কা থোরক্লগা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী ১৯৭৬ তা লিঙ্গুষ্টিক ( Linguistic ) তা অমুক্কা এম, এ থাহুনা ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি। ১৯৭৯ ইংদা বি,টি পাস তৌখি।

সমাজ সেবা (social worker) ওইরম্বদগী সরকারগী থবক চঙখি। লিরাচনিং হায়স্কুল, পোপুলর হায়স্কুল অমসুং থৌবাল বাংথেমদা ওঝা ওইরমই। মথংদা লেকচর ওইনা জি, পী, কোলেজ, থৌবাল চাওয়াইমা হায়র সেকেন্দরী স্কুল অমসুং জিবিরাম হায়র সেকেন্দরী স্কুলদা থবক তৌরমই। মতুংদা গভর্ণমেন্ট হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইনা খাঙবোক হায়স্কুল অমসুং উথ্রুল চন্দ্রং কাজিফুং হায়স্কুলদা থবক তৌরমই। হৌজিক বেঙ্গলী হায়স্কুলদা হেড মাষ্টর ওইরি।

পুথোকচরিবা "খোংজোম লান" অসিনা লেখকী তরুকগুবা লাইরিক্নি। মহাক্কী ১৯৬৭ ইংদা পুথোকখিবা "সাহিত্য আলোচণ" ( Study on Literature ) কৌবা লাইরিক্না সাহিত্য নৈনরোয়শিংদা মথেল অমগী মহাও ফংহল্লি। 'শিবগী অরোনবা বারী খরা" কৌবা লাইরিক অমসু হন্দক্না পুথোকখি। "মণিপুরী সংস্কৃতি" ( Manipuri Culture ) কৌবা লাইরিকসু অথুবা মতমদ রিলিজ তৌরগনি।



সুরচন্দ্র মহারাজ



কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজ

# অখণ্ড-অহৈশিংগী মত—

সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশনা স্বাধীন মণিপুরী রাজ্য মখুৎ চন্নবগীদমক মহাক্কী লৈঙ্গবা লৌশিং মপাঙ্গল শিজন্নবদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী রারী ইতিহাস ওইনা "খোংজোম লান" কৌবা লাইরিক্তা এম, ইরাবোত সিংহ ওজা ইবুংঙোনা ইবা লাইবিক অসি মমুৎ তানা পাজরে। ওজা ইবুংঙোগী লাইরিক অসি ইতিহাসতগী হেন্দোক্লনা থৌদোকশিংগী মফম মতমগী অকুপ্পা রারী ওইবনা মণিপুরনা মীখা পোনখিবগী মরমদা খঙনিংবশিংগীদমক থোইদোক্লা বান্নবা লাইরিক ওইগনি। তুংগী তরোন চাবোনগী লমজিং লাইরিক ওইহৌবগনি।

রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ
এক্স: এম: এল: এ "মরুপ" চেযোঙগী ইডিটর
বনমালী রোড, অগরতলা, ত্রিপুরা

তাং ১৮। ৪। ৮৯ ইং

## অখণ্ড-অহৈশিংগী মত —

শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহনা ইবা "খোংজোম লান" পাজরে। লাইরিক অসিদা খোংজোম লান নিংথিনা তাক্কক নাইনা ফজনা নৈনরি। লানগী মরমদা ইবা হায়বসিমক্তবু লান হৌরকপগী মতম, লাম্নুংদা থোকখিবা থৌদোক অমসুং লান অহু শোক্রবদগী থোকখিবা থৌদোক অমসুং লান অহু শোক্রবদগী থোকপা ফল অহুম অসি লোইনা চঙই। শ্রীইরাবোতনা ইরিবা "খোংজোম লান" ১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বর লালহৌদগী হৌরদুনা মথং মথং চৎথরক্লনা আসামগী চিফ কমিশ্নর, জে, ডব্লিউ কুইন্টননচিংবা সাহেবশিং হাৎপা, মদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা লান্দানবা বৃটিশকী থৌরাং, মণিপুরগী মাযকৈ অহুমদা কাছাড়রোমদগী, কোহিমা-রোমদগী অমসুং তুমুরোমদগী লান চঙলকপা, লানফম অসিগী মমুংদা খোংজোমদা অকনবা লাঙ্গাও থেংনখিবা মথং মনাও ফজনা ইরি। লানগী ফল বৃটিশনা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিল ২৭ তগী মণিপুর লৌশিনখিবা ফাওবা লাইরিক অসিদা নৈনরি। শম্না হায়রবদা মণিপুরগী ইতিহাসকী নীংতম্বা মাংখিবা পন্দুপ অমনি হায়নিংই। লাইরিক অসিবু ইরিবা শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহবু থাগৎচরি। মতুংদসু অসিগুম্বা লাইরিক পুথোকপিদুনা মণিপুরী লাইরিকী পুকৈ ফেনগৎহনবিগনি হায়বা অচেৎপা থাজবা থমদুনা 'খোংজোম লান" ইরিবা শ্রীইরাবোত সিংহবু অমুক্তসু হন্না থাগৎচরি।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল
তাং ১৭। ৪। ৮৯ ইং

রাজকুমার শ্রী মাহল সিংহ বি, কম
এম, সি, এস
মেম্বর, মণিপুর হিষ্টরিকেল একাডেমী
মেম্বর, সাহিত্য একাডেমী (নিউ দিল্লি)

# ৱাহৈ অনীদং

"খোংজোম লান" হায়বা লাইরিক অসি ইংশাক ১৯৭৩ দগী ইসা হৌজখি। ওল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফাল স্টেশনদা হিন্দি-দা এপ্রিল ২৩ গা মরী লৈননা ৱা ভাগুলুবদগী অসিগুম্বা লাইরিক ইনিংবগী থৌইনশিন কংজখি। কাছাড়গী মণিপুরীশিংনা শিক্কিবন হায়রকলদা ১৯৭৭ ইংগী এপ্রিল ২৩ দা পাঙথোকখিবা খোংজোম দিবস পালনদা বাৰ্তোন কংদুনা যাওজরুবদগী মমল যাম্নবা লাইরিক অসিগী মচাক কযামরুম কংলকখি। থৌবম অদুগী থৌশিল থৌবাংগী মায়ৈকদগী পনবিবকই—"ভগৎ অমসুং খোঙতবাম অনীমক্কী ফিলম পুথোকখ্রে। মণিপুরীশিংদ হৌজিক কাওনা কৈদৌঙনা লৈবি? ঐখোবদি মণিপুরনা চাউখৎপা ভাইদুনা লৈরি।" ৱাহৈশিং অসিনা ঐহাক্কী কলম য়াংশিনহনখি।

লাইরিক অসিদা পীবিবা থৌদোক ৱাথাক্কী মতাংদা নীংশিংবা যাই, মাদুদি—মণিপুরদা থুনমক ইস্তাউ অমা কাগদৌবে হায়না টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী মরুপ অমনা কুইন্টন-না মণিপুরদা লাকপগী মরমদা টেলিগ্রাম তৌবকখি। মসি (টেকেন্দ্রজিৎ) ফানবা রেসিডেন্সিগী মনুংদা কোম অমা তৌবগা উপাক থাদুনা, মাদুগী মথক্তা ফবাংজি যিদা পাক্না থাবগা ফদাতুগী মথক্তা চৌকি থাদুনা থমই। চৌকি অদুদা টেকেন্দ্রজিৎপু ফমহল্লগা কোন অদুদা তাহল্লগা নমদুনা কাগে হায়না থৌরাং তৌরমই। মতম অদুগী মণিপুরগী মীশিং ১৮৪৪৬৫ খক্তনি। পিকখ্রবা জাতি অসিনা মুমিং তারা লৈবমক্তনা বৃটিশ সাম্রাজ্যগা হকথেংনবা লান থেংনরক্লিবা অসি থাগৎনিঙাই ওই। টেকেন্দ্রজিৎপু হাংখিবা মীহাৎ অসি বৃটিশনসু পেনখিদে। পাউ অদু লণ্ডনদা কংবগা বৃটিশ গোভর্ণমেণ্টগী অন্দর সেক্রেটরী স্যার যোহন গোষ্টনা ভারত সরকারদা টেলিগ্রাম্না হকাইবা পীরকখি।

লাইরিক অসি মপুং ফাহনবা হোৎনবদা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র শিংহনা মমল য়াম্নবা পাউতাক পীবিবখ। মধা শ্রীমোহন সিংহ, বি-কমনা উৎসাহ পীবিরকই। ইম্ফাল কোলেজগী হিষ্টরিগী সেনিয়ার

লেকচরর শ্রীবাম্পা ... নমুম সনামচা শর্ম্মনস্থ লাইরিক অসি মোর্দনাইজেশন মওঙ তানবা শেমদোক শাদোকপিখি। মসিগীদমক ভদ্রলোকশিং অসিগী লমন তোনশিনজবে। দি ইষ্টর্ন ইণ্ডিয়া ষ্টেন্দর্ড ওফসেট প্রিন্টিং প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাজকুমার সোমোরজিৎ সিংহনা লাইরিক অসি ইংশোক ১৯৮৯ ইংগী এপ্রিল ২৩ ( খোংজোম নুমিৎ ) নংনবা থুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা অরাবা থাংবিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবি। মথং-মথংদা এক্স ফোটো ষ্টুডিওগী প্রোপ্রাইটর শ্রীরে ইবোহল শর্ম্মানা লাইরিক অসিদা চঙগদবা ফোটো পুন্নমক তেংবাংবিবকপগীদমক শ্রীশর্ম্মাবু থাগৎচবি।

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা লাইরিক অসি নম্নবা শেলগী মতেং পীবিরবপগীদমক বিভাগ অসিগী মরী লৈনবা অথোরিটিদা তৌবিমল খঙবা উৎচরে। লাইরিক্কী মচাক খোমজিনজবদা মাথা শাজখিবা রাযম অমনিদং পনজিনিংবদি অখঙ-অহৈ যাম্লকপগী মতিক মত য়ামথবে—চিংলেননাগী পারী-পুরী থিজরুবদা থবনা লাবন্যচন্দ্র মহারাজগী মচানবা শিংজ্রিংকা মচানি হায়, ( লামায় ৪৭ )। পা.গুপ্ত শেলচন্দ্র সিংহনা মহারাজ অসিগী মচানিপা পোচাসনা-না পোকপনি, মশামক ফুঙ্গানাই শংলাকপা ওইরমই হায়না ভাকপিরকই। অদুগা করিগুম্বা লাইরিকতা পাকাসনাগী মচানি হায়না ইবি। মহারাজগী এজেন্ট ওইনা কলিকতাদা লৈরম্বা মৈতৈমচা অদু গোপাল সিংহ ( লামায় ১২ ) নত্ত, গুলাপ সিংহনি হায়রবা মতম্থ পীবিরকই। বৃটিশ সরকারগী অইবা রেকোর্ড পুম্নমক্তা Thangal গী মহুত্তা Tangal হায়না ই। অপারশিংগী মবিধাগীদমক মোদর্নাইজেসন মওঙদা জেনেরেল অসিগী অশেংবা Thangal হায়না অদুম্মক থমজবে। হাথু হাথু নমজবদা মরু ওইবা মচাক থবস্থ চিংথহোরে; বানান থরস্থ অরানবা যাওথরে। নাত্তুগীদমক মীয়ামা ভাকপীগনি। মথংগী থুনমদা শেমদোক চুমথোকনবা নিংশংজরে। লোয়ননা হেন্না মরিক চুম্বা লাইরিক ওইনবা পাউতাক পীবিগনি নিংজৈ।

ইম্ফাল, তাং ২১। ৪। ৮৯ ইং শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহ

# য়াওফম তাকপা

হীরম | লামায়

# রাহৌদোক

নীংথৌ পোনবা হায়বসি মংদা ফাওবা লুংঙাইতে। যেলহৌঙৈদগী নীংথৌ পোনবা মশক খঙলকুবা মণিপুরী হায়বা জাতি অসি খৃঃ ১৮১৯ দগী খৃঃ ১৮২৫ ফাওবা চহী তরেৎ লৈবাক কুম্নাক-লৈতাক্নুনা তেংথা থাওইননা থাঙখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজনা বৃটিশকী মতেং লৌদুনা মণিপুরদগী বর্মীজ পুম্নমক তান্থোক্লগা লৈবাক অমুক ইনৌ নৌনা শেম-শাংদুনা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী ২৬ তগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। অদুবু মণিপুরগী মহৌশাগী শক্তম অদুদি ওইদ্রে। মী লাখ নিমখা তাবগা লৈবাক অসি মী লিশিং অহুম মরিথক্তা মঙাইহৌবে। লানচেনবদা কাছাড, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশতা থুন্দারুবা মণিপুরী হায়বা অমুক হন্নকখদ্রে। মখোয়গী শুরোন-চারোন্না পাকথোক শন্দোরক্লনা কাছাড, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশতা হৌজিক লৈরিবা মৈতৈ খুন্নাইশিং শেম্লকপনি।

চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতুংদা চৌরজিৎ, মারজিৎ অমসুং গম্ভীরসিংহ অচিম্বনাও অহুম্না কাছাডগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু খৃঃ ১৮২৩ দা মাযথিবা পীদুনা কাছাড অপুম্বা জয় তৌদুনা লৌশিল্লমই অমসুং তোঙাল-তাঙালনা জগাদা নিংথৌ ওইদুনা পান্নম্মী। মারজিৎকী কোন্নুং হায়লাকান্দি, চৌরজিৎকী কোন্নুং ডুগ্রিপার অমসুং গম্ভীরসিংহগী কোন্নুং কুমরাটতা ওইরম্মী। চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতুং যাম্না কুইনা কাছাডগী মনুঙচনবা চন্দ্রপুরদা মণিপুরগী নোংচুপ হাংম ঙাক্লবা মৈতৈ থানা থম্লম্মী। মতম অদুদা মণিপুরগী মরী (relation) শিলেট ফাওবা শাংদোক্রমই। ডিমাপুর রোড* ফাওদ্রবঙৈদা মণিপুরগী নোংচুপ থোঙ (Western gate) শিলেটতা ওইরমই। খৃঃ ১৮৩৩ দা বৃটিশকা মণিপুরগা য়ানবা অমগী

---

* খৃঃ ১৮৮১ দা ইম্ফাল-মাও লম্বী শেমখি। খৃঃ ১৮৯৩ দা ডিমাপুর ফাওবা ফাওহনখি।

মখা পোল্লা তিরিবান মণিপুরদা হাপচিন্দুনা জিবি তুরেল অনম্তং ববাক তুবেলদা মণিপুরগী নোংচুপ ভমথৈ য়াংখি।

বৃটিশকা মণিপুরগা মরী লৈনবা হৌখিবসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগীনি। মতম অসিদা বর্ম্মাদা তাম্থোক্কনা লৈরম্বা মতোল ইবুংঙো ভবতশাহনা বৃটিশকী নতেং লৌদুনা নিংথৌ খুবমদা হল্লিল্লকদরা হায়না চিংনবদগী অমম্তুং কবোনা লান্দাবক্কদরা হাযনা কিনদগী বৃটিশকী মতেং লৌনবা বৃটিশকা মরী শম্নবা মবাম্তুং গৌরশ্যাম্মা হরিদাস গোস্বামী কৌবা বঙ্গালী অমবু চিট্টাগোংদা থাদুনা মিঃ ভেরেলষ্ট (Verelst) সাহেবকা উননবা থারম্মী।

হরিদাস গোস্বামীগা মিঃ ভেরেলষ্টকা উনদুনা বৃটিশকা মহাকা যান্ন-চে ( offensive and defensive ) দা খৃঃ ১৭৬২ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১৪ দা সহি তৌনখি। মসিনা মণিপুরগা বৃটিশকা মরী লৈনবা হৌখিবগী অহানবা খোঙথাংনি। মসিগী মতুংইন্না ভেরেলষ্ট সাহেবনা মণিপুরদা লাক্নবা খৃঃ ১৭৬৩ গী জানুযারী থাদা চিট্টাগো থাদোকখি। এপ্রেল থাদা আসামগী বদরপুর মনা ক্লা খাসপুরদা থুংখি। নোংনা তদুনা চুথদগী, মহাকী খোঙলোয অযাম্বা নাবক্রদুনা মফম অদুদগী চিট্টাগোংদা হনখি। মণিপুর য়ৌরকখিদরে। মদুদগী মণিপুরগা বৃটিশকা মতম থবা মরী তংলুরে।

মথংদা চহী তরেৎ খুম্তাকপা মনুঙদা মণিপুরদগী কবো তাম্থোক্কবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচা অতোনবা গম্ভীরসিংহনা বৃটিশকী মতেং লৌকনা মণিপুর উদ্ধার তৌখিবশিং তাদু নিংশিংবা যাই। মসি মণিপুরগা বৃটিশকা মরী লৈনখিবগী অনীশুবা খোঙথাংনি। মরী অসিদগী বৃটিশনা খৃঃ ১৮৩৪ গী জানুয়ারী তাং ৯ দা কবো তম্পাক বর্ম্মাদা পীথোকখি। বৃটিশকা মরী তংনদনবা হাযদুনা মক্তা ইবুংঙো স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা মণিপুরগী এজেন্ট অমা অমনা কলিকত্তাদা অতোপ্পা অমনা আসামগী লক্ষীমপুরদা থম্মী। মনা হাক্তক অসিদগী বৃটিশনা মণিপুর

লৌশিল্লমদা হাওবদা অসেম গুলাপ সিংহ কৌবা মীতৈমচা অমনা বৃটিশ সরকারগী হেড কাটর কলিকতাদা মণিপুর নিংথৌগী এজেন্ট ওইনা লৈলম্মী।

বৃটিশ সরকারগী পোলিটিকেল এজেন্ট মণিপুরদা থম্বা হৌখিবা অসি গম্ভীরসিংহ মহারাজগী পৃক্সি লোইরমদাত খৃঃ ১৮৩৪ দগীনি। অহানবদা পোলিটিকেল এজেন্টগী মথৌ অসি চুম্বা নিংথৌগী থাক ধানাদা তেংবাংবা অমদি মৈত্রবাক অসিদা মতৌঙ্গনা লান্দাবকপা মতমদা তেংবাংবা ওসিখক্তা লৈইরম্মি। খৃঃ ১৮৫১ দগীদি নিংথৌনা প্রজাশিংবু ওইথৌবরা হায়বা অতুম্ব খেংশিনগদবনি হায়বা বৃটিশ সরকারগী অথম্বা চেবোল অমনা খঙহল্লকখি। মাতুদগীদি পোলিটিকেল এজেন্টনা নিংথৌগী শাসনদা খাবৈ-খাবা শাসনদা ওইপা হৌখি অমসুং মণিপুর অসি খুত্থম চনশিনবা যানবা ওচঙবা ঙাম্বা ঙাইদনা লৈখি। মতম ঃসিদগী বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবা ফাওবদা মণিপুরদা মথং মথং লাকখিবা পোলিটিকেল এজেন্ট তবা নিথোই শুথবে। মখোযগী মনুঙদা খাইদগী অচাওবা কাখিবা পোলিটিকেল এজেন্টদি সেন্ট ক্লেয়ার গ্রিমউড ( St Clair Grimwood ) সাহেবনি। মহাক ইংশোক ১৮৮৮ গী এপ্রিল থাদা হায়রগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিঃ প্রেমরোজ ( Mr Premrose ) গী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইখি। মহাক যাম্না তল্লি। লোংজুথা মনুঙদা লোংমা যাওবা বাঙ্গলাদগী মপান থোকে।

নোংমা আসামগী ডিপুটি সার্জন জেনেরেল মিঃ এটিসন ( Mr. Aitison ) না ইন্সপেক্সন লাকপদা মহাকী অশোনবা অতু খঙলতুনা মহাকপু খুদক্তা জোরহাটতা ট্রান্সফার থাখি। মহাকী মহুত্তা মিঃ হেলথ ( Mr, Health ) বু ইংশোক ১৮৮৯ গী ফেব্রুয়ারী থাদগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট পুহনখি। ইকুই কুইদনা মিঃ হেলথ চহীসিগী এপ্রিল ৪ দা শিরবদা মিসেস গ্রিমউডনা শিলোংদা লৈরম্বা

বৃটিশ হায় কমাণ্ডদা হানোমজুনা মিঃ গ্রিমউডনা ১৮৮৯ ইংগী মে থাদগী অমুক হন্না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইদুনা মিংজবা আম্ থুংখি। শিলোংগী হন্না-মুংশিংতা লৈনিংবদগী মিসেস গ্রিমউডভু মরক মনক্তা লাক্লবস্থ থা ১৯ নপুরোইবগী নাক্তা মণিপুরদা লৈরমদে। মমুং মতম অসিদা গ্রিমউড সাহেবকী লমচৎ ওখাক মোৎলমই।

ডাঃ আর, সি, মজুমদার (কলিকতা) না মাগী "Rebellion in Manipur, 1891" কৌবা আর্টিকলদা ইবি—রেসিডেন্সি কম্পাউণ্ড মনুঙদা "লৈশাবা পুখ্রী" হায়না খঙনবা পুখ্রী অমা লৈবমই। পুখ্রী অদুদা মণিপুরী মশক ফজবা লৈশাবীশিংগা মিঃ গ্রিমউডনা মি তোংমিন্নদুনা অমদি চাংবাইমিন্নদুনা খুদোংচাবা লৌই। মহাকী হৈনজিনবা লমচৎ-শাজৎবা মরমদা মতম অদুদা মুশোনায়া লৈরম্বা কেপ্তেন এ উরিউ হেয়ারসেনা মাগী "Manipur" (1891) কৌবা লাইরিক অতনম্বা লামায়দা অস্সুম্না ইবি—মিঃ গ্রিমউডকী কেমেরা অমা লৈ রেসিডেন্সি মনুঙদা দার্ক রুম (dark room) অমম্ লৈ। মণিপুরগী অঙম-অথৌশিংগী নশক ফজবা নুপী অমম্ মচ, মশু লৈশাবীশি ফোটো নম্বিরিবা হায়দুনা মাগী দার্ক রুম মনুঙদা পুশিনদুনা ইজ্জৎ মাংহল্লি। থঙ্গাল জেনেরেলগী মচানুপীগা মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেন্ট সিম্পসনগা মরী লৈনাখ। মাতুগীদমক মণিপুরীশিংনা মথোয় অনীনক্তা অচেৎপা তাঞ্জা ভাইদুনা লৈখি।*

---

* মিঃ কুইন্টনগী মতুং ইন্দা দরবার কমরা ম্না-কোচুং চঙলকপদ লেফটেনেন্ট সিম্পসনবু মরোঙ্তা থাঙনা মাৎখি। মিঃ গ্রিমউডপুনা তান্নথিন্দনা থাৎখি।

# খোংজোম লান

## অহানবা তাঙ্কক
## ১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বর লালহৌ

'নিংথৌ পান্দবা লৈবাক্তা লৈহৈদে, মৈতৈ নিংথৌদি পাখংবগী ধারানি, পাখংবনা লৈবাক ভাক্সবা মতিক-মযাই পিববনি , নিংথৌ খুভম হাপত্রি-বমখৈ নোং তাদে, লৈবাক তপ্তে'—অসুম্না মৈতৈনা থাযনদগী মৈতৈ নিংথৌশিংগী মতিক-মগুণ শীংথানরকই। বৃটিশকী মতমদা ফাওবা বৃটিশশিংনা শক-শোন্নবমই-"Maharaj who is all powerful and mighty in power." অসুম্বা নিংথৌগী মতিক-মগুণ পুম্নমক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থুপগ্রবা মতুংদা লৈখা তাখবে। মীথা পোনবা মশক খঙলক্কবা মণিপুর—বৃটিশকী মখা পোনখি। মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা পন্দুপ অমা হৌখি।

মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি কে, সি, এস, আই, খৃ ১৮৮৬ কী মেগী তাং ২০ দা নোঙ্গাখি। মহারাজনা থুগ্লমদাইদা মচা ইবুংঙো অহল সুরচন্দ্রদা নিংথৌ খুবম শীম্নবমই। মথং মনাউ কাযদনা কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহবু যুবরাজ অমসুং ঝলকীর্ত্তি (থৈঙ্গাউসনা) সিংহবু সেনাপতি হাপ্লিবমই। থবক পাযবা থা মখায ফাফাত্তনা ঝলকীর্ত্তি সিংহ থুপগ্রবদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু সেনাপতি হাপখি। রাফম অসি সুরচন্দ্র মহারাজনা বৃটিশ গোভর্ণমেন্টদা খৃঃ ১৮৯০ গী নভেম্বর ১৪ দা মহাক্কী রাকৎ-দরখাস্তা পল্লি। মথং মনাউ কাযদনা মচা ইবুংঙো থম্বৌসনাদা শামুহঞ্জবা, পাকাসনাদা শগোলহঞ্জবা, অঙৌসনাদা দোলাইবেংহঞ্জবা, গোপালসনাদা ফুঙ্গনাই শঙলাকপা পিরম্মী। থাইগী অতোম্বা জিলাঙম্বাদি চহী ১৭ থক্তা ভায়ম্লি, অঙাং ওইরি হায়দুনা ফম পিবমদে।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মহারাণী তরানিথোই শুই। রাণী তরুকতি মচা পোকই, তরুক অমনা মচা পোক্কে। রাণী অহল অঙোম চন্নু লুকেশ্বরীনা সুরচন্দ্র, খম্বোসনা, পাকাসনা অমসুং গোপালসনা মখোয মরি পোকই। অনীশুবা রাণী ওইনাম চন্নু ভীমেশ্বরীনা ফৈজাউসনা (ঝলকীর্ত্তি) অমসুং সনায়াইমা পোকই। চোংথাম চন্নু কৌশেশ্বরীনা টেকেন্দ্রজিৎ মতোমতা পোকই। কৌশেশ্বরীগা পোকমিন্নবা চোংথাম চন্নু লুকেশ্বরীনা কুলচন্দ্রধ্বজ অমসুং গন্ধার পোকই। হাওবম চন্নু রূপবতীনা অঙৌসনা অমসুং অকোইজমচন্নু খন্দালেখীনা জিলাঙম্বা পোকই।

মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা টেকেন্দ্রজিৎনা খ্বাইদগী হেন্না পোপুলব ওই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা যাম্না মথৌনা ফবা অমসুং মরীংজেল থাবা মী ওইবকই। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী মথৌনা মবীংজেলগী মরমদা শম্লপ্পা খরদং পিজরি। টেকেন্দ্রজিৎ, শগোল তপ্পা থৌবা হৈতে, করিগুম্বদা শগোলদগী তাববসু চপ তিংনা লেপ্তুনা তাই। মীগী মকোক্তা কাংক্রুম থম্লগা যৈবদা মীতুগী মশাদা শোকহন্দবা ঙমই। খুরুম তোংলগা ঈশিং চাইশেল খুদোংনবগা ফুট ৪/৫ ৱাংবা বোম্বোং চোংবদা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা নীকথোকহন্দে।

নোংপোক থোং শাবা মতমদা শগাইগী ৱা পবেং যুংহুনা লৈরম্বহুদা ঈশিং ঈচাউনা য়ৈবদগী হাইহুনা লৈবা ৱাশিংহুগী মথক্তা টেকেন্দ্রজিৎনা খোংউপ তোংলগা চোংল-চোংলহুনা হঙ্গৎহন্দা লানখি। চিংমৈবোংদা লৈকোল অমা শেম্লগা মহাক মন্তদা হুংতিগী কোয়বা চৎলমই। নোংমদি লৈকোল অহুদা কৈ অমা লৈরমহুনা মাবু লাক্কে তৌবদা মথন্তনা মখুত্তা পাযরম্বা থাঙনা যান্দুনা কৈ অহু হাৎখি। মপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা চীংমী মকোক ওইবশিংবু কৌহুনা চাক পীজরমই। মহুগীদমক শা শেম্বা, থোং-থাকপা টেকেন্দ্রজিৎ মশামক যাওই, চাউথোক্কে। অহুগা চাক পীজবা মতমদা অঙাংশিংবু কোম্না পীজে। মরমদি অঙাংশিংনা তঙক তঙক য়েংবা হৈনরমদে। পোকপদগী কিবা মশক খঙলক্তবা

মীওইনি। মহাক অসি মরুপ ওইরগা য়াম্না ফবা, য়েক্করুরগা য়াম্না শাথীবা মীশক্নি। পাকাসনানা টেকেন্দ্রজিৎকা য়েংথিনরুবদগী মৈত্রবাক্তা অচৌবা লাঙ্গাও অমা থোককি।

মমা তিন্নদবনা মচিন-মনাও মুংশিনদবগী মবম ওইখি। মমা তিন্নবা মশেল অমা, মমা তিন্নদবা মশেল অমা—কাঙবু অনী থোক্লমই। মতুদগী টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং পাকাসনা য়েংথিনবদগী কাঙবু কাঙবু নাকপাক তানবমই। করি অমুক হায়গনি মনাই-মশেল ফাংবা নাবপাক তানরমই।

নোংমা টেকেন্দ্রজিৎকী মনাই খরগা খুম্ন তুনবদগী খুৎ থোক্নরক্তুনা পাকাসনাগী মনাই যাম্বদগী টেকেন্দ্রজিৎকী মনাইশিংবু থীনা ফুরমই। ৱাকৎনবক্তুনা টেকেন্দ্রজিৎনা বিচাব তৌদুনা পাকাসনাগী মনাইশিং অতুবু দণ্ডি পীখি।

নোংমা অমস্তু পাকাসনাগী মনাই বাপুচাঁদ ( ৱাংখৈ ) অমসুং খুমন্থেম পোৎপা ( লমদিং ) অনীমক্না টেকেন্দ্রজিৎকী শগোল অমা হুবম্মী। ফাগৎলক্তুনা অনীমক্কী জবান লৌবদা শগোল অদু পাকাসনানা পীবনি হায়না খুম্নমই। টেকেন্দ্রজিৎনা মখোয অনীমকপু লীচৈ অনী লোঙবনা যুবদা শিদে হাযবতা থাকই। অনীমক্কী কিডনি ( kidney ) শোকই হায়না পোলিটিকেল এজেণ্টগী হোসপিটাল এসিষ্টেণ্ট লসমন প্রসাদকী মেডিকেল রিপোর্ট টেকেন্দ্রজিৎকী বিচাবগী মতমদা পুথোককি।

পাকাসনানা সেনাপতিগী বিচারদা খুৎ থিংজিন্নবা হোৎনরকখি। মতম অদুদা পাকাসনানা গ্রিমউড সাহেবপু মণিপুরী তম্বিরমই। মিঃ গ্রিমউডনসু পাকাসনাবু ইংরেজী তম্বিরমই। তিন্নবগী মবীদগী পোলিটিকেল এজেণ্টগী মতেং লৌদুনা অনৌবা বিচাবপতিগী কম অমা শেম্নম্মী, পাকাসনানা বিচারপতিগী থবক থবা পুদুনা বিচার তৌরম্মী। টেকেন্দ্রজিৎনা মহাকপু ইকাইবা পিবনি খন্দুনা যাম্না শাউবম্মী।

মযাম্নুং মহাবাজনা যারে হায়বা মতাঙ্গুম পাকাসনা য়াম্না অচাওরম কাৱমই। মতুদগী মাগী মনাইশিংসু অচাওরম কাবমই। নোংমা মাগী

মনাই মনিলাল দে ( Manilal Dey ) কৌবা অমনা ব্রাহ্মণ অমবু থীনা তৌবিবা উবদা টেকেন্দ্রজিৎনা মনিলাল দেবু জেল পীখি।

মহৌশাদগী নিংথৌনা কোন্নুংদগী মপাল থোক্লমদাইদা তোপ থানৈ। অতৈ ফম্নাইবা নিংথৌমচাশিংনা মপাল থোক্লমদাইদা বেংগুন খোংনৈ। নোংমা কৈ পাউ লাকপদা টেকেন্দ্রজিৎনা মনাও অতোম্বা জিলাঙম্ববু কৈ ফানবা থাবম্মী। জিলাঙম্বনা বেংগুন খোংদুনা লাকপদা পাকাসানানা নিংথৌগী মচা ওইববসু ফম্নাইদ্রিমখৈদি বেংগুন খোংবা য়াদে হায়দুনা থিংলম্মী অমসুং বেংগুন মুল্লম্মী।

নোংমসু কোন্নুংদা টেকেন্দ্রজিৎনা মহারাজ ফমজাউদা চেম্লিমালে খন্দুনা ব্যবহার তৌরুবে। অদুগা মায হাইদোক্লকপদি মোইরাং নিংথৌ শঙলাকপা ওইবগ্নে। টেকেন্দ্রজিৎনা মহাকপু ফমজাউদগী মশম পাযদুনা চিংথোক্লগা খোঙপাক্লা কাপ্পদুনা দন্দি পীবম্মী। মদুদা সুবচন্দ্র মহারাজনা মনাই অচানবা অমনা ইকাইবা নংবা অদুদা টেকেন্দ্রজিৎপু ৱারৌবম্মী।

নোংমনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মজা ইবুংঙো অহল চহী ১° বোমদং শুরিবা অদুনা মীনা ইনশিনবদগী যুবরাজগী ফমফমদা যম্নমই। মসি পাকাসনাগী থৌইনশিম্নি, মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রবু ইকাইবা পিনবা শিনবনি খন্দুনা টেকেন্দ্রজিৎনা পাকাসনাবু শাউখি। মুংঙাইনদবা মরম কযামুক অসিগী মথক্তা মৈজাউ হৌখিবা থৌদোক্তি কোন্নুং মযাদা লৈরম্বা মশক-মতৌ ফজবী, মশম-মনা ফবী মৈপাকপী কৌবী লৈশাবী অমগী মরমদনি। পাকাসনাগী দমক ময়াম্নুং মহারাজ খঙনা হায়নদুনা লৈবনি, অদুগা মৈপাকপীগা যানবনা টেকেন্দ্রজিৎকা— মসিদগী অচাকপা মৈন্নুঙদা ঘী হৈজিনবগুম থোকখ্রে।

টেকেন্দ্রজিৎকা মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বা অনীসিগা য়াম্না লুনা চান্না তৌনরম্মী। মসিগীদমক পাকাসনাগা অঙৌসনাগা য়াম্না যেংথিনরমই। অঙৌসনানা মহারাজগী মথক্তা লান হৌগদৌবে,

মহারাজগা য়ান্নদবা কাণ্ডবুগী লুচিংবা মহাক্না ওইরে হায়না পাকাসনানা ময়াম্বুং মহারাজদা হায়জিল্লমই। রাফম অসি চুমই লাল্লি ইথি থিজিন্দনা মহারাজনা অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বা অনীমকপু সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ দা বিচার তৌগনি হায়না হুকুম পিবমই, লোয়ননা ন্নুমিৎ অতুগী অযুক্তা বিচারগীদমক মখোয় অনীবু ফাননবা হুকুমসু পিবমই। পাউ অসি তাবদা মখোয় অনীমক য়াম্না শাউখি অমসুং ফাহন্দুনা ইকাইবা নংগদবগী শরুক মবুথৌগী সিংহাসন মমাঙদা লান শোক্লহুনা শিখিবনা হেন্না ফৈ খনখি।

খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর থাগী তাং ২১ নোংমাইজিং ন্নুমিৎকী অহিং নোংযাইদা সুরচন্দ্র মহারাজনা শঙ্গাযদা চেপ্লিঙৈদা মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বা অনীনা কৈরাক থাহুনা সনা শঙ্গায কাথক্তুনা নোংমৈ কাপশিল্লমই। নোংমৈ মখোল তাবদা মহারাজ মিকপ থোক্তুনা চেপলম্বদগী লেঙখৎলগা কোযেৎ য়েৎশিল্লমই। মহারাজগী কোকথোন অতু নোংমৈনা পানখি। মহারাজবু, কৈরুংবনচিংবা মনাইশিংনা থৌগল তৌহুনা মনিংথোংলোমদা লেঙথোক্লরুগা শঙ্গেনথোংলোমদা চেহ্নোক্লমই।

শগোল হুঞ্জবা মনাও ইবুংঙো পাকাসনাগী যুম শনসেনথোং রাংমদা লৈবমই*। বোন্নুংলোমদা নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল তাবদগী ইফিং ফিংনা পাকাসনানা মহাকপু ঙাকশেল্লম্বা সিপাই ৮০ গা মাগী কেবাগী মনিলাল দেগা লোয়ননা কোন্নুং তাম্না লাকপদা ময়াম্বুং মহারাজ সুরচন্দ্রগা শনসেন-থোংদা থেংনবম্মী। মহাক্না ময়াম্বুং মহারাজবু কোন্নুংদা অমুক লেঙশিনসি হায়বদা তামম্বা অহিংদা কনানা কনাগী মীচংনো খঙনবরোই, মী যাম্না শিনরগনি হায়না মহারাজনা য়াখিদে।

---

* ইম্ফাল তুবেলগী মথক্তা শনসেনথোং শাবা হৌবসি খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী অতুরাইদা পাল্লম্বা থাবা নিংথৌগী মতমদনি। অতুনা যাম্না কুইনা থাবা শনসেনথোং হায়না খঙনরমই। মতম অমদা কোম্নুংদা শনসেনবা শান্নবা যেংলুবদগী হুন্নকপদা মীযাম লানবদা মহৌশাগী থোং অতু তেকখিবনি।

মহারজ সুরচন্দ্রনা বৃটিশ বেসিডেন্সিদা থুংলদ্রিঙৈ ঙাইহাক মমাঙ ওইনা ভুম্ব্ সিংহ কৌবা মণিপুরী বেন মাষ্টর অমনা সনাকোন্নুংদা গুলমাল থোক্লে হায়না পোলিটিকেল এজেন্টদা তম্লমই। ঙাইহাক লৈরগা পাকাসনাগী মনাই (Ebayman Choubı) অমনা পোলিটিকেল এজেন্টগী মনাক্তা চঙশিল্লগা সনাকোন্নুংগী পাউ তম্লমই। পোলিটিকেল এজেন্টনা মঙোন্দা নোংমৈ কাপলিবদো কনানো হংলমই। মহাক্না, "সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎনি।" পোলিটিকেল এজেন্টনা হায়রমই—মাহু ওইবোই, সেনাপতি অহু অঙাওবা মী নত্তে, যাম্না মুন্না খংবা ঙম্বা মীনি, অহুনা নোংমৈ কাপ্লিবশিং অহু অতোপ্পা মী ওইবনগনি। মাহুদা পাকাসনাগী মনাই অহুনা মখা তারমই— তাংদাংবদি খঙদ্রি, অহুবু "দুর্গা মাইকি জয়, সেনাপতিনা জয় ওইবে ( Scnapatıkı fate hua )" হায়না লাউবদি তাই। ঙাইহাক লৈবগা মহারাজগা পাকাসনাগা রেসিডেন্সিদা যৌশিল্লকপগী পাউ অহু মনিলাল দে-না পোলিটিকেল এজেন্টদা তম্লমই। নোংযাই মতুং পুং ২ ৩০ রোম তাবদা মহারাজগা মিঃ গ্রিমউডকা উন্নবমই অমসুং থৌদোক অহু তম্লমই, লোয়ননা মতেং পাংবিনবা অমসুং পাউতাক পিবিনবা হায়জরমই। পোলিটিকেল এজেন্টনা হায়রমই— থৌদোক অসি চিক কমিশ্নার মিঃ কুইন্টনদা টেলিগ্রাফ তৌহুনা খঙহনখিগে, মহাক্কী ওর্ডর ফংদ্রিবমথৈ করি অমত্তা তৌবা ঙম্লোই। রাফম অসি মহারাজ সুরচন্দ্রগী রাকৎ চেবোন্দা পল্লি। উপায় লৈত্রদ্রুনা মহারাজ সুরচন্দ্রদি বৃটিশ রেসিডেন্সিগী দরবার হোলদা লৈরমই। মনাই অহুম্না মহারাজবু সেবা তৌখি।

অসোনদা সনা কোন্নুংদা কনদৌবি? লানগী পাউ হেক ফংবগা টেকেন্দ্রজিৎসু কোন্নুং তাম্না লাক্তুনা লান যাওশিল্লে। জেলগী থোঙ হাংদোক্তুনা অহিং অহুমক্তদা বন্দি লৈরম্বা মী ৪০০ রোম থাদোকখি। মখোযগী মনুঙদা পাউনা ব্রজাবাসী অমসুং পুত্রম্বম কাজাউ ওর্ফে ফিঙাংসু যাওই। মখোয পুম্নমক তুংদা টেকেন্দ্রজিৎকী মীচংদা লেপখি। পনবা

য়াই মতুদি—পাউনা ব্রজবাসীনা বন্দি ওইনা লৈরম্লিবা অসি মহারাজ নরসিংহগী মচানিপা সনা বরাচাউবগী মীচং চঙলুবদগীনি। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ হেক ওইবগা বরাচাউবা যাইস্লাকপনা মানা ওইফম থোকপা নিংথৌ খুবম্নি হায়দুনা সুরচন্দ্রগী মথক্তা খৃঃ ১৮৮৬ কী মে থাদা লান হৌখি। অসোমদা মপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তিগী অশিবা হকচাং সংস্কাব তৌনবা লাংলিঙৈদা বরাচাউববু থেংননবা সনা কোম্বুংদগী পাউনা ব্রজবাসীবু থাখিবনি। ব্রজবাসীনা ববাচাউবগা লাল থেংনবদি লাযবদনা বরাচাউবগী মীচংদা লেপখি হাযনা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম ওজা খেলচন্দ্র সিংহনা তাকপিবকই। হৌজিক ওম্বাসনা গার্লস্ হাযাব সেকেন্দবী বিল্ডিং মফম অসিমক্তদা ববাচাউবগী শঙ্গায লৈবম্মী। মতুদগী হন্দোক্তুনা ইবোইশেম্বা চীংখোঙদগী লান চঙলকখি। অহানবা নাঙংদা মাযথিদুনা কাম্বাবদা লাঞ্জেল্লুবর্বনি। তুংদা অমুক্কা লাম্মী শেমগত্তুনা ইবোইশেম্বা চীংযাদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈবিংদা সুবচন্দ্র মহাবাজ, থঙ্গাল জেনেবেল অমসুং শাজৌ (খুলেম বৈরুংবা) অহুম্না ইবোইশেম্বদগী ববাচাউববু ফাখি। লোযননা পাউনা ব্রজবাসীবুসু ফাদুনা ফাদোক তাহনখিবনি হাযনা ওজানা তাকপিরকই। ফাবকপশিংগী মনুঙদা নিংথেম-মচা ৯, বামোন ৫, মৈতৈ ১১৩ গা বোম্লনা নোংমৈ ৩৩ সু যাওরমই।

মযাম্নুং কুলচন্দ্রধ্বজদি কবি অমত্তা যাওবোই হাযনা অহিং অত্তুমক্তদা নম্বোল ফোইজিং তান্না লেঙখরে। সুরচন্দ্র মহারাজনা সনা কোম্বুং থাদোকপ্রবদা অঙোমনা অমসুং জিলাঙসানা জয ওইবে হাযবা খঙনবা তোপ মঙারক থাখি।

নোংঙাল্লগা সেপ্টেম্বরগী তাং ২২ গী অযুক্তা মহাবাজগা পোকমিন্নবা মনাওশিংনা লুৱাং নিংথৌ কর্ণেল-শামু, অঙোম নিংথৌ গীরিধারী, তোপ মেজব, লাইশ্রবা জম্ভুবান মেজব, অযা পুবেল* নীলমনি, থঙ্গাল জেনেরেল অমসুং অতৈ মন্ত্রীশিং অমদি ওফিসারশিং হৌদুনা নোংমৈ ৬০০ যাওবা

---

* অয়া পুরেল হায়বসি ফমথোল অমগী মমিংনি। Minister-in-charge of Burmese affairs বু খঙনৈ।

লাম্মী ২০০০ গা লোযননা পোলিটিকেল এজেন্টগী বেসিডেন্সিদা মহারাজ উনবা লাকখি। মখোয়গী নিংবা কাযবা অদু উবদা গোনগান থোক্তনবা লাম্মীশিংগী খুৎলাই পুম্নমক পোলিটিকেল এজেন্টনা ফাজিন্দুনা থমখি। হুনবা মতমদা অমুক পিথোকখি।

সুরচন্দ্র মহারাজনা পোলিটিকেল এজেন্টদা তেংবাংবিনবা হাযজবদগী মহাক্না থোক্লিবা থৌদোক অসিগা মবী লৈনবা আসামগী চিফ কমিশ্নার মিঃ জে, ডব্লিউ কুইন্টনদা শিলংদা টেলিগ্রাম তৌত্নুা খঙহনখি। চিফ কমিশ্নারনা কোহিমাদগী সিপাই লৌবগা মহারাজগী মতেং পাংনবা টেলিগ্রাম তৌরকখি। অদুবু মিষ্টব গ্রিমউডনা টেলিগ্রামগী মরোল অদু মহারাজদা খঙহনখিদে। মদুগী মহুত্তা চিফ কমিশ্নারগী কবিগুম্বা হুকুম অমক্তা লাবত্রে হাযনা মিঃ গ্রিমউডনা সুরচন্দ্র মহারাজদা খঙহল্লবদা মহারাজগী নীংবা কাযখি অমসুং পোলিটিকেল এজেন্ট অসি টেকেন্দ্রজিৎকী মীচংদা লৈখ্রে হাযবা খঙখি। মিঃ গ্রিমউডনা মহারাজদা মফম অসিদা কুইথববদি মহাক খুদোংথিবা থোরকপা যাই, সিপাই পিগে, কোহিমা-বোমদা চৎখিবনা অফবা ওইগনি হাযববদা মহারাজনা চিংনদুনা তোংজৈ মবিন লম্বীদা চৎখিগে, ঙাকশেন্নবা সিফাই পিযু হাযজবমই। লোযননা মহারাজনা অতোপ্পা চিঠি অমা টেকেন্দ্রজিৎতা ইদুনা বৃন্দাবন চৎখ্রগে, ককথোনগা সনা খুৎশু থাঙগা লৌহৌবো, তীর্থ চৎপগী খবচ ওইনবা লুপা লিশিং তরাদং পিবকউ হাযনা খঙহনখি, নহাক্কী নফমদা পাকা-সনানা অচৌবা অবানবা তৌখরে হাযবা ঐহাক খঙই, অদুবু স্বর্গীয় পাবুং মহারাজগী মিংচৎ থিহন্দনবা শগোলহঞ্জবা পাকাসনাবু ঙাবপীয়ু। টেকেন্দ্রজিৎনসু মদুগী পাউখুম ওইনা মবাম্নুং মহারাজদা থোকখিবা থৌদোক অসিগী অবানবা পুম্নমক ঙাকশিগনি, লুপা লিশিং অমা কৎচখিবনি, মসিনা ব্রাৎলবসু অব্রাৎপা শেলফমদু বৃন্দাবন্দা থাজরক্কে হায়না লুপা লিশিং অমা পিখি। মহারাজনা তীর্থ চৎলগনি হাযবা তাবদা মী খুদিংমক নুংঙাইরমদে। মাগী মাগী লৈজবা শেল কৎলখি। পাকাসনা, কেশোবজিৎ, গোপালসনা অসিনচিংবা মনাওশিং, মনাই মঙ্গলশিং,

থৌগল-লাঙ্গল মী ৬০ মুক্কা থৌগল তৌদুনা সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৭.৩০ তাবদা মহারাজ সুরচন্দ্র মণিপুর থাথোকখি। মহারাজগী অশোয় অঙাম যেংনবা বৃটিশ সিপাই ৪১ না কাছাড় ফাওবা স্কোর্ট তৌখি।

মহারাজ সুরচন্দ্র হেক লেংখিবগা নুমিৎ অদুমক্তদা যুবরাজ কুল-চন্দ্রধ্বজ সিংহবু নম্বোল ফোইজিংদগী কৌরুরগা মণিপুরগী সিংহাসন্দা লেঙখৎহল্লে। সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎনা যুবরাজ, অঙোমনানা সেনাপতি, জিলাঙম্বনা শামু হঙ্গবা ওইবে। থঙ্গাল জেনেরেল অমসুং অঙম-অথৌ যম্মাই-ফানাইবা পুম্নমক লাক্তুনা মহারাজগী থৌগল তৌবা হৌখবে।

---

অনীশুবা তাঙ্কক

# কুইণ্টন সাহেব মণিপুরদা লাকপা

সুরচন্দ্র মহারাজ মনাই খবগা লোযননা খৃ: ১৮৯০ গী অক্টোবরগী তাং ৩ দা শিলচরদা থুংখি। মহাক্না মফম অদুদা উনখিংবা আসামগী চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টনসু শিলংদা হনখিবমলে। লুসাইগী রাথোক অমগীদমক মহাক শিলচরদা লাক্লম্বনি। মতম অদুদা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টনা মঙোন্দা পিবকপা পাস (pass) অদু হাংদোক্তুনা যেংবা মতমদা 'সুরচন্দ্র মহারাজ মণিপুরগী রাজগাদ্দি থাদোক্লম্বনি' হায়না ইবা থেংনরে। মদুগীদমক শিলংদা মিঃ কুইন্টনদা টেলিগ্রাম তৌদুনা পোলিটিকেল এজেন্টনা মহাকপু লান্না লৌবিবে, রাজগাদ্দি থাদোক্লবনি হায়রবসি অরানবনি হায়না খঙহনখি।

মহারাজবু শিলচরগী পুলিস ইন্সপেক্টর অমনা কলিকতা তা থিল্লম্মী। কলিকতাদা থুংবদা মহাক অমম্তুং মহাক্কী খোঙলোয় পুন্নম মহারাণী স্বর্নময়ীগীদা লৈরম্মী।

সুরচন্দ্র মহারাজনা মহাকপু রাজগাদ্দিদগী তাম্থোকপগী রারী-রাখো পুন্নমক পল্লহনা লামাই ১১ রোম পানবা শাংলবা দরখাস্ত অমা গোভর্ণ জেনেরেলদা থাহনা মহাকপু নিংথৌ খুবম হন্জিলহনবিযু হায়জরমই।

ভারত সরকারনা মহাক্কী দরখাস্ত অদু খন্নবদা মহাকপু অমু হন্জিলহনবগী মতম্তা মনিপুরগী শাসন বৃটিসনা লৌশিনবা পাম্নমই অদুনা মখোয়না সেপ্টেম্বরগী লালহৌ অদুদা খুং থিংজিনবা পাম্নমই মরম অদুনা কুলচন্দ্রধ্বজবু মণিপুরগী মহারাজনি হায়না যারম্মী অদু লালহৌ অসিগী দায়ীদি টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনি। মহাকপু মণিপুরদ তাম্থোরক্লগা মণিপুরগী শাসন লৌশিন্নবা চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন মণিপুরদা চৎল্লু হায়না ওর্ডর পিখি।

মিঃ কুইন্টন মণিপুরগীদমক ফেব্রুয়ারী তাং ২০ দা কলিক থাদোকখি। গোলাঘাটতা থুংলগা মার্চ্চগী তাং ৭ তগী খোঙশাল্লকখি এসিষ্টেন্ট কমিশ্নার পি, আর, গর্ডোন (P. R. Gurdon) বু লমযান ওইনা মাংজোননা থারকখি। মহাক মার্চ্চগী তাং ১৫ দা ইম্ফালদা থুংলখি থুংলবগা মহাক্না মি. গ্রিমউডকা উন্নহনা টেকেন্দ্রজিৎপু রাজ্য অসিদগী লো থাদোকখিবা হায়না (to be deported) বৃটিশ সরকারগী অপাম্বা অ যোংদোক্লমই। অদুবু গ্রিমউড সাহেবনা রাযম অসি শুকয়া যানিংদে মরমদি মহাক্না খঙই মদুদি—

(১) সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ, খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈবা অমম মীযাম্না যানবা মীশক অমনি। সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎপু লৈবা অসিদগী লৌথোকপা তারবদি খুদোংথিবা থোক্কনি হায়না মিঃ গ্রিমউডন ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী।

(২) সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ নত্তনা লৈবাক অসিদা শাসন তৌবিনবা তিকচাবা মী লৈৱরোই। মহাক্কী ওমথংদা মতিক চাই হাযনা ময়াম্মা ন্নরিবা থঙ্গাল জেনেরেলনা চহী ৮০ গী অহল ওইবনা মণিপুরদা মতম ইনা শাসন তৌবা ঙম্মরোই।

(৩) কোন্নুংদা থোকখিবা থৌদোক অসি পাকাসনাগা টেকেন্দ্রজিৎকা ংথিনবদগীনি মহাবাক্তগা য়েংথিনবা নত্তে। লান পামত্নুনা সেনাপতি টকেন্দ্রজিৎনা লালহৌবা নত্তে।

(৪) মিঃ গ্রিমউডনা হাযরম্মী মতুদি সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎপু ংনা কৈদৌন্নুংদা ফাবা ঙম্মোই। মহাক্না মথৱাযবু তাঙনা য়োনগনি নম্নুং সরকারনা "মহাক্কী অশিবা মশা" ওইনা ফংগনি।

"Tikendrajit, the Senapati," Mr. Grimwood said, would never be caught alive, he would sale his life early and all that Government would get possession would be his dead body.,"

সরকারনা লৌথৎনিংলিবা ফিরেপ অদু তাহনবদা য়ারবোইদৌবা দা গর্ডোন সাহেবনা কৈথেলমানবীগীদমক থোক্তশানখবে। কারোংদা ইন্টন সাহেব উনরম্মী অতুগা মঙোন্দা গ্রিমউড সাহেবনা ইবকপা নোট হুগা লোয়ননা মহাক্না মহাক্কী তাইবা রিপোর্ট অদু পিশিনখি। লোয়ননা ইন্টনগা গর্ডোনগা মফম অদুদা লোম্না ৱারী শান্নখি। মহাক্না নিংলিবা ্ তাহনবদা খুৱৌ চেনগদবা অদু কুইন্টন্না খঙথে।



অহুমসুবা তাঙ্কক

# কুইণ্টন সাহেব লাকপগী তোকঙা

চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন মণিপুরদা থুংলরগদবা থাথায অমরোম ৱাংলিঙৈদা সুরচন্দ্রবু নমফুদা বৃটিস ফোর্সনা নিংথৌ খুবমদা হন্জিল-হনগদৌবি, মতুংগীদমক সিপাই ১,৮০০ গা লোয়ননা কুইন্টন সাহেব ইম্ফালদা লাক্লগনি হাযনা তোকঙা অমা শন্দোক্লমই। অচুম্বা ওইরবোই খন্দুনা বৃটিশ ফোর্স অসি থিংনবা অঙম-অথৌ পুম্নমক বা তাম্নবগা কোম্নুং ঙাক্লবা থৌবাং তৌখি। লোয়ননা সেনাপতি অঙৌসনাবু লাম্মী ১০০০ অমগা মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈ মাও থানাদা থাবমই। ইম্ফালদা ঙাঙনরিবা ৱাফমশিং অমসুং কোম্নুংগী থৌরাংশিং অদু উবদা গ্রিমউড সাহেবনা অদুক তফিং তফিং পাযখৎলিবা থৌরাংশিং অদু তপথনবা হাযখি। অঙম-অথৌশিংনসু গ্রিমউড সাহেবতা হাযখি—মণিপুরগা বৃটিশকা লান শোক্লবা পামদে, মণিপুরগা বৃটিশকা নুংঙাইনদবা করিসু লৈতে। লৈরিবদি এক্স মহারাজগনি।

চিফ কমিশ্নারগা সুরচন্দ্রগা লাকমিন্নবিববা হায়বা খঙদোক্লবা কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজনা মাগী কেরাণী বামনচরণ মুখর্জিবু কলিকতাদা লৈখিবা মণিপুরগী এজেন্ট, অশেম গোপাল সিংহদা* টেলিগ্রাম তৌহনা মযম অদুদা সুরচন্দ্র মহারাজ লৈরিবরা হংহনখি। লোয়ননা কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজনা চিঠি অমসু মিঃ কুইন্টনদা থাহনা সিপাই পল্টন অমা এক্স মহারাজ সুরচন্দ্রগা লোযনরকই হাযনা তাই, মসি চুমই চুমদে খঙহনবিরক্লবা হাযখি। মিঃ কুইন্টন্না পাউখুম পিরকখি—সুরচন্দ্র লোযনরক্তে, লাম্মী পল্টন অমা পুরক্লিবা অসি ভাইসরোয় ইন-কাউন্সিলগী ওর্ডর মতুংইন্না মহাক্কী স্কোট ওইনবা পুরকপনি।

---

* চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মণিপুরগা বৃটিশকা লৈনবা মরী চেৎশিন্নবা মণিপুরগী এজেন্ট অনী—অমনা কলিকতাদা, অমনা কাছারগী লক্ষ্মীপুরদা থম্লমই। সনা হাৎক অসিদগী হৌনা গোপাল সিংহ কলিকতাদা লৈরক্লবনি।

মার্চ ২১ দা অৱাং সেকমাইদা থুংলবগা মিঃ কুইন্টনা কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজদা অইবা অমনা খণ্ডহল্লকথি মতুদি তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎকী অযুক পুং ১০ দা ইম্ফালদা থুংলরগনি, থুংলবগা মহারাজ অমসুং মহারাজগী ইচিন-ইনাওশিং অমদি মন্ত্রীশিং লোয়নমক রেসিডেন্সিদা দরবার কমগদবনি, দরবার মমাঙদা ভাইসরোয়গী চিঠি লাম্থোকনি। ৱারোল অসিনা হেক্তিনা চিংনহল্লে, মতুদি—

(ক) স্কোটগীদমক অতুক যাম্বা ফোর্স পুরকপা,
(খ) নোংমাইজিং নুমিত্তা দববাব ফম্বা,
(গ) দববাবসু বৃটিশ বেসিডেন্সিদা ফম্বা,
(ঘ) চিফ কমিশ্নাব হেক থুংলবগা খুদক্তা দরবাব ফম্বা,

চিফ কমিশ্নাবগী চিঠিগী মবোল তাবগা অঙম-অথৌ মন্ত্রী পুম্নমক পোলিটিকেল এজেন্টগীদা চঙতুনা তাং ২১ অসি হিন্দুগী চৎনবী মতুংইন্না একাদশী, চরা হেনবা নুমিৎ থোকপনা চাদ-থক্তনা তাং ২২ দা দরবাব ফম্বা নুংঙাইবোই। তাং ২২ অসিদসু চিফ কমিশ্নাব ওক্লবা লাংবদা মী পুম্নমক থৌদাং অমমম পুনবি, মতুদগী হল্লকপগা দববাব ফম্বা ৱানগনি, মবম অতুনা তাং ২২ গী দরবার অসি নোংমথক্তং যৈথোকপিতুনা তাং ২৩ দা তৌনবা হাযখি। মতুগী পাউখুমদা গ্রিমউডনা হায়খি—মথং নুমিত্তা চিফ কমিশ্নার তুমু চৎকদবা লৈবনা তাং ২২ দা তঙাইফদনা দরবার ফম্বা তাবনি, চিফ কমিশ্নাবনা তুমু চৎপদা কুলিগী থৌবাং তৌনবা খণ্ডহনখ্রবনি। মৈতৈগী মন্ত্রীশিং অতু মখোযনা হাযজবা যারক্ত্রবদা নিংবা কায়রুনা হল্লকখি। অতুগা নুমিৎ অতুগী নুমিদাংৱাইদগী মৈতৈ লাম্নী মপৈ মপৈ শোবোক্কী নাকল অনীমক্তা লানগী মতৌঙম তৈযারীদা থমখি।

---

## মরিশুবা তাঙ্কক

# চিফ কমিশ্নার ওক্লবা থোৰাং

আসামগী চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন সাহেবপু তবাম-তৰাম ওক্লবা মণিপুর মহাৰাজগী মাযকৈদগী অঙম্বা থোৰাং তৌখি। মণিপুরগী অৰাং ঙমথৈগী লম মাওদা ওক্লবা থঙ্গাল জেনেবেলনা লমজিংবা সিপাই ৭০০ থাখি। মখোয় মাংজোননা ১৮৯১ ইংগী মার্চ ৮ নোংমাইজিং মুমিত্তগী ইম্ফাল থাদোকখ্রবনি। মার্চ ২০ দা সেনাপতি অঙৌসনা অমস্তুং কর্নেল শামু অনীবু লাম্মী ৫০ গা লোযননা অৰাং সেকমাইদা চিফ কমিশ্নার ওক্লবা থাখি। পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমউড সাহেবস্তু তাং ২১ গী খোঙবু অমদা য়াওতুনা অৰাং সেকমাইদা চিফ কমিশ্নাৰ ওক্লবা চংখি। মফম অদুদা মিষ্টৰ কুইন্টনগা মহাক্কা অবোন-অথুপ্পা বাৰী কয়ামুক শানখি।

মখোয অনী ৰাৰী শানবা লোইৰবা তুংদা মিঃ কুইন্টন্না কর্ণেল স্কিন, মিঃ গ্রিমউড, মাগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী কসিন্স পুন্না মিতিং তৌতুনা ৰা তানখি। মতুদা যুবৰাজ টেকেন্দ্রজিৎপু মথংগী মুনিগ্ৰা (ইম্ফালদা) ৰেসিডেন্সিদা তৌগদৌরিবা দৰবারদা নমতুনা ফাবা, ফাবগী থৌদাং অদু মিঃ গ্রিমউডনা তৌবা হায়না ৰাবেপখি। তৌইগুম্বস্তুং, ৰাফম অদুনা মিঃ গ্রিমউডতা থম্মোয শোকহনখি মৰমদি মহাক্কা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকা চহী অহুমলোম তিন্নু-তোংনতুনা লাক্লবনি। মরুপ অমনা মরুপ অমবু ফাবা হাযবা অদু থোক্কদৌরি।

মিঃ কুইন্টন মার্চগী তাং ২২ দা কোইৰেঙ্গৈদা থুংলমই। কোন্নুং যৌগদবা মাইল ৪ বোনথক্তা এডাইবে। মফম অদুদা যুবৰাজ টেকেন্দ্রজিৎ মশামক্কা কমাণ্ড তৌবগা লাম্মী তেঙ্গোল অনীনা পেরেড তৌতুনা ওকখি। মফম অদুদা চিফ কমিশ্নাৰবু ওকপা য়াওখিবা অতৈ অঙম-অথৌশিংদি অয়া পুবেল নিলমণি সিংহ, অঙোম নিংথৌ গীরিধাৰী সিংহ, ৰাংথৈ-ৰাকপা লোকেন্দ্রবিবজিৎ সিংহ (মাইপাকসনা) অসিনি। মফম অদুদা

লৈরম্বা উপাক্কী থোং অমু মুমিৎতুগী মনাঙদা চীংমী ইচিন-ইনাওশিংনা লম্মৈ থাবদা মৈ চাক্লমলে। থোং অমু লাননবা চিফ কমিশ্নারনা শগোলদগী কুমথখি। শামিয়ানা অমদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকা ঙাইহাক বাবী শানখি।

মুমিৎসিগী অযুক পুং ১০ তাবা অমুরাইদা মিঃ কুইন্টনসু ইম্ফাল যৌখি। সনাকোন্নুংগী নোংচুপথংবা গেটতা জিলাঙম্বনা থৌগল তৌবমুনা মহারাজ কুলচন্দ্রনা ওর্কখি, নোংমৈ ১৩ বক কাপখি। শোবোক্কী নাকল অনীমক্তা মৈতৈ লাম্মী ৫০০ না পানং শানা ওকখি। চিফ কমিশ্নারনা মহারাজদা খুৎ শোক্লমই অমসুং হায়রমই "মুমিৎযুংবা মতমদা রেসিডেন্সিদা ফমগদৌরিবা দরবারদা ইচিল-ইনাও পুম্নমক্কা লোযননা লাকপিযু, গোভর্ণর জেনেরেলনা পিবকপা হুকুম অমু দরবারদা ফোঙদোক্লগে।"

---

মঙাশুবা তাঙ্কক

# টেকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা ফাননবা থৌরাং

টেকেন্দ্রজিৎপু দরবারদগী নমহুনা ফাননবা বৃটিশ রেসিডেন্সিদা মার্চ ২২ দা তৌগদবা দরবারগী থৌরাং অসুম্না শীল্লম্মী— দরবার তৌগদবা কা অমুগী মী চংযমহু থোঙজাউ অমা নম্না অতৈ থোঙজাউ পুম্নমক শো লোনশিল্লম্মী। থংনবা কাশিং অমু সিপাইশিংনা গার্ড তৌরম্মী। রেসিডেন্সি বিল্ডিংগী যেৎলোম—ংইরোম নাকল অনীমক্তা সিপাই মপৈ মপৈ পৈহুনা লৈরম্মী। রেসিডেন্সিগী গেটতগী দরবার হোল যৌবা ফাওবদা মাং-তুং সিপাই পানং অনীনা কাজ তৌহুনা লৈরম্মী।

রেসিডেন্সিগী কা অমদা ভাইসরোযদগী পুরকপা ওর্ডর অমু পোলিটিকেল এজেন্টগী হেড ক্লার্ক রসিকলাল কুণ্ডুনে, কেরানী অমনে,

বর্ম্মীজ ইণ্টরপ্রিণ্টর অমনে, অহুমদা মণিপুরীদা হন্দোকহল্লমই। অনুবাদ হৌদ্রিবৗগী মমাঙদা ৱারোল অদু বনাগুম্বদা হাযদোক্লোই হাযনা ৱাশকহল্লগা মিঃ গ্রিমউডনা অনুবাদ অদু চিফ কমিশ্নারগী অপাম্বা মতুংইন্না খরা খরা শেমদোক্লগা হন্দোক্লবা খঙহনখি। কেরানী খুদিংমক শগ্রী অমমন্না শঙলম্মী। চেরোল অদু যাম্না শাংবা ওইবম্মী। নুমিৎযুংবা মতুং পুং ১২ ৩০ ফাওবদা লোইশিনবা ঙম্লমদে।

নুমিৎ যুংবা মতমদা কুলচন্দ্র মহারাজ, থঙ্গাল জেনেরেল অমসুং অঙম-অথৌ, মন্ত্রী পুম্নমক রেসিডেন্সিদা যৌবকখি। টেকেন্দ্রজিৎসু শগোল তোংদুনা মনাই মশল খবনা থৌগল তৌরগা রেসিডেন্সি তান্না লেঙঙকখি। দরবার শেম-শাবা লোইদ্রি হাযদুনা শগ্রীনা মখোয পুম্নমক রেসিডেন্সিদা চঙহল্লমদে। গেটতা লোইনা লেপ্তুনা লৈবম্মী। রেসিডেন্সি মনুঙগী অরোন-অথুপ্পা কযা অমসুং চিংননিঙাই ওইবা সিপাইশিংগী পোজিসন অদু টেকেন্দ্রজিৎনা মনাই অচানবা দসু সর্দাযবু কোযযেং যেংহল্লম্মী। মহারসু মহাক্না উবমখৈ অদু যুবরাজদা হঙ্গংলৈ। মদুনা টেকেন্দ্রজিৎতা চিংনহল্লমই। অসিগুম্বা মওং অসিদা হকচাংনগা চোকথবনে, রেসিডেন্সিদা চঙহন্দদুনা মপান্দা কুইনা লেপ্পগী ইকাইবনে অমসুং ফাগদৌরিববা হাযবগী চিংনবনে যুবরাজ শঙ্গাইদা হনখ্রে। পুক নাবে ঙাইবা ঙম্‌বোই হাযরমই। সেনাপতি অঙৌসনাসু মযাম্মং যুবরাজগী মতুং ইন্দুনা হনখবে। কুলচন্দ্র-ধ্বজদি মথম অদুদা লৈহৌবি। যুবরাজ হনথ্রবা মতুংদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা রেসিডেন্সি কম্পাউণ্ড মনুঙদা লৈবিঙেদা মখোযনা উবা অরোন অথুপ্পা কযা অদু যুবরাজগী শঙ্গাযদা চত্তুনা তম্লম্মী।

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ অমসুং মিনিষ্টর পুম্নমক কুইনা লেপ্পদা ৱাবদুনা পোলিটিকেল এজেণ্টগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মহারাজ অমবু মপান্দা লেপহন্দুনা থম্বসি সম্মান তৌদবগী খুদম্নি হাযখি। মিঃ গ্রিমউডনা হাযখি --"চিফ কমিশ্নার বঙ্গলাদগী কুমথরক্লগা মহারজনা দরবার লেঙ-বিরকপগী হবাউবা যোঙদোক্লকখিগনি। অদুবু টেকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি চিফ কমিশ্নারনা মহারাজগা ৱারী শানবদবা য়াই।"

মখোয় পুম্নমক তান্নববা তুংদা অয়া পুরেল নিলমণিবু থাহুনা যুবরাজবু কৌহল্লুই। পুংখায় অমরোম লৈবগা যুবরাজ যাম্না কন্না নারে*, লাকপা ঙম্মরোই হায়না অয়া পুরেলনা তম্নরে।

ঙাইহাক লৈরগা চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন্না গোভর্ণর জেনেরেলগী হুকুম অসিনি হায়তুনা পুখোক্লকপদা মিঃ গ্রিমউডনা 'যুবরাজ লাক্তি্রবা মখৈ মতু খঙবা যাখিরোই' হায়না কনা অমত্তা হুকুম ইবা চে অতু পাহনখিদে। অতুনা মথং নুমিৎ হায়বদি মার্চ্চগী তাং ২৩ দা অযুক পুং ৮ দা যুবরাজ যাওনা দরবার ফম্নবা মহারাজদা খঙহনখি। মহারাজনা মহাকপু যাওহন্নবা হোৎনগে, তৌইগুম্বসুং নাবদগী যাওবা ঙমদ্রবদি উপায় লৈতে হায়না খুমখি।

নুমিৎ অসিগী নুমিদাংৱাই পুং ৫ তাবদা মিঃ গ্রিমউডনা লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং হেড ক্লার্ক বসিকলাল কুণ্ডুগা লোযননা যুবরাজগী শঙ্গাযদা অনাবা হংবা লাকখি। যুববাজ যাম্না কন্না নাবে, উনবা ঙ্গংঙাইহবোই হায়তুনা উনদনা গেটতগী হল্লকখি। মথং নুমিৎ তাং ১৩ গী অযুক পুং ৬ তাবদা অমুক্কা মিঃ গ্রিমউডনা বসিকলাল কুণ্ডগা লোযননা যুববাজ উনবা লাকখি। নুমিৎ অসিদসু উনবা যাবোই হাযববদা গ্রিমউডনা ঙমদ ঙমদ মহাক্কী দোলাই মথক্তা অমুক্তং কুমথবিরক্লবা হাযজখি। বাকম অতু ফাওবদা যাখিদে।

মার্চ্চ ২৩ গী অযুক পুং ৮ গী দরবাবদা কনা অমত্তা লাকখিদ্রে। টেকেন্দ্রজিৎ যাওদ্রবদি বান্নববোইদবা উহদগী মহাবাজ অমসুং মিনিষ্টবশিং বেসিডেন্সিদা চৎখিদ্রে। টেকেন্দ্রজিৎ যাম্না কন্না নাতুনা লৈবে, দববাব লাকপা ঙম্মরোই হাযবা অইবা অমনা মী থাতুনা মহাবাজনা পোলিটিকেল এজেন্টদা খঙহনখি। নুংথিল পুং অমা অতুরাইদা মিঃ গ্রিমউড সাহেবনা অমুক্কা বসিকলাল কুণ্ডুবু যুবরাজগী সনা শঙ্গাযদা থাতনা যুববাজগা মহাক্কা

* ঈশিং যাবমদা তুং লৈতুনা নাবনি। বাযম অসি যুববাজনা বিচাবগী তাংদা ফোঙদোকখি।

অমুক্তা উন্নসি হায়হল্লুই। অযুক্কী পুং ১১ তাবা অছুবাইদা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা চিঠি থাড়ুনা গোভর্ণর জেনেরেলগী চেরোল অছু মহাকপু খঙহনবিনবা হায়জপ্পবনি।

মুংথিল পুং ৪'৩০ তাবদা মিঃ গ্রিমউডনা লেফটেনেন্ট সিম্পসনগা লোয়ননা কোন্নুংদা লাক্লুনা সরকারগী চেরোল হায়বদি (ক) কুলচন্দ্রধ্বজনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবদা সরকারনা মশক খঙবা (খ) যুবরাজ টেকেন্দ্র-জিৎপুনা মণিপুরগী রাংমদা লোই থাবা হায়বা অছু খঙহনখি। লোয়ননা সরকারগী হুকুম অছু থবক ওইনা পাঙথোক্নবা মহারাজদা তকশিনখি। মতম অছুদা লাকখিবা মৈতৈগী মশক নাইবা মীওইশিংগী মন্নুংদা অযা পুরেল মেজর নিলমণি, কর্ণেলশামু, অঙোম নিংথৌ গীরিধারী অসিন-চিংবনি। মহারাজনা রাযম অসি মিনিষ্টরশিংগা তান্নখিগে হায়বরদা মখা তারমদনা মিঃ গ্রিমউড হনখি।

মহারাজনা অথুবদা সনা কোন্নুংদা দরবার কৌখি। টেকেন্দ্রজিৎ অমম্নুং অতৈ মিনিষ্টর পুম্নমক য়াওখি। মহারাজগী কেরানী বামনচরণ মুখর্জিনা সরকারগী চেরোল অছু পাড়ুনা তাহনখি। মহারাজ কুলচন্দ্রনা অছুদি কম্দোৗবা তাবে হায়রবদা মনাও ইংবুঙো যুবরাজনা লৈবাক্কী ফগনি হাম্বরদি মহাক মশামক শ্বরায় বখোকপদা বেডা লৈতে হায়না খুমখি। মন্ত্রী পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনরমই। কোন্নুংদা মহারাজনা মহাকপু লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইনা মশক খঙবিরগী থাগৎ-রাহৈ খরগা লোয়ননা যুবরাজবু লোই থাবা অসিমদি মহাক্কী হকচাং যবক্নবা মতমদা খঙহল্লক্ক হায়না চিঠি ইখি। অঙোম নিংথৌনা চিঠি অছু মিঃ গ্রিমউডতা পুংশিন্নখি। মিঃ গ্রিমউডনা মহারাজদা যুবরাজগা অমুক্তুং উন্নবা শিনবিনবা হায়জখি। মসিগী মতাংদা মহারাজনা সুবেদার অমবু টেকেন্দ্রজিৎকী মনাক্তা থাড়ুনা, ওন্নবদি পোলিটিকেল এজেন্টগা অমুক্তুং উনৌ হায়না খঙহল্লকখি। যুবরাজনা মুমিদাংরাই পুং ৫'১৫ দা গ্রিমউড সাহেবকা উন্নসি হায়না খঙহল্লকখি।

যুবরাজনা হায়বা মতম অত্থদা মিঃ গ্রিমউডনা লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং রসিকলাল কুণ্ডুগা লোয়নত্থনা কোম্মুংদা লাক্লম্মী। কংলা লাম্বন ময়াদা যুবরাজ থোক্লকপা ভাইত্থনা লৈরম্মী। যুবরাজসু হায়নখিবা মতমদা দোলাই তোংত্থনা কুমথরক্রগা গ্রিমউডকা উন্নখি।

মরুপ ওইনবগী রাভাওদা মিঃ গ্রিমউডনা হাযখি—"মতম খরা লৈবাক অসি থাদোকপা তাবে। ভাবতকী মন্নুঙদা যুবরাজনা লৈনিংবা জগাদা লৈক্লনবা মফম অমসুং খরচ পীগনি।" যুবরাজনা খুমখি—"মত্থদি মণিপুরগী দববারগী রারেপ মতুং ইনগনি।" মথা শমথরত্থনা মিঃ গ্রিমউডনা মহাক্কা লোযননা চিফ কমিশ্নাবগী মনাক্তা চৎমিন্ননবা হায়জবদা যুবরাজনা হকচাং ঙমদত্থনা লৈবি, মহাক চৎপা ঙম্মোই হায়না য়াখিদে।

রাজনীতিগী লম্বীদা যানবা পুবক্লবা হোৎনবা পুম্নমক মহৈ য়ানত্রবদা চিফ কমিশ্নাব মিঃ কুইন্টন, মিঃ গ্রিমউড, কর্ণেল স্কিন অত্থম্না যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু নমত্থনা ফানবা লোন্না রা তানখি। মার্চগী তাং ২৪ গী নোংঙাল্লমদাইদা যুবরাজগী শঙ্গায কোয়শিন্নগা টেকেন্দ্রজিৎপু নমত্থনা ফানবা রারেপ্পখি।

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফাবা ঙম্নবা শাবৌ শিনখি মত্থদি মখংগী নুমিত্তা চিফ কমিশ্নার ইম্ফাল থাদোক্লনি, অত্থনা পোৎচৈ পুনবা কুলি ৭০০ থৌরাংবিনবা অমসুং নুমিৎ অত্থগী অহিংদা মণিপুরী জগোয রাস উহনবিনবা মহারাজদা হাযজবকলে। অওইবা ওইরবোই নিংলত্থনা কুলি ৪০০ থৌরাং তৌবে, লোযননা মহারাজগী তবক্তগী নোংথোম্বম ফুলো সিংহনা জগোয রাস শিল-লাংলে। মত্থবু মমুক জগোয় যেংলরোই হায়ত্থনা তোকহল্লে।

অসোমদনা অত্থম্না উংচাইরম্নগা অমরোমদনা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসগী লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরীদা লাম্মী কাঙবু অনী পুত্থনা টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হুকুম পীখরে। ব্রেকেনবরীনা সিপাই ৩০ পুত্থনা নুমিৎ তান্দ্রিঙৈদগী হৌনা

অবাং গেটতা থমদুনা যুবরাজ ডিমাপুরলোমদা চেম্পোকখিদনবা থৌরাং-তৌখরে। ৪২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী কেপ্তেন বুটচরনা সিপাই ৭০ পুদুনা থাঙ্গপাৎ লাম্পোক্লগা কোম্নুংগী নোংচুপথংবা কাচিন্দা গার্ড (guard) তৌদুনা লৈখরে। লেফটেনেণ্ট লুগার্ডনা সিপাই ৫০ গা লোয়ননা কোম্নুংগী স্নখোঙদা লৈখরে।

কোম্নুংদনা করম তৌরি? চিংনদবা যাদবা মতাং থোকপদগী টেকেন্দ্রজিৎনা থৌবম থুদিংমক শীল্লম্মী। মহাক্কা লাম্মী পুম্নমক কোম্নুংদা কৌখত্তুনা থমলে। পুনখিবা লাম্মী মশীঙ অদু ৫০০০ দগী ৬০০০ ওইগনি হায়। লাম্মী ৪০০/৫০০ রোম অমা টেকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গাযদা থম্লে। অতৈনা সনাকোম্নুং ঙাক্লবা থম্লে। খুৎলাই যেংলুবদা মৈতৈগী তোপ অচৌবা মরি লৈরম্মী। অতৈ খুৎলাইস্তু মশীঙ লাকঙমদনা পৈরম্মী। বৃটিশকী মাযকৈদা তোপ লৈবমদে, খুৎলাইস্তু মবাং কাইবমদে, লাম্মী অমমমদা নোংমৈ মরু নিফু নিফু থক্তা যাওরমই, রিজার্ভস্তু লৈবমদে।

তাং ২৪ শগোলশেন মুমিংকী নোংঙাল্লমদাই পুং ৪'৪৫ তাবা মতমদা এটেক তৌবা হৌরে। বৃটিশ লাম্মীশিংনা স্নখোঙ লানথোকখিবা অদু শত্রীশিংনা উহৌদবে। স্নখোঙদা চঙখিবনা লেফটেনেণ্ট ব্রেকেনবরী অমস্তুং মাগী সিপাইশিংনি। কেপ্তেন বুটচর অমস্তুং মাগী লাম্মীমখৈনা কৈরাক থাদুনা কোম্নুংগী লৈপল কাখি। লান হৌরে, নোংমৈ কাপ্পরে। কেপ্তেন ব্রেকেনবরী নোংমৈনা পান্দুনা মখোঙ অনী অমস্তুং পাম্বোম অনী তেক্লে। সুবেদার হীমচান্দগা হাবিলদাব অমগা নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। লেফটেনেণ্ট লুগার্ড (Lt. Luggard)না কেপ্তেন বুটচরগী মতেং পাংনবা হোৎচিনখি। যুবরাজগী শঙ্গায তম্নকখি। শঙ্গীন্না থিন্নখি মৈতৈ যাম্না শিখি। যুবরাজগী শঙ্গায চঙবা কান্দদি যুবরাজ লৈবমদ্রে। অদুবু সিপাই ১০০ মুক্তা যুবরাজগী শঙ্গার কোযশিন্দুনা লৈবমই। বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙগী মুত্তিশিং মাংতাকহনখি, চাযখায়খি।

পুথ্রম্বম তাংকা, খুম্বোং সুবেদার, লৈশং জমাদার, অখোকপা দেহান, চোংথামিয়া অসিনচিংবনা থৌনা যনা থেংনখি। অদুবু চোংথামিয়া নত্তনা মখোয় পুম্নমক শিখি। তুরেল বাংমদা লৈরম্বা দসু সর্দ্দার (Dasu Sardar) কৌবা মুসলমান ফোটোগ্রাফর অমবু অরোনবা পাউ পিবা মীনি হায়দুনা বৃটিশ আর্ম্মীনা অহানবদা মখোঙ-মখুৎ ককথৎলগা মমৈদা মকোক কক্কুনা হাৎখি। মাগী মুপীবুসু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মখোযগী মচানুপী অনীবুনা মশম অনী পুনশিন্নরগা লৈনুংদা যুমজিল্লগা হাৎখি। মদু উবদা কিদুনা লমজাওদা চেল্লম্বা মুপী অমবুনা মখুৎকা মনাগা ককথৎতুনা হাৎখি। বৃটিশ লাম্মীশিংনা খুল্লক-ইরক চণ্ডুনা উশম লৈকাই, যাম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাইগী য়ুম ১২ রোম মৈ থাখি।

নোংঙাল্লবদা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা লান লাউথোক্লে। মাযকৈ পুম্নমক্কা অমসুং পুলিস আউট পোষ্ট (Police out Post) খুদিংমক্তা মী থাদুনা লান-পাউ খঙহনখি। মদুদগীদি অউ-অউবা ইংরেজ পুম্নমক্তা মৈতৈনা এটেক তৌবা হৌখি। মযাংখাং (ডিমাপুর রোড) দা চিরাই নাগানা টেলিফোনগী সুপারিন্টেন্ডেন্ট মেলভিল অমসুং ব্রিযল সাহেব অনী হাৎখি। মদুগীদমক বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা তুংদা চিরাই নাগাবু খৃঃ ১৮৯১ গী ওক্টোবর থাদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবনি।

অহিং অদুদা বৃটিশনা সনা কোম্নুংগী মপান থংবা নোংচুপ-থোঙ লৌশিল্লম্মী। মণিপুরগী মায়কৈদগী বাংখৈবাকপা অমসুং অঙৌসনা অনীনা নোংচুপকী মনুঙ-থোঙ, যেংখোইবনা নোংপোক-থোঙ, কর্ণেল শামুনা খা-থোঙ ঙাক্লম্মী।

নোংঙাল্লবদা মৈতৈ লাম্মী অয়াম্বা কোম্নুংগী নোংপোকথংবা তোর্ব্বালদা হাইদোক্কুনা বৃটিশকী মথক্তা নোংমৈ কাপশিনখি। যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎনা তোপ অচৌবা মরি পুথোক্কুনা মহাকী শঙ্গায় অমসুং লাইশঙ তম্না কাপশিনখি। লেফটেনেণ্ট সিম্পসন্না নোংপোকী জঙ্গলদগী

কাপলক্লিবশিং অহু তকথোক্লবা হোৎনবম্মী। বাংখৈরাকপ। অমস্তুং য়াইস্কুললাকপা অনী খা-থোঙদগী মপান থোক্‌না বৃটিশ রেসিডেন্সিগী মনীংলোমদগী এটেক তৌখি। মহু যাম্না মহৈ যানবা লাঙ্গং ওইখি। বৃটিশকী মী ১৭ শোকখি। অশোবপশিং অহুবু মিশেস গ্রিমউডনা সেবা তৌখি।

মুমিৎয়ুংবা কান্দদি টেকেন্দ্রজিৎকী লাল্লোং পূরা হোংলে। অতৎ-অখম লৈতনা রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিল্লমই। মুমিদাং ফাওবদা রেসিডেন্সিগী শগোলশঙগী শগোল অমত্তা হিংহৌদরে। মিসেস গ্রিমউডনা লৈবিবা কাদা নোংমৈ মক পোকখায়খি। লোযননা রেসিডেন্সিগী সিভিস্থ কাপখাযবে।

মতম অসিদা বৃটিশকী নোংমৈ মচাক যাম্না বাংলে। পনবা যাই মহুদি মখোয়গী লাম্মী অমমম্না লোইনবকপা নোংমৈ মক ৪০/৪০ খক্তনি। রিজার্ভ (Reserve) স্থ যাওবক্তে। রেসিডেন্সি ঙাক্লবা নোংমৈ মরু লৈতবে। অহুনা সনা কোন্নুংদা যুবরাজগী শঙ্গাযদা কোযশিন্দুনা লৈবম্বা সিম্পসন, লুগার্ড কৌথোকলুরে। গ্রিমউড সাহেবস্থ বেসিডেন্সিদা হল্লক্লে। কর্ণেল স্কীন অমস্তুং কেপ্তেন বুটচব অনীবুস্থ মাগী মাগী লৈজবা লাম্মী পুহুনা রেসিডেন্সিদা হল্লক্লবা যাথং পিরমই।

বৃটিশ লাম্মীনা হল্লক্লমদাইদা লেফটেনেণ্ট ব্রেকেনবরীবু কোযথি থিরমই। ব্রেকেনবরীদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপথংবা তোর্ব্বালদা নোং-মৈনা পান্দুনা তুহুনা লৈবম্বা থেংনরুরে। নাইক সিংঘিয়া লামানা মথরায খুবাক্তা হাপুনা মখ্যাংদা থৌরী থুবগা তুবেল তোর্ব্বালদগী ব্রেকেনবরীবু চিংহুনা পুবক্লমই। সনা কোন্নুং মন্নুঙগী বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দিরমনাক্তগী জয়মনি থাপানা অমুক মরেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা ব্রেকেনবরীবু বেসিডেন্সি তান্না পুরকলমই। লেপটেনেন্ট ব্রেকেনবরীগী মশাদা মফম মঙাদা গুলিনা পাল্লম্মী। অহুগা অতৈ বৃটিশকী অশোকপা লাম্মীশিং অহুবুনা দোলাইদা হাপকৎতুনা কর্ণেল স্কীনগী যাথং মতুংইন্না বেসিভেন্সীদা পুবক্লমই। নিংশিংবা বাই, মহুদি সনা কোন্নুং মন্নুঙগী লাঙ্গংদা শোকখিবা বৃটিশ

মায়কৈগী মীওইশিংদি জমাদার অমা, হাবিলদার অমা অমসুং সিপাই তরেৎনি। অসুম্না বৃটিশ লাম্মীশিং মথং মথং হল্লকপনা নুথিল পুং ৪ তাবা ফাওবদা বৃটিশকী লৈজবা লাম্মী পুম্নমক রেসিডেন্সিদা পুল্লে। নুমিদাং ফাওবদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা খুৎলাই য়াম্না লৈবগী মতিক অতৎ-অথম লৈতনা নোংমৈ কাপশিল্লকপা অদু বৃটিশ কবিস্থ তৌবা ঙমদ্রে। রেসিডেন্সি থাদোক্লগা লম্বাংদা পোজিস্‌ন লৌবনা হেন্না ফগনি হায়না নুমিদাং পুং ৭ তাবা মতম অদুরাইদা চিফ কমিশ্নার সাহেবকা কর্ণেল স্কীনগা রা তান্নরম্মী। যাববদি সন্ধি তৌনবনা কৈ খন্দুনা চিফ কমিশ্নাবনা লান লেপ্লসি হায়না চিঠি অমা ইরগা মৈতৈ অমা থাদুনা মহারাজদা পীহল্লই। লোযননা নুমিদংগী পুং ৮ তাবদা লানলেপ্পগী বেংগুল খোংলম্মী পংকুই কুইদনা বোক্নুংলোমদগীস্থ লান লেপ্পগী শেনবুং যৈবমই।

---

তরুকশুবা তাঙ্কক

# কংলা শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক কেনবা

লান তৌদুনা নমদুনা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হোৎনবা অদু মহৈ যানত্রবদা কবিগুম্বা য'নবা অমা পুরকপা যাগদর। যেংনবা চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন্না মার্চ্চ ২৪ গী নুমিদাং পুং ৮'৩০ বোম তাবদা কর্ণেল স্কীন, মিঃ গ্রিমউড, লেফটেনেন্ট সিম্পসন, কসিন্স অমসুং বেংগুল খোংবা নিপা অমা লোয়নদুনা মখোয মন্ত্রা তকক সনাকোন্নুংদা লাকখি। মখোয চঙলকপা উবদা থঙ্গাল জেনেবেলনা— "চঙলকনু, মচা-মগু, মবী-মতা, মরূপ-মপীজা নখোয়না হাৎখিবদগী শাউৎনা মৈ হৌরিবা মী পীকথম্না মসিদা লৈবে" হায়না মণিপুরী অমসুং হিন্দুস্থানী লোন্দা হায়রমই।

উশিং খৌওইদনা তাশিন্নদনা মখোয় লোয়না চঙলকখি। দরবারগী থোঙ লোল্লদ্দগী মনাক্তা অহাংবা মফমদা দরবার তৌখি। অহৌবমক্তদা থঙ্গাল জেনেরেলনা হিন্দুস্থানী লোন্দা হায়রমই—"যদি অস্ত্র শস্ত্র ফেলিয়া দেব" অমুক্তসু মণিপুরী লোন্দা—"লান তোক্লগে, রাবী শান্নসি হায়রবদি বৃটিশকী খুৎলাই পুন্নমক ঐখোয়গী মী থাদুনা লৌহল্লগে, কোন্নুংদা থমসে, দরবার লোইরগা লোইনা পুজখো" (he would cease firing if British troops Surrendered and threw down their arms and ammunitions) হায়রমই।

দরবার যন্দদা যাওখিবা মৈতৈগী অঙম-অথৌশিংদি থঙ্গাল জেনেরেল, অযা পুরেল মেজর নিলমনি সিংহ, অঙোম নিংথৌ গীনিধাবী সিংহ, হাওবম দেৱান, লুৱাং নিংথৌ কর্ণেল শামু সিংহ অমসুং যাত্রা সিংহ (যোকংবা) অসিনি। দরবারগী মপান্দসু মী যাম্না তিলম্মী। টেকেন্দ্রজিৎকী বিচার মতমদা জর্জ্জনা মী কযাম তিল্লম্মগে হংবদা টেকেন্দ্রজিৎনা মী ৩০০/৪০০ বোম তিল্লম্মী হায়না খুমখি। মশক নাইবা মিবা সিংহ, কালি মুহোদোব, লৈশং, যাত্রা, বোরাচাউবা, যুন্নাম চাউবা অসিনচিংবা যাওরমই।

থৱ-নৈনবা হৌবকপদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎনা মিঃ কুইন্টনদা হায়খি—"সাহেব, তুমু চৎকনি, কোহিমা চৎকনি, কুলি পীয়ু, বাস যেংগে হায়না ঐখোয়বু কুলি অমসুং বাস নিলাগী থৌবাং লৌহল্লগা লৌনগদুনা লান তৌই, অদুনা ঐখোয়না বৃটিশপু অমুক পাজনা লৈত্রে, রাবী শান্নসি হায়রবদি বৃটিশকী খুৎলাই পুন্নমক সপেন্দর তৌ।" চিফ কমিশ্নারনা খুৎলাইশিং অসিদি সরকারগী মরুনি, মহাক্কা কনিস্ত তৌবা ঙমদে হায়না খুমখি। ওসম্না রাহং পাউখুম তৌনবদা নুমিদাংগী পুং ৯ হাইজিল্লক্লে। টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগী মতমদা রাবী শান্নসিবসি মিনিট ২০ লোমনি হায়না টেকেন্দ্রজিৎনা খুমখি। যানরোইদবা মত উবদা মিঃ কুইন্টন্না হযেং অমুক খন্নরসি হায়দুনা মহৈ মহৈ ফুক ফুক হৌগৎনবনই। যুবরাজবু তোপ

গারোংলোমদা চংখরে। অঙোম নিংথৌনা সাহেবশিং অতু থিন্দোক্লবা গেট পাংলক্লমই। মক্ষম অতুদগী গজ ৫০ মুক্তা চংলি, প্রজাশিংনা "হাংলো হাংলো" হায়না লাউতুনা ফুজিল্লক্লমই।

তিল্লম্লিবা মযামগী মবক্তগী অমনা লেফটেনেন্ট সিম্পসনগী মকোক্তা থাঙনা যাল্লম্মী। পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডকী লুখুমদা নেপ্রা কুংনা লুশম পাযতুনা ইল্লগা পূগ্রম্ব কাজাউ (ফিঙাং হায়নসু খঙনবা) না তা-না থিন্দুনা মিঃ গ্রিমউডনা দববারগী সিডি কাখৎনবা হোৎনরিঙৈদা হাংখি *।

যাত্রা সিংহ ফৌকংবনা সাহেবশিং অতু কন্ননবগীদমক দরবারগী থোংজাও কাওখাযতুনা সাহেবশিং অতুবু দরবাব হোলগী মন্নুঙদা থাজিল্লম্মী। মীযাম্না নিনখোংবা অতু তাবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎসু মক্ষম অতুদা লাক্তুনা চৈ অমা পাযতুনা তিল্লম্লিবা মীযাম অতু তান-খাযরম্মী। চিফ কমিশ্নাবগা টেকেন্দ্রজিৎকা ঙাইহাক ৱাবী শান্নৱগা সাহেবশিং অতুবু অশোয-অঙাম থোক্তনবা অঙোম নিংথৌদা শিন্নরম্লগা লেঙখরে। অতুগা অমুক অঙোম নিংথৌনা সাহেবশিং অতুবু— (১) ওইনা শাজৌ, ওইনাম থিংঙেল (২) ঘনসিংহ খোমদ্রা (৩) উশবা, কবো লৈকাই (৪) অবুংজাউ যেনখোযবা, ওইনাম থিংঙেল (৫) হিদা চাওবী মচাহল (৬) নোনিসিংহ নেপ্রা মচাহল (ঘনসিংহ) শগোলশেম্বা, খোংনাং যৈদেবপী (৭) খন্নসিংহ লাইশ্রবা মচাহল (৮) ধজোসিংহ মযেংবম মচাহল—মখোয নিপালদা শীন্নরই। মখোয়না সাহেবশিং অতু বন্দি ওইনা থম্লম্মী *। সাহেবশিংতুগী মবক্তগী অমনা

---

* পূগ্রম্বম কাজাউ ওর্ফে ফিঙাং পিং চাওবা সিংহ, মশাগী চঙীতও ওবে, কাংমোংদগীনি। জমাদারনি। ফিমুগী কোমেৎ যেৎলম্মী। মিঃ গ্রিমউড হাৎলুবা তা অতু মন্নুমদা পূরগা তাখোবা মৈ থাদোক্লম্মী, তা অতুবুনা লৈন্থঙদা যুন্নম্মী।

× × × × × × × × ×

* মিঃ কুইন্টন্না;বিশ্বাসঘাত তৌতুনা টিকেন্দ্র, ংপূ ফাগে হাযনা হোংনক্লবা অতুগী মহুক্তা সেনাপতিনা মহাকপূতম বিশ্বাসঘাত তৌতুনা ঘাখবে।

The Amrita Bazar Patrika, 4th June 1891

ঈশিং থজিক্তা পিথকপিযু হাযজবকপদা গুদাম পান্নবা যাত্রা সিং ( কৈশামথোং ) না ঈশিং পিথক্লম্মী।

থঙ্গাল জেনেবেলনা কোম্নুংগী নাগা অমস্নুং কুলিশিংগী লৈফম শীনব কর্ম্মচারী উশবা সিংহ (অরু হায়নস্নু খঙনবা) দা সাহেবশিং অদু হাত্তোক্লে হাযনা হুকুম পিবমই।

উশবনা রাক্সম অসি অচুম্বরা হাযনা যুবরাজগী মনাক্তা চত্তু না হঙ্গৎল ম্মী। যুবরাজনা হাযরমই—" মাদু তৌকথিগম্নু, ঐ লাকখিগে। যুবরাজগী বা অদু অমুক্‌হন্না থঙ্গাল জেনেবেলদা তম্লম্মী। মাদুদা থঙ্গা জেনেরেলনা খুম্নকই—" যুবরাজদি অপংবনি, সাহেবশিংগা ঐখোযগ তাইশিন্নবা শুকযা যাবরোইদৌবনি।" তাপ্পা অদুমক্তদা যুবরাজ লেঙলক্লম্মী। অদুগা থঙ্গাল জেনেবেলগা ঙাইহাক রারী শান্নবগ চৎখিবমই। থঙ্গাল জেনেবেলনা অমুক্‌ হুকুম পিবমই—"সাহেবশিং অ হাত্তোক্লবা শঙলিংবদা শীন্নখ্রো।"

থঙ্গাল জেনেবেলগী হুকুম মতুংইন্না নুমিদাংগী পুং ৯.৩০ রোম তাব অদুরাইদা কোম্নুংগী যোৎশুবা থাংজঁবা যাইমা (মুতুম যিবৌ) না সাহেবশি অদুগী মখোঙদা য়োৎহিল-ফলাং চনশিনখি অমস্নুং মখুৎশিং অদু তুংলোম দা পূনশিনখি। যোৎহিলং-যলাংশিং অদু পুশিল্লকপা ঁবদা মুনা মুন যেংলকখি অমস্নুং মখোযগী মখোঙশিং অদু তিংথোকরকখি।

উশবা অমস্নুং ঘনসিংহ (শস্ত্রী) অনীনা নুমিৎ অসিগী অহিং নোংযা মতুং অদুরাইদা সাহেবশিং অদুবু পুথোকবক্তনা শঙলিংবা ( publi Executor ) শগোলশেম্না ধনসিংহ ( খোংনাং ফৈতেবপি ) দা অমম ঙইনা শীন্নখি। নুমিৎসিগী নোংযাই মতুং পুং অমা তাবদা ধনসিংহন সাহেবশিং অদুবু কংলা শা মমাঙদা পুথোক্তনা মঙক কক্‌খি। বেংগুন খোংবা নিপা অদুগা সাহেব অনীমগা মখোয অদুমদি থাঙকক অমমমদ লোইশিল্লি, অনী অমদি থাঙকক ২/২ কক্‌ই হাযনা বিচাবগী মতমদ ধনসিংহনা জবান পিবদা হাযখি। অহানবদা সাহেবশিংবু হান্না কক্‌খি ইকোন কোনবদা বেংগুনখোংবা নিপা অদু কব্‌খি।

অককপা মকোকশিং অদু কোনুংগী মাইবা অনীনা ঈড়াংলক্ষ্মী। মখোযগী ঈ অহুনা কংলা শা অনীগী মচিন্দা তৈশিল্লমই। মাদু লোইরগা ধনসিংহনা মকোকশিং অদু পুবগা মাইবশিং অহুনা তাকপা মতুংইন্না নুঙ্গোইবীদা খুবোম অমবোম লুনা বোম তৌবগা যুমশিল্লম্মী *। অদুগা চকচাংগী শকুকমখৈবুনা মখোঙদা থাংলম্বা যোংহিলং-ফলাংশিং অদু লাথোকপদা মখোঙশিং অদু ককথৎখি, তুংদা মী ১০ চঙনা থাংহুনা নাগাবস্তিদা ফুমখি। মৈতৈ পুযাদা ইবিবা পথাংকোক পুথাংকোক্কগী হায়নববা কংলা "**শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাগনি**" হায়বা অহুমম্মক থোকখ্রে।

অসোমদা হাৎন-শুনরিঙৈ চৈবাক্তা মৈতৈনা বৃটিশ রেসিডেন্সিদা নাংমৈ কাপশিনখি। বৃটিশ লাম্মী ১৭ শোকখি। অশোকপশিং অদু মিসেস গ্রিমউডনা নীংখিজনা সেবা তৌখি। বৃটিশ মখৈ কিরহুদা অহিং অহুমক্কদা লোম্না তোংজৈ নবিল্লোনদা চেনখবে। মখোযনা রেসিডেন্সি থাদোকখিবগা ইনা বুপ্না রেসিডেন্সি বিল্ডিং অদু মৈ থাদোকখি। লোযননা ট্রেজুরী অমসুং পোস্ট অফিস লুট তৌখি। ট্রেজুরীদগী মাংখিবা শলফম লুপা ১, ৮৫, ৭২৯ নি হায়না "**Administration Report of the Manipur politieal Agency for 1891-92**" দা ইরি।

হাংখিবনা হাৎখরে, চেনখিবনা চেনখরে, ফাহুনা কৈঙুমশঙদা বন্দি ওইনা লৈহৌবনা ইংরেজ ১৪০ মুক্তি। মখোযগী মনুঙদা ৪২ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী জমাদার ১ সিপাই ১২ অমসুং মতুংইনবা মী ১৪, ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী হাবিলদার ১ নাইক ১ বেনখোংবা ১ সিপাই ১৪,

---

* নিংভোম্বা ওইবগা সোহবা হিংগা অনীনা ব্রাংখৈ পণ্ডিত তোলেনসিংহ (ব্রাংখৈ [illegible]বাহ) মফম কদাবদা সাহেবশিংগী অবক্পা মবোকশিং অদু ফুমগদগে হায়বা [illegible]রর্মী। মখোব অঙম্না যেংখোইবা হক্কবা অমসুং বমন লম্বু তিদংগা লাম্মী অনীদা [illegible] থিন্দুনা তাক্তুনা মখোন অনীনা পূবগা হুঙ্গোইবীদা ফুমখি।

৪৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী হাবিলদার ২ নাইক ১ সিপাই ১৯ অমসুং মতুংইনবা মী ৪, শগোলপানবা মী ১৯, পোলিটিকেল এজেন্সিগী মী ১২, চিফ কমিশ্নার ওফিসকী মী ১৮, ডাকঘর অমসুং টেলিগ্রাফকী মী ৩২ য়াওরম্মী।

---

তরেৎশুবা তাঙ্কক

## মিসেস গ্রিমউড অমসুং বৃটিশ ওফিসারশিং মণিপুরদগী চেনখিবা

১৮৯১ ইং গী মার্চ্চগী তাং ২৫ গী অহিং নোংয়াই মতুং পুং ১ তাবদা চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইণ্টন অমসুং অতৈ সাহেবশিং হাৎখিবগা বৃটিশকী শক্ত্রী পুম্নমক মাগী মাগী পোজিসন থাদোক্তুনা রেসিডেন্সি মনুংদা পুনখি অমসুং যাম্না থুনা মণিপুরদগী চেন্থোকখিনবা ফোংদোক্লখি। অতুনা মিসেস গ্রিমউডনা লেফটেনেণ্ট গর্ডোন অমসুং অতৈ ওফিসারশিং অমদি লাম্মী পুল্লগা মী ১০০ মুক্কা অশোকপা লেফটেনেণ্ট ব্রেকেনবরী অমসুং অতৈ সিপাই ১৭ পুদুনা মুমিং অসিগী নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবদা লোল্লা ইম্ফাল থাদোকখি *।

বিষ্ণুপুর লম্বীদা ইম্ফালদগী মাইল ৩ লোম চৎলগা খুঙ্গং অমদা মখোযদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মখোয়না রেসিডেন্সি থাদোকখিবগা

---

* অশোকপশিংবু নীংথিনা সেবা তৌবিবা অমসুং মখোবা ফবগীদমক ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা মিসেস গ্রিমউডতা গোল্ডনক্রোস (Golden cross) পীখি। মহাক্না মণিপুরগী মরমদা "My three Years in Manipur and escape from the recent Mutinee" (London, 1891) কৌবা লাইরিক অমা ফোংখি।

মখোয়গী ইনা কুপ্পা বিল্ডিং অদু মৈতৈনা মৈ থাদোকখি। মাদু চাকপা মখোযনা লম্বীদগী উখি। মাইল ৬ চৎলগা মফম অমদগী এটেক তৌরকপা থেংনখি। অশোক-অপন যাওখিদে।

লমাংদোংগী পুলিস আউটপোষ্ট অদু লাম্হোকপা মখোয যাম্না চিংনবমই। অদুনা শোরোক্তগী হাইথরগা চীংয়াদা চৎলম্মী। পুং অমা মখাইরোম চৎলগা জঙ্গলদগী লুমদুনা এটেক তৌবকপা অমসু থেংনখি। মার্চ্চ তাং ২৬ কী অযুক পুং ৮ তাবদা মখোয় কাছাড লম্বী তারমই। পুং ১০ বোম তাবা অদুবাইদদি মখোযনা ৪৩ শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্টি গী লুচিংবা কেপ্তেন কাউলী ( Captain Cowley ) লাইমতোন চীঙথক্তা থেংনরে। কেপ্তেন কাউলী কাছাবরোমদা অমুকহন্না মিসেস গ্রিমউডকা চৎমিন্নবা তারমই। লৈমতাক্তগী মাইল ৩ লোম চৎলগা অহিং য়াবেকপা তাবম্মী। রসন কোন্নদবদগী কেপ্তেন কাউলীগী কাঙবুদা য়াওবম্বা রসন পুথোক্তুনা তঙ্খাই তঙ্খাই শেৎনখাযনদুনা চামিন্নরমই।

রসনগা ৱাৎশিল্লকপনে, নোংমৈ মরুগা লৈরক্তবনে অথুবদা কাছাড য়ৌদবা য়াদে হায়দুনা মার্চ্চ ২৬ কী অহিংদগী অথুবা খোঙচৎতা চৎলে। তাং ২৭ কী অযুক্তা খৌবুম যৌই, অদুগা তাং ২৮ দা লেংবা খুলদা থুংই। তাং ৩০ দা কালা নাগা লাম্থোক্লগা মক্রু যৌই। মফম অদুদগী লক্ষীমপুর মাইল ৩০ নি। মাদুদগী অমুক চৎপনা মার্চ্চ ৩১ দা শিলচরদা থুংখি।

অসোমদা মৈতৈ মখৈনা কমদৌবি? বৃটিশশিংনা চৎথ্রবা মতুংদা মখোযবু তান্নবা ৱাফম খন্নখি। কবিগুম্বদা চীঙদগী মখোয়গী মথক্তা এটেক তৌরকপা থোক্লবদি মখোয় অমুক হল্লকপা যাই, মতুদা খুদোংচাবা লৌনবা নাকল খুদিংমক্তা মী থাখি। কাছাড লম্বীদা লাম্মী ১০০ গা সেনাপতি অঙোসনা অমসুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীমকপু থাদুনা বৃটিশশিংবু তান্নহনখি। যাওযাংটেক য়ৌরগা অবেম্বদা হল্লকখি।

---

## নিপালশুবা তাঙ্কক

# থৌবাল অথোকপমগী লান

মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক্কী পাউ তাবগা বৃটিশ বন্দিশিংবু কল্পনবগীদমক ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী লেফটেনেন্ট গ্রান্টনা মার্চ্চ ২৮ দগী তুমু থাদোক্লম্মী *। ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী সিপাই ৫০ অমসুং ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসগী সিপাই ৩০ পুন্না সিপাই ৮০ লোয়নরকখি। বন্দি লৈবা বৃটিশশিংবু মথগ্রায কনবিনবা অমসুং তেংবাংবিনবা ইম্ফাল পাংলকপদা লম্বীদা থৌবাল অথোকপমদা থুংলবগা মৈতৈ লাম্মীশিংনা মখোযবু থিংদুনা নুমিৎ ১০ নি কোযশিন্দুনা থমখি। মৈতৈ লাম্মী ৮০০ বোমনি।

পাউ অসি তাবদুনা লাংথবান্দা লৈবম্না বৃটিশ সিপাইশিং অদু পুন্দুনা জমাদার বীরবল থাপানা থৌবাল অথোকপমদা লেফটেনেন্ট গ্রান্ট উন্নবা চৎলমই। মখোযবু তান্নবা কোন্নুংদগী হাওজৌসনা যাইস্কুল্লাকপবু থাবমই। যাইস্কুল্লাকপবু মাগী চহী ১৪ খক্তা ভাইরিবা মচানিপা শঙ্গোইসনানা তুংইল্লমই।

বৃটিশ লাম্মীশিং অদুগা যাইস্কুল্লাকপগা খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎথুংবা মতুং পুং ৩ তাবদা থৌবাল অথোকপমদা থেংনখি। মণিপুর খক্তগী নত্তনা ভারতকী লানফম পুম্নমক্তগী থাইদগী হেন্না গুর্খা রাইফলস শিখিবা মফমদি থৌবাল অথোকপমদনি হায়না জেনেরেল মানেকশোনা খৃঃ ১৯৬৫ গী এপ্রিলগী তাং ৬ তা গুর্খা রেজিমেন্টগী মীফমদা হায়খি। যাইস্কুল্লাকপগী অহানবা খোঙজংদা গুর্খা সিপাই মশীঙ লাকঙমদনা হায়খি। পাকশন্না অশিবা তাদুনা লৈরমই। মৈতৈগী

---

* লেফটেনেন্ট গ্রান্টবু মহাক্কী থৌনা ফবগীদমক ভারত সরকারনা মেজর ফম পীখি। ভিক্টোরিয়া মহারানীনচ "ভিক্টোরিয়া ক্রোস,, (Victoria cross) পীখি। মহাক লেফটেনেন্ট জেনেরেল অমগী মচানিপানি।

অচৌবা জযগী আশা উকরবনি। অদুবু শিরবনি হাযনা খনবা সিপাই অমনা মাগী নোংমৈনা য়াইস্কুল্লাকপদা পান্দুনা শিখি। মপাবুংগী অশিবা হকচাং কোনশিন্নবদা শঙ্গোইসনাদ্ব পান্দুনা মপাবুংগী তুংইনখি। লোয়ননা অতোপ্পা মৈতৈ মঙা অমসু শিখি। ব্রিগেডিযাব-জেনেবেল টি, গ্রাহামনা মণিপুব ফিল্ড ফোর্সগী এসিষ্টেণ্ট এডজুটেন্ট-জেনেবেলদা থাবা চেবোল নং ১৮১, এপ্রিল তাং ২৯ গী বিপোর্টতা পল্লিবদি মফম অসিদা শিখিবা মৈতৈ মশীঙ ৫০ নি হাযনা ইরি। লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টনা মফম অদু যৌশিল্লক্ক্‌লা এটৈক তৌবদগী মৈতৈ লাম্মীশিং অদু বাযদুনা মহৈ মহৈ চেন্নখি। এপ্রিলগী তাং ৯ দগী লেযটেনেণ্ট গ্রাণ্ট মফম অসিদগী হন্দোকখি। মহাকপু মৈতৈ লাম্মী ৪০০ মুন্না পলেল যৌবা ফাওবা তান্নখি। পলেল যৌবা কান্দদি ১২ শুবা (বর্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ (captain presgrave) কী লমজিং মথাদা মহাক্কী লাম্মীশিং অদু যৌশিল্লকপদগী মৈতৈ লাম্মাশিং কাযদুনা চেন্নখি।

কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ ওশেংবদি চুন্না তুমু খোঙচৎ অমগীদমক্তা লাম্মী ১০০ গা লোযননা এপ্রিলগী তাং ১৩ দা অবটাং (Auktaung) থাদোকখিবনি। লেযটেনেণ্ট গ্রাণ্টগী পাউ তাবদা মহাকপু তেংবাংনবা খুদক্তা পলেল পাংলকখিবনি। ইকুই কুইদনা ২/৪ শুবা গুর্খা বেজিমেণ্টগী মেজব স্যাব সি, এইচ চার্লস লেসলী (Sir C. H. Charles leslie) সু পলেলদা থুংলখি। ব্রিগেডিযাব-জেনেবেল টি, গ্রাহামগী তুমু কলম (column) লাকপা ফাওবা মথোয পুন্নমক পালেলদা কেম্প শাদুনা লৈখি। মতম অদুদগী খোংজোম লান লোইবা ফাওবা বৃটিশকী হেড ক্বাটব পলেলদা ওইরম্বনি *।

* The Gazette of India Part Index dated 20 June 1891 PP 360-362

মাপলশুবা তাঙ্কক

## মণিপূরদা লান্দানবা বৃটিশকী থৌরাং

মিঃ কুইন্টন্না বিশ্বাসঘাত তৌদুনা টিকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা ফাগে হোৎনরুবগী মতুংদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা মহাকপুত্তুম বিশ্বাসঘাত তৌদুনা হাৎখবে। মহাক্ষত্তা ননো মহাক্কী খোঙলোয়ম তয়াম্বা হাৎখবে, শিহৌদবা মী ১৪০ বোম্না কৈশুমশংদা বন্দি ওইনা থমখরে; মখোয়গী মতুংদা পোষ্ট মাষ্টব আশুতোষ মুখর্জি অমসুং টেলিগ্রাফকী মীওইশিংসু যাওবি, অতৈদি লাম্মী অমদি চিফ কমিশ্নাবগী তুংইল্লকপা অমসুং পোলিটিকেল এজেন্সিগী মী ডাক্তরনি।

মণিপূবা খোকখিবা থৌদোক অসিগী পাউ অতু ভাবতকী গোভর্ণর-জেনেরেল অমসুং ভাইসবোব লর্ড ল্যান্সডাউন্না খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ্চগী তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিত্তা তাবমই। মতম অতুদা মহাক নৈনিতালদা লৈরমই। মহাক্কী কুমাউন চীংগী টুর প্রোগ্রাম ককথৎতুনা সিমলাদা হল্লকখি অমসুং খুদক্তা ভাইসরোয়-ইন-কাউন্সিলগী মীফম কৌদুনা হীরম অসি খল্লনৈনখি। বন্দি লৈবিবা বৃটিশ ওফিসাবশিং অমসুং লাম্মীশিংগী মপূন্সি কলহৌনবা অরাং, নোংপোক অমসুং নোংচুপ মায়কৈ অহুমদা তেঙ্গোল অহুম থাজিন্দুনা মণিপূবদা লান্দানবা লেপ্পবমই।

অরাংলোমদা কোহিমা যাওদুনা মণিপূবদা চঙগদবা লাম্মী তেঙ্গোলগী লুচিংবা ব্রিগেডিয়াব-জেনেবেল এইচ, কোলেট, সি, বি (Brigadier-General H. Collet C B.) না ওইখি। নোংপোকলোমদাতুম্মু ফাওদুনা চংগদবা তেঙ্গোলগী লুচিংবা ব্রিগেডিয়াব-জেনেবেল টি, গ্রাহাম, সি, বি (Brigadier-General T. Graham) না ওইখি। নোংচুপলোমদা শিলচব ফাওবগা চঙগদবা তেঙ্গোলগী লুচিংবনা লেফটেনেণ্ট কর্ণেল আর, এইচ, এফ বেনিক (Lt. Colonel R. H. F. Rehnick) না ওইখি। কলম (Column) অহুমকী লুচিংবা

ব্রিগেডিয়ার জেনেরেল এইচ কোলেটনা ওইখি। শিলচর, কোহিমা অমসুং তুমু কলম অহুম্না মথংশিংনা এপ্রিলগী তাং ৫, ২০ অমসুং ২৩ দা চঙশিল্লকখি। পনবা যাই মহুদি তুমু কলমনা লাক্লিবগী মমাঙদা ১২শুবা মাদ্রাজ ইনফেনট্রিগী লেফটেনেন্ট সি, জে, ডবলিউ গ্রান্ট (Lt. C. J. W. Grant) গী মথাদা কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ (Captain Presgrave) অমসুং মেজর চার্লস লেসলী (Major Charles Leslie)না কেম্প শাতুনা লমযানবা ফোর্স ওইনা লৈরমই।

কমদৌনা চঙশিনগদগে হায়বগী পাউতাক কলম খুদিংমকী জেনেরেল ওফিসার কমান্দিংনা পীখি।

গোভর্ণর-জেনেরেলনসু জি, ও, সি (G. O. C) দা এপ্রিল ১৩দা অহুম্না পাউতাক পীখি –

"মণিপুরদা বৃটিশ অথোবিটি থম্নবা মণিপুর লৌশিন্নবা তুংদা লেফটেনেন্ট গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ অনীমকপু লৈবাক অতুদা থম্না তাবনি। কবিশুম্না মণ্ডদা যানবা পুরক্লোইদবনি। মবম চাদনা চংজবকপশিংবু লুনা-চান্না তৌবোইদবনি। মখোয়গী পুন্সি কনবিগে হায়বা থাজবা পিরোইদবনি। মীহাৎপদা যাওই হায়না চিংনবা মীশক নত্রগা শাবৌ শিনবা যাওই নত্রগা হাৎপদা হুকুম পিকবা মী নত্রগা লালহৌবদা লমজিংলুবা নী— ঐগী মাঙদা বিচারগীদমক পুথোক্কদবনি *। নিংথৌ ওইরিবা নত্রগা মহাকী ইমুং মনুংগী কনাগুম্না অমবু ফারবদি ওফিসার অহুমগী কোর্টতা পুথোক্কদবসি। ওফিসার অহুম অতুগী মনুঙদা অমদি পোলিটিকেল ওফিশার ওইগদবসি। ফাঁসি তৌগদবা লৈরবদি ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টগী অয়াবা লৌগদবনি। মরাল লৈরবদি দণ্ড মীযাম মমাঙদা পিগদবনি। কোংলুগী শরুক থবা মাংতাকহনগদবনি

---

* Any persens Suspected of murder or abetment of murder or of acting as instigators or leaders of revolt Suould be placed on their trial before me.

( demolish part of the palace )। প্রজাশিংবু তানবা নত্রগা অরাবা পিবোইদবনি। মরাল পিবা খুদিংমক চুমই হায়না লৌগদবনি, মখোযবু দণ্ড পিবা কান্দা মীচঙ-মীথায নাইরোইদবনি।" অদুগা অমুক কলম অহুমগী লুচিংবা ব্রিগেডিযায়-জেনেবেল এইচ কোলেটনা কোহিমাদগী এপ্রিল ১৯ দা অসুম্না লাউথোকখি—

"মণিপুরগী খুৎলাই পাযবা লাম্মীশিংনা বৃটিশ সরকার অমসুং মাগী লাম্মীশিংবু থিংবা মরম্না লৈবাক অসিনা ভারতকী মহারাণীগী মায়োক্তা ফোঙনা লালহৌবগী মবাল লৈরে। মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহগী লৈবাক ঙাকপগী থবম লোইবে হাযনা লাউথোক্লি অমসুং বৃটিশ সরকারগী হুকুম অমা ফংগ্রি ফাওবা ঐহাক্না অথোইবা লৈবাক ঙাকপা অমা ওইনা ইথৌদাং পাঙথোকনি, অসিগীসু মথক্তা ঐহাক্না চঙশিল্লকপা অসিবু থিংদনবা খঙহল্লি। কোনুং লৌশিন্নবা লালহৌবগী লুচিংবা নত্রগা লালহৌনবা ইনশিনবা মীওইশিংবু মতিকচাবা দণ্ড পিননবা অমসুং বৃটিশকী প্রজাশিংবু নমথাক তৌদুনা হাৎখিবগা মবী লৈনবা মীওইশিংবু দণ্ড পিননবা ঐহাক মণিপুরদা লাক্লিবনি।"

থা অসিগী তাং ২৪ দা জেনেবেল কোলেটনা মযাংখাঙদগী কুলচন্দ্র-ধ্বজ মহারাজদা চিঠি অমা পিরকখি, বারোলদি—

"মণিপুরদা ফাদুনা থম্লিবা বৃটিশ প্রজা পুম্নমক খুদক্তা থাদোক্লবা হুকুম তৌরি। মীওইশিং অদুগী খুদোংথিবা পোক্তনবগী দায়ী নহাক্কী ওইগদবনি অমসুং মখোয়গী কম্রিগুম্বা অমাংবা থোক্লবদি নহাক্কী নথরায লৌগনি। অদুগা খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ২৭ তা নশামক ঐভোন্দা চঙজগদবনি। নহাক নশামক্না চঙজক্রবদি নহাকপু বিচার তৌগনি। তৌইগুম্বসুং নহাক্কী নথরায় কনবিগনি হায়না রাশকপদি ঙম্লোই।"

জেনেরেল কোলেটকী বারোল অসিগী মতুংইন্না কলম অহুম্মক এপ্রিলগী তাং ২৭ তা পুম্না নোংমতদা ইম্ফাল য়োশিল্লকখি।

---

মাপলশুবা তাঙ্কক

# মণিপুর ঙাক্লবা থৌরাং

বৃটিশ আর্মীগী তেঙ্গোল অহুম্মা মণিপুরগী মাযকৈ অহুমদা লান্দাবক-দোৱে হায়বা পাউ লৈবাক অসিদা তানখি। অদুনা মাতৃ-ভূমি অসি চেকশিন্না ঙাক্লবা মৈতৈ নিংথৌগী মাযকৈদগী ঙম্বা শক্তি তৌখি। তেঙ্গোল অহুম শেমদুনা অৱাং, নোংচুপ অমস্তুং নোংপোক মাযকৈ অহুমদা থৌবাং তৌদুনা থমখি।

অৱাং মাযকৈদা কোহিমাবোমদগী চঙলকপা ফোর্স থিংনবা মতোন ইবুংঙো খ্বাইবাকপগী লুচিং মখাদা লাইশ্রবা জজুবান মেজর, হৈক্রুজম পোইলা, মাইবা তাম্রসিংহ সুবেদাব যাওনা সিপাই ৮০০ থমখি। নাকল অসিদা চঙলকপা জেনেরেল কোলেটকী লাম্মীশিং অদুনা এপ্রিলগী তাং ১০ দা কোহিমা থাদোক্লুনা ইম্ফাল পাংলকখি। অদুগা এপ্রিলগী তাং ১৪ দা অবাং সেকমাই মথক্তা লৈবা ৈকথেলমানবী মনাক্তা মৈতৈ লাম্মীশিং-গা থেংনখি। কোস্তুংদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা মকম অদু থাদোক্লুনা চেন্নখিবদগী জেনেবেল কোলেটকী লাম্মীশিংদা অপনবা থোকখিদগী প্রমান ফংদে। অদুবু চথোক চশিন লম্বী খুদোংচাদবগী অৱাবা অমস্তুং শোংলুম পুবগী খুদোংথিবা নংখি। রাফম অসি "Field operations Manipur" গী রিপোর্ট নং ৩৭৫–এম-দা ইরি—

"Considerable difficulty was experienced in the concentration and advance of the force, the troops for the Tamu and silchar colucmns being furnished from Burma and India, whilst the movement of the Kohima column were seriously retarded by the difficulty of obtaining coolie transport"

মণিপুরগী নোংচুপ্তা কাছাড় ফাওদুনা চঙলকপা লেফটেনেন্ট কর্ণেল রেনিকী লাম্মীশিং অদু থিংনবা, সনখ্বা কালাসনাগী লমজিং মখাদা

ঙাংবাসনা, লৌরুংপুরেন, য়েনখোইবা পোইলা, লোংজাম্বা পোয়লা য়াওনা সিপাই ১০০০ থাখি। মখোয়গা বৃটিশ লাম্মীগা খুৎ থোক্লবদা মৈতৈ লাম্মী ১০ শিখি। অমদি নোংমৈনা পানবদগী ফাহৌই। বৃটিশ লাম্মীশিংনা এপ্রিল ২৫ দা ফোইজিং তুরেলগী অকোয়বদা লৈবা খুলশিংদা লাম্দারম্মী। তাং ২৬ তা ফোইজিং য়ৌশিনখি। অদুনা মখোয়না অতৈ ফোর্সতগী হাম্না ইরায় লাইনা কোম্নুং য়ৌবা হানখি।

নোংপোক মায়কৈদনা হায়বদি বর্ম্মারোমদগী হাইজিল্লকপা বৃটিশ ফোর্স থিংনবা রাংখৈরাকপা মাইপাক (লোকেন্দ্রবিরজিৎ সিংহ) অমসুং মেজর য়েংখোইবা রুদ্রসিংহ অনীনা লুচিংবা লাম্মী ৭০০ থাখি। থৌবাল তোমজিং মখোঙদা রাইখোমগী ইংখোলদা লাম্বন শাদুনা ঙাক্লমই। মায়কৈ অসি য়াক্লা খুদোংথিনিঙাই ওইখি। থৌবাল হেড কাটরনা অনীমক্তা হুকুম পিদুনা বর্ম্মা রোড পরিংদা পলেল ফাওবদা বৃটিশ ফোর্স থিংনবা শীরখি। অদুগা রাংখৈ মৈরাববুনা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা থৌবাল লৈশাংথেম ফাওরগা ময়ায় লম্বীদা ককচিং অমসুং পলেল য়ৌনবা থাখি। পনবা য়াই মাদুদি মণিপুরগী নোংপোক মায়কৈ পুবা কলমগী মৈতৈ লাম্মীগী হেড কাটর অহানবদা রাংজিং কোদোমপোকপিদা ওইরমই। মথংদা থৌবাল তোমজিংদা রাইখোমগী ইংখোলদা ওইখিবনি। ইংরেজগী হেড কাটরনা পলেলদা ওইরমই।

মৈরাবনা ককচিংদা থুংলবা অহিং অদুমক্তদা ইংরেজ লাম্মাবু লুচিংলকপা মেজর লেসলী (Magor Leslie) গা ককচিংগী মনাউ (মচিন মনাউ) চাঙখোঙদা খুৎ থোক্লখি। রাংখৈ মৈরাবগা কোম্লনা মৈতৈ লাম্মী ২০ শিখি। অহল-লম্মনশিংনা তাকপিরকপদি অহানবা লাঙ্গংদা মৈরাবনা কন্ট্রোল তৌরুরবনি। মাইপাকপগী আশাদা ময়াই কাদুনা অহিংদা বৃটিশ লাম্বন চঙলুবনি। লাম্বনগী থোঙজাকপা অদু হাত্তোক্লগা লাম্বন মনুঙদা এটেক তৌরুবদা বৃটিশ লাম্মীশিংনা কোয়শিন্দুনা হাৎপনি হায়। রাংখৈ মৈরাবা তুবা অসিদগী মৈতৈগী মায়কৈদা নিংহন্নবা অমসুং মিপাইবা পোক্লখি।

মৈরাবা তুবা মতুংদা বৃটিশ ফোর্সনা অস্তুম অস্তুম চঙশিল্লক্লনা খুমু চাং লাম্বোক্লনা লৌশি পাং-পাপান, শাপম, তেকচম চরোই চীঙ অমস্তুং লাঙথেল যৌশিল্লক্লমই। মতম অত্তুদা মৈতৈ লাম্মীশিং শাপমদা পৈত্থনা লৈরমই। মক্কম অত্তুদা মৈতৈ লাম্মীগা ৪ শুবা শুর্ধ বাইফলসগী কেপ্তেন এফ, এম রুন্দাল (Captain F. M Rundall)গী ফোর্সগা মায়োক্লবদা অশোক-অপন য়াম্না থোকখি হায়না কেপ্তেন রুন্দালগী রিপোর্টতা ইবি *। মৈতৈ ওফিসার (মমিং পন্দবা) অমগা সিপাই অমগা শিখি। বৃটিশ ওফিসার অনীগা (মমিং পন্দবা), সিপাই মঙাগা শোকখি হায়নস্তু ইরি

মণিপুরগী লুরবা তাঙ্গা অসিদা মথংগী লুচিংবা কনাবু থাগদগে হায়না কাংলাদা খন্নৈনখি। যাম্না খন্নৈনরবা তুংদা পাউনা ব্রজবাসীবু মথংগী লুচিংবা ওইনা থাননবা লেপখি অমস্তুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং থঙ্গাল জেনেবেল অনীনা বাফম অসি পাউনা ব্রজবাসী মশামকপু কৌত্থনা খঙহনখি। পাউনা ব্রজবাসীনস্তু হবাও হরাও যাখি। স্তুবেদার পাউনা ব্রজবাসী অমস্তুং চোংথানিযা অনীমকপু খুদক্তা মেজর ফম কাহল্লগা থাখিবনি।

বৃটিশ লাম্মীশিং অত্তু লাঙথেলদগী হেন্দোক্লক্লনবা মৈতৈনা খোংজোম তুরেলগী তোর্ব্বালদা খেবচৌংগী চীঙথক্তা লাম্বন শারমই। লাম্বন অত্তুগী মওঙ মথাগী অস্তুম্না শারই:—

"লাম্বন অত্তু য়েরুন মওঙদা গজ ৫০ শাংই, গজ ৪০ পাকই। বর্ম্মা রোডতগী গজ ২০০ রোম নোংপোকলোমদা হাইজিল্লগা অহা বা মক্কম অমদা শাই। লৈথোম অমস্তুং লৈপাক্তা চেকপল ওই। চেকপল অত্তু মায়কৈ পুম্নমক্তা ফুট ৪ বাংই। লাম্বন অসিগী নোংপোক, নোংচুপ, মখা

* No. 375-M—"Field operations—Manipur" dated Simla, 11th June 1891.

The Guzette of India Part I
June 20, 1891 PP 357-358.

মায়কৈ অহুম্মক্তা ফুট ১২ লুবা ফুট ১৫ পাকপা খোংবান্না ইকোয কোয়শিল্লি। খোংবান অহু ফুট ৩/৪ রোম ন্না ঈশিং লৈ। খোংবান অহু যাম্না বাংবা নাপী জাং অমনা থনজিল্লি। মনাক্তা চঙত্রিবমখৈ খোংবান লৈ হাযবা থঙদে। খোংবানহুগী বাংমদস্থ নাপী ভাক্তনা কুপশিনবা কোম মচা মচা কযামরুম লৈ।

লাম্বন মনুঙদস্থ চেকপল মরুমদা য়াম্না লুবা কোম অমা শাংনা লৈ। মাহুদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা পোজিসন লৌই। লাম্বনগী ময়ায চবুক্ত বা (Bamboo) মপৈ মপৈ অমস্থং নাপী মপুন মপুন থম্লমই। লোৎফম খুদোংচানবনি। লাম্বনগী বাংমদা নোংপোকলোমদা অহুক বাংদবা চীংশাং পবেং (খেবচীং) অমনা অবাংদগী খা মায়কৈ ফাওবা ফুট ৫০০ শাংনা কোযশিন্দুনা লৈ। লাম্বনদগী কনাগুম্বদা ইবায লাইনা বর্ম্মা রোডলোমদা থোকপা যাই। লাম্বন মনুঙদতা নত্তনা মপান্দস্থ অকনবা তেঙ্গোল অমনা চেকপল মরুমদা লৈরগা লান শোক্লে।"

---

## তরামাথোইশুবা তাক্কঃ

# খোংজোম লান

মৈতৈগী লাম্বন অহুগী মনাক্তা লাঙথেল চীংথক্তা লৈমাইদগী ফুট ৪০০ রোম বাংবা মফমদা ইংরেজ লাম্মীশিংনা খুদোংচাবা লৌবমই। লাম্মী মশীঙলোমদা যেংলবস্থ মৈতৈগী লাম্মী মশীঙদগী ইংরেজ লাম্মীনা শাথিনা হেল্লমই। খুৎলাই চাংদম্নববস্থ ইংরেজগী খুৎলাইনা মৈতৈদগী হেন্দোক্লমই। মাহুগী মথক্তা ইংরেজগী হেড কাটব পলেলদা ওইবনা লানফম অহুগা নক্লবদগী অথুবদা ঈ-পাউ লৌনবা ঙম্লমই অমস্থং হন্দোক হঞ্জিন লানচাবা মফম লৌবা ঙম্লমই। মতম অহুদা এেনিং ফংলবা পার্মিনেন্ট (permanent) তারবা মৈতৈগী লাম্মী মশীং অপুনবা লিশিং মঙারোমথক্তনি, অতৈদি কেজ্যাল (casual) ভাক্তনি হায়। কেজ্যাল লাম্মী মশীঙ

লিশিং তবানিথোইরোমনি হায। মসিনা চুম্না ওইরবদি ট্রেন (Traind) তৌরবা লান্মী মশীঙ্ব বৃটিশনা হেনবা তাই।

খোংজোমদা মৈতৈগী লাম্বন শারি তাবদা মৈতৈ মশীঙ কয়াম ওইগদগে খঙদোক্লমই। কদাযদা লৈবগা লাঙ্গাবা ফগদগে, খুদোংচাগদগে হায়বা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী লেফটেনেন্ট কোক্স (cox) না কুপ্পা যেংশিল্লমই অমসুং হেড কাটরদা রিপোর্ট পিরমই। খঙদোকপা লোইরবা মতুংদা বৃটিশ ফোর্সগী কম্যান্দবশিংনা মৈতৈগী মথক্তা এটেক তৌনবা হুকুক ঙাইরমই। স্যার চার্লস লেসলী (sir charles leslie) না মৈতৈগী মথক্তা নান্দানবা জি, ও সি-দা হায়জবমই। অদুবু জি, ও, সি-না ৬০ শুবা কিংস রোযল রাইফলস (60th kings Royal Rifles) মথংগী মুমিত্তা থুংলবা যাই, মাদু ফাওবতং হৈরোক্লবা হাযখি। লাঙ্গাবা কাঙবুগী লুচিংবা ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টকী কেপ্তেন ড্রুরী (Captain Drury) নসু মৈতৈ লাম্মীশিং থুগাইরুগে ওর্ডর পিযু হাযনা তকশিল্লকপা কান্দদি ব্রিগেডিযার জেনেরেল টি, গ্রাহাম্না ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী সিপাই ১০০ অমসুং ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী শগোলতোংবা সিপাই ৪৫ অসিথক্তনদি মতিক চাদে, কেপ্তেন রুন্দাল (Captain Randall) গী মথাদা ২শুবা মাউন্টেড ব্যাটরী (Mounted Battery) গী নোংমৈ অচৌবা ২ অমসুং ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী রাইফল পাযবা সিপাই ২০০ কেপ্তেন ড্রুরীবু এতেং পাংননবা থারমই।

জি, ও, সি, (G. C O.) দগী ওর্ডর ফংলবদা মথং মুমিংকী অয়ুক্তা কেপ্তেন ড্রুরী, লেফটেনেন্ট গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট কোক্স মাগী মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা মৈতৈ তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লকাখ। কেপ্তেন রুন্দালনা মকম অদুদা হেক থুংবগা মৈতৈগী লাম্বন যৌগদবা গজ ১০০ রোম রাংলিঙৈদা নোংমৈ অচৌবা অমা খিল্লগা মৈতৈ লাম্মীশিংদা কাপশিনখি। মতম অসিদা কেপ্তেন কর্ণেজী (Cantain Carnegy) সু

থুংলবগা মখারোমদগী ফুজিল্লক্‌না মৈতৈ লাম্মীশিংগা হকথেংননা লান শোক্লখি। বৃটিশ মাউণ্টেড ইনফেন্ট্রি (Mounted Infantry) নম্বু ভি (V) মণ্ডলদা মায়কৈ অক্নমদগী এটেক তৌখি। মৈতৈগী থুম্বা লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্ট অমসুং কোক্ল অনীমক নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি। লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টগী কোট লিংলম্বদগী খরা শাক্ষবনি নত্রবদি শিবা য়াবা খোংফমনি। মতুদগী বৃটিশ লাম্মীশিংনা শাউজুনা মৈতৈগী অশিবা হকচাংশিং অদু কোমদা থাদজুনা ফুজিল্লমই। লেফটেনেণ্ট কোক্লতি ওইথংবা লেংবান্দা পানবনি। মহাকপু কাপ্লহৌ মৈতৈ লাম্মী অদু মাউণ্টেড ইনফেন্ট্রিগী লাম্মীশিংনা কোয়তান তাম্লজুনা হাৎখি *।

লাম্বন অসিদা লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টনা ইহান হান্না চঙবদা মৈতৈ অমনা অঙোবা ফিরাল অমা থাঙ্গৎপা উবদা সবেন্দব তৌরিবমাল্লে হায়জুনা মহাক্কী লাম্মীশিংদা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পবা ওর্ডর তৌখি। মৈতৈ অদুনা ইংরেজ লাম্মীশিংনা লাম্বন নকশিল্লকগা উবদা নোংমৈ কাপ্রকপদগী কাপ্পবা হৌখিবনি হায়না "The fight at Langatel" গী রিপোর্টতা ইরি। লাম্বন্দগী অরাংলোমদা চেম্ত্রোক্লবা থোরকপা মৈতৈ খুদিংমকপু মাউন্টেড ইনফেন্ট্রিগী লাম্মীশিংনা কোইতান তাম্লজুনা হাৎখি। মখোয়না উবা ফংবমখৈ হিংখিদে হায়। অসুম্না লাম্বন অসিগী মনুঙদা ৭৫ অমসুং মপান্দা ৫২ পুম্না ১২৭ শিববা কান্দা লান লোইশিনখি অমসুং বৃটিশকী জয় ওইখি।

খোংজোম লান্দা মশাগী লৈজবা থাজুনা মরৈবাক অমসুং মজাতিগী-দমক মথরায কৎখিবা মৈতৈ লাম্মীগী লুচিংবা মেজর পাউনা ব্রজবাসীনি। মহাক্কী মতিক মগুণ মথংগী পন্দুপ্তা পীরি। ব্রজবাসীগী লমজিং মখাদা খোংজোম লান্দা শিখিবা মৈতৈ অথৌবশিংগী মনুঙদা মেজর থুম্বোং, চিংলেনসনা, জমাদার লোইতোংবা, জমাদার কৈসা, হৈরাং খোংজা য়াওরি।

* The Manipur Compiled from columms of the Pioneer, Allahabad 1891.

বৃটিশগী মায়কৈদা য়াওখিবা অরাংবা থাক্কী আর্মী ওফিসারশিংদি ২/৪ শুবা শুর্খা রেজিমেণ্টকী স্যার চার্লস লেসলী, কেপ্তেন রুন্দাল, ড্রুরী, কর্ণেজী, লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্ট, ডুকট ( Ducat ), পেটরসন ( Peterson ) অমসুং ডাক্তর ক্লার্কসন ( Clarkson ) নি।

১২ শুবা বর্মা রেজিমেণ্টগীনা কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ অমসুং লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টনি, লেফটেনেণ্ট কোম্বকী মখাদা ৪০ শুবা মাউণ্টেড ইনফেন্ট্রি অমসুং ২ শুবা মাউণ্টেন ব্যাটরী (Mountain Battery) গী লেফটেনেণ্ট পর্সে (Persse) নি। শোকখিবা ওফিসারশিংদি কেপ্তেন ড্রুরী অমসুং কর্ণেজী, লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্ট অমসুং কোম্বনি। সিফাই মবক্তনা সিফাই ৯ শাখিনা শোকখি। অদুগা শিখিবনা জমাদার এডজ্যাটেণ্ট কিংবান গুরুং অমসুং সিফাই দালিয়া থাপা অনিখক্তনি।

মৈতৈগী মায়কৈদসু লানফমদগী চেনখিবা হিংহোবা মী মশীং ১০০ বোমনি হায়। মখোয়গী মনুংদা মেজর চোংথামিযা যাওরি। পনবা য়াই মতুংদি পাউনা ব্রজবাসী তুবা অহিং অদুমক্তদা থৌবালগী হেড ক্বাটরদা লৈরম্বা কম্যান্দর-ইন-চিফ য়েংখোইবানচিংবা পুম্নমক মফম অদু থাদোক্লুনা চৎখিবয়ে। চোংথামিযানা মফম অদু যৌবা কান্দদি কনা অমত্তা লৈরমদে। খোংজোম লান জয় তৌবগা ইম্ফাল পাংলকপা বৃটিশ ফোর্সনা মেজর চোংথামিযাবু থৌবাল অথোকপমদগী ফাখি অমসুং বন্দি থমখি। খৃঃ ১৮৯১ গী মে-গী তাং ৫ দা মহাক্কী বিচার হৌখি অমসুং চিফ পোলিটিকেল ওফিসার এইচ, মেক্সয়েল (H Maxwell) না নুমিৎ অসিদা মহাক্কী জবান লৌখি। মে-গী তাং ১২ দা শিজিন্নবা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা রায় পিখি। নিরঞ্জন সুবেদারগা মহাক্কা পুন্না নুমিৎ অসিমক্তদা রায় পিবনি। অদুবু ভারত সরকারগী অয়াবা লৌনা কান্দা অন্দমানগী দন্দিগী মওং তৌগাল্লকখি। নিরঞ্জন সুবেদারবুনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ৮ দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা ওর্ডর পিবকখি, অদুগা চোংথামিয়া (মিয়া সিংহ হায়না রায় পিবা) *চোংথাম মিযা সিংহবুনা

পুন্সিচুপ্পা লোই থাবা (Transportation for life) হায়না খণ্ডহল্লকখি অমস্তুং নত্তুগী মতুংইন্না লোই থাখি। নিরঞ্জন সুবেদারদা পিরিবা মবাল অসি মহাক টেকেন্দ্রজিৎকী য়েৎথংবা পাম্বোমগী মীশক্তি হায়না তৌবনি।

---

## অরানিথোইশুবা তাক্কক

# খোংজোম লানগী মতমগী রাক্‌ম

খোংজোম লানগী তারিখকী মতাংদা চয়েৎনবা অমা থোক্লে। অখণ্ড-অহৈশিংগী মরক্তা মত মান্নদবা অমা লৈরে। বিষয় অসিদা য়াম্না খণ্ডহৈরবা লময়ানবা পণ্ডিত অনী শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমস্তুং রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি-কমনা খোংজোম লানগী অরোইবা মতম খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ২৫ নি হায়রি অদুগা মৈরাবনা ককচিংদা থেংনখিবা মতম অদুনা এপ্রিলগী তাং ২৩ নি হায়রি। মতম অসি ইকাই কাইদনা ওজা খেলচন্দ্রগী "Battle of Khongjom" (১৯৮৩) অমস্তুং সনাখ্যা স্নাহল বি-কমগী "বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯৭৩) কৌবা লাইরিক্তা মৈরাবা তুবা মতম অদুনা এপ্রিল ২৩ অমস্তুং খোংজোম লানগী মতমনা এপ্রিল ২৫ পীরি। পণ্ডিত অনী অসিগী মত মতুংইন্না "খোংজোম নুমিৎ' ( Khongjom Day ) অসি এপ্রিল ২৫ ওইকম থোক্লে পীরি।

মসিগী ওন্নতৈনবদা ডাঃ চন্দ্রমনিগী "মণিপুরগী ইতিহাস" তা পীরিবনা খোংজোম লানগী অরোইবা নুমিৎ হায়বদি পাউনা ব্রাজবাসী তুবা তারিখ এপ্রিলগী তাং ২৩ পীরি। মসিগী মতুংইন্না বাংথৈ মৈরাবনা ককচিংগী মনাউ চৌংখোঙদা তুবা তারিখ এপ্রিল তাং ২১ ওইকম থোক্লে। চমন্নবা অসিগীদমক ঐখাক্তা হৌজিক কান্দা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈবিবা ব্রজবাসীগী মগুশিং ( পাউনাগী মচানিপা অতোম্বা তোনস্নানা পোকপা )

উনরুবদা তাকপিরকপনা মখোয়গী মবুধৌ ব্রজবাসীনা শিখিবা এপ্রিলগী তাং ২৩ শজিবুগী ১৪ নি পানবনি হায়রকই। চহী খুদিংগী শজিবুগী ১৪ নি পানবদা মবুধৌগী কুমওন উৎসব পাঙথোক্লি হায়বিরকই। অতোপ্পাপু শর্মানা খুংপায় যেংবিদুনা খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ২৩ অদু শজিবুগী ১৪ নি পানবা শগোলশেন নুমিৎ থোকই হায়বগা লোয়ননা ব্রজবাসীগী কুমওন খুদিংদা জলাঞ্জলি কৎলি হায়নসু পনবিরকই।

খোংজোম নুমিৎ ( Khongjom Day ) পালনগা মরী লৈননা রাকম অসি মণিপুরগী সরকারনসু খন্নৈননখি। মণিপুরগী মশক নাইবা পণ্ডিতশিং হায়বদি রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি-কম, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ, ফুরাইলাৎপম নন্দলাল শর্মা, সনসম গৌরহরি সিংহ, রাজকুমার মাধুজিৎ সিংহ, পাউনম জুগিন্দ্রো সিংহ (পাউনা ব্রজবাসীগী মণ্ডনিপা) অসিনচিংবগী কমিতি অমা শেমদুনা খোংজোম লানগী মতম খন্নৈনহনখি। কমিতি অসিগী চেযারমেন মতম অদুগী মণিপুর লেজিসলেটিব এসেম্বলিগী অধ্যক্ষ ( Speaker ) ওইনাম যাইমা সিংহনা ওইরম্মী। কমিতি অসিগী রিপোর্ট মতুংইন্না খোংজোম নুমিৎ পালন এপ্রিলগী তাং ২৩ দা লেপ্পখি। রারেপ অদু খৃঃ ১৯৮২ গী ওক্টোবরগী তাং ১২ দা মণিপুর গেজেটতা অহুম্না কোঙখি--

## GOVERNMENT OF MANIPUR
## SECRETARIAT : RECORD & LIBRARY BRANCH

## ORDERS BY THE GOVERNOR : MANIPUR

**Imphal, the 11th October, 1982**

**No. 2/9/82-R & L-Whereas, there is Controversy over the observance of the date of Khongjom Day.**

**2. Now, therefore, in Pursuance of the report of the Committee to look into the controversy over the observance of the Khongjom Day is Canstituted**

**Vide Notification No. 23/7/81—DIP (iii) dated 15-5-1981, the Governor of Manipur is pleased to declare the 23rd Day of April ef every year as the Khongjom Day.**

**By order etc. in the name of the**
**Governor**
***Sd/—***
**T. Hangshing**
**Secretariat (GAD), Govt. of Manipur**

---

তবাহুমদোইস্নুবা তাঙ্কক

## পাউনা ব্রজবাসীগী মতিক-মগুণ অমস্থং অরোইবা সংস্কার

মৈবনাক অমস্তং মজাতিগীদমক খোংজোম লান্দা মথরায কৎখিবা মৈতৈগী অথৌবা পাউনা ব্রজবাসি খৃঃ ১৮৩৩ গী ডিসেম্বরগী তাং ২০ (শকাব্দ ১৭৫০ গী পোইন্নুগী ৮নি পানবা) শগোলশেল মুমিত্তা হাওবম লৈকাইদা পোকখি*। মতম অদুদা হাওবম লৈকায অসি হৌজিক্কী সেক্রেরিয়েট মমাঙগী বাবুপাডা* অসিবু খঙনরম্মী। মপাবুং তুলসিরাম লাইফম লাকপা (লাইফম পানা পান্নবা মী) না হাওবম মেজর অনৌবগী মচানুপী কুঞ্জেশ্বরী লৌহুনা পাউনা পোকই। পাউনগী অঙাং ওইরিবৈগী মিং নাওলসিং কৌই। অঙাং ওইরিবৈদগী থাঙ-তা হৈনরমই।

---

* চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ পোকপনা খৃঃ ১৮৩২ দনি। মথোয় অনীমক হৌমিন কামিন্নরকপগী মওঙদা লুনা চান্না তিন্নে।

* মতম অদুদা বামচরণ মুখর্জি, রসিকলাল কুণ্ডনচিংবা সরকারগী বাবুশিং হাওবম লৈকাইদা লৈরম্বদগী হাওবম লৈকাইমু বাবুপাড়া কৌখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নাওলসিং, লৌক্রাকপম শামু অমসুং নিংথৌজম শিলেটতাবা অহুম্বাকপু শিলেট অমসুং কলিকতাদা থাঙ-তা তমহনখি।

মফম অদুদগী থাঙ-তাগী বিদ্যা তম্বা লোযরগা মখা তমথনবা বৃন্দাবন পাংখি। বৃন্দাবনদা চহী তবেৎ লৈখি •শাগী চহী ২৩ শুবরকপা মতমদা খৃঃ ১৮৫৬ তা মণিপুরদা হল্লকখি। মহাবাজনা মহাকপু 'ব্রজবাসী' হাযবা মিংথোল পিদুনা সনা নাক্তা থমখি। পাউনম শাগৈদা পোকই হাযদুনা পাউনা কৌই। মদুদগী পাউনা ব্রজবাসী হাযনা খঙনখি।

ইং কুমজা ১৮৫৬ কী পোইন্নগী ১৯ িন পানবা নিংথৌকাবা সুমিত্রা মহাবাজগা পাউনাগা অকাম হাও লান চৎপদা হাওয়াম্না মহারাজবু কোয-শিন্দুনা ফাগদৌবরদা ব্রজবাসীনা হাওযাম তানখাযদুনা মহাবাজবু কনবদগী •হাবাজনা পেল্লদুনা ব্রজবাসীবু সুবেদাব বাহনখি। পাখংবা ফেকপা নিংথৌ ফুবিৎ পিখি। লোযননা লৌ পবি অহুগম্ব মনা ওইনা পিখি।

মদুগী তুংদা পাউনা ব্রজবাসীনা কাব্রবম সেতুসিংহ, সেনাপতিগী মচান্নপী হেমলতা দেবীগা লুহোংখি। মচান্নপী মঙা অমসুং মচানিপা অহুম পোকখি। চাওবীহন, থমচেৎ, মানিক, নুমিৎলৈ অমসুং দমুমতি মচান্নপীশিংগী মমিংনি। অদুগা মন্ত্রি, ইবোচৌবা অমসুং তোনম্না অসিনা মচানিপাশিংগী মমিংনি। মন্ত্রি অমসুং ইবোচৌবা অনি অসিদি যাম্না অঙাং ওইনা শিখরে। মচানিপা অতোম্না তোনম্নাদি যাম্না কুইনা পুন্সিববা তুংদা খৃঃ ১৯৬১ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৫ দা থুপখি*। পাউনাগী অশিবা হকচাং খোংজোমগী লাম্বন মন্নঙদগী লৌথোক্রবা অদু তোনম্নাগা নবাই ঝুলোনগা অনিননি। মফিদগী খঙবদি তোনম্না হাযবা অসি মপাবুং লৈতবা মতম অদুদা অঙাং ওইজরবম্ন পুংকক চাউবে হাযদা অসিনি। মচান্নপী মঙাগী মন্নঙদা থমচেৎ অমসুং নুমিৎলৈ অনীদি যাম্না কুইনা লুপ্রাবী ওইদুনা তোনম্নাগা লৈমিন্নরবা তুংদা মশা মশাগী চহি ৮০ শুরকপা অদুবাইদা নোঙ্গাখি।

---

* স্বর্গীয় তোনম্নানা ফোলেন্দ্রজিৎ, কুলবিধু অমসুং জোগেন্দ্র কোৌবা মচানিপা অহুম অমসুং ইবোচাওবী কৌবী মচান্নপী অমা থম্লই।

খৃ: ১৮৮১ গী কালেনগী ২২ নি শানবা শগোলশেন মুনিত্তা বঙ্গাল জেনেরেল অমস্তুং ক্রুস সাহেব য়াওনা থিবোম্মৈদা চৎলুবদা সাহেবপু হাওনা ফাগ্রবদা ব্রজবাসীনা কনখি। মহুগীদমক মহাবাজনা পাউনাদা লৌ পরি অমা পিখি। মাহুগী তুংদা পাউনানা সৌগাইজাম্বা বলরাম সিংহ মেজরগা কবো কেন্তাক থুগাইরুবদা মথৌনা ফবা অমস্তুং লান্দা হৈশিংবগীদমক লৌ পরি অমগস্তু ফংখি।

ব্রজবাসীনা চহী ৩০ বোম শুবা কান্দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লাহোরদগী য়াম্না বাংচাউ-শাংবা নিপা অমা থাঙ-তা তম্বা মণিপুরদা লাক্লম্মী। সেতুসিংহ সেনাপতিদা নিপা অসিগা পাউনাগা পুম্না থাঙ-তা তম্মিন্নবমই। নোংমা থাঙগী চাংযেং অমদা পাউনানা লাহোর মচা অত্তবু শাথীনা মায়থিবা পিরমহ। মহুদগী মহারাজনা মজা ইবুংঙোশিং হাযবদি সুবচন্দ্র, কুলচন্দ্র, টেকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা অমস্তুং পাকাসনা মঙামকপু পাউনাদা থাঙ-তা তমহনখি হায।

খৃ: ১৮৮৬ তা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা থুপখিবগা নবসিংহ মহাবাজগী মজা ইবুংঙো বোরাচাউবা যাইস্কুল্লাকপনা সুরচন্দ্র মহাবাজগী মথক্তা লান হৌবকপা মতমদা পাউনানা বোরাচাউবগী মীচঙদা লান যাওখি। বোবাচাউবা মাযথিরবদা পাউনাবু ইবোইশেস্নদগী ফাহুনা বন্দি থমখি। খৃ: ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর ২১ গী লালহৌদা টেকেন্দ্রজিৎনা কৈশুমশঙদা বন্দি মযাম থাদোকপদা পাউনাবুস্তু থাদোক্তুনা টেকেন্দ্রজিৎকী মীচঙদা লেপখি। খৃ: ১৮৯১ গী মার্চ্চ ২৪ দা বৃটিশনা কংলাদা লান্দারকপা কান্দা পাউনাস্তু কোন্নুং কনবা যাওখি।

বৃটিশ ওফিসারশিং হাৎখিবগীদমক সাহেবশিংনা মাযকৈ অহুমদা মণিপুবদা লান্দাবক্লবদা যেংখোইবা, চোংথামিযা, রাংখৈ মৈবাবা, মাই-পাকসনা অমস্তুং পাউনা ব্রজবাসীনা নোংপোক মাযকৈ পুখি। মৈরাবনা ককচিংদা হাইজিন্দুনা মনাও চৌংখোঙদা মেজব লেসলী (Major Leslie) গী লাম্মী ১৫০ গা থেংনবদা মৈতৈ লাম্মী ২০ মুক্তা বাংখৈ মৈরাবা তুরবদা মীপাইনরে। বৃটিশনা ককচিং অমস্তুং লাংঙথেল য়ৌশিল্লকখি।

লৈবাক্কী লুরবা তাঞ্জা অসিদা মথং কনাবু থাগদগে হায়না কংলাদা খয়নৈনখি। টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীনা পাউনা ব্রজবাসীবু থানবা রাবেপ্পবমই অমসুং মশাদা খঙহল্লমই। ব্রজবাসীনসু হরাও হরাও যারমই।

ব্রজবাসীনা লান যাত্রাগীদমক মযুম পাংলবপা লম্বীদা কৈথেল অচৌবা লাইবেম্বী থুরুজরমই। মাতুদা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী থাঙগী থাঙনীঙ মখোক অতুনা মহাক্কী মথবাক্তা থিনখি। অমঙ্গলগী খুদম্মি খন্দুনা মথরায় মুংঙাইখিদে।

নুমিৎ অতুগী কৈথেল কুম্নকপা নুপী মযাম্মা মখোয় মশেল পাউনা ব্রজবাসীনা লান চঙগদৌরি, হযেং চৎকদৌবি হায়না রারী শান্নরমই। পাকাসনাগী নুপীনা পাউ অতু মযুম যৌবগা মচানিপা চিংলেনসনাদা তম্নমই *। চিংলেনসানানা অহিং অতুমক্তদা পাউনাগী নাক্তা লাক্তুনা মহাকপুসু লান্দা পুথিনবা হায়জবমই অমসুং পাউনানসু হবাও হবাও য়াখি। পাউনানা চিলেনবু যাম্না লুনা তৌই হায়।

অতুবু করি থোক্লগবা হায়বা রাখলদা পাউনানা অহিং নোংশোইবা "লচিন কাঙলোন" শান্নবদা মহাক্কী হকচাংগা থরাযগা তোঙান তোঙান খাযদোক্লবা উবদা চিংনখি। নোংঙাল্লগা মাগী সহধর্ম্মিনী হেমলতাদা হরিনাম মহামন্ত্র তোইনা নিংশিংনবা পাউমেল্লম্নগা লানগী যাত্রা তৌখি। ব্রজবাসীনা লান থোঙশানখিবা অসি কৈশামথোং নম্বুল তুরেল মপান লাইশোম লৈরক্লগীনি। হাওবম লৈকাই (বাবুপড়া) দা পোক্লবা তুংদা মখোযগী যুম কৈশামথোং লোংজম লৈকাই নিংথৌজা কোল্লুপ্তা হোংখি। মাতুদগী অমুক লাইশোম লৈকাইদা হোংলকপনি। কোন্তংদা ব্রজবাসী লৈত্রবা কান্দনা তোনম্নাগী মতমদা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা হোংদোক্লক্তুনা পাউনাগী থারা-নালা হৌজিক মফম অসিদা লৈরি।

---

* পাউনম ফোলেন্দ্রজিৎকী মত-তা চিংলেনসনা হায়বসি পাকাসনাগী হুপী শিজ খুলোনথোক্সীনা পোকপনি। অতুগা রাজকুমার সনাহল গুনেশ্বরগী মত-তনা লাবণ্যচন্দ্র মহারাজনা পোকপা সিংহজিৎ সনাগী মচানিপানি হায়না পীরি।

লান যাত্রা লাকপদা ব্রজবাসীনা কোম্নুং চওত্নুনা কুলচন্দ্র মহারাজদা দণ্ডবৎ তৌবন্মী অমস্ত সনা মাঙদা ইরৈবাক ইজাতিগী দমক থরায় কথোক্কনি, নীংহন্দুনা কৈদৌনুংদা হল্লক্লোই হায়না বাশক্লমই। তুংদা শ্রীগোবিন্দদা মোমবতি ১০৮ থানগত্নুনা তুলসী পত্র ১০৮ কৎলমই। অহানবদা বর্ত্তিশিং অত্নু যাম্না ফজনা চাক্লমই। অত্নুবু খঙহৌদনা মুৎখি। খুদমশিং অসিনা ব্রজবাসীবু নীংহন্নবা ঙম্লমদে। লান্মী ৭০০ মুক্কা লোয়ননা খোংজোম পাংখি। লন্মীদা লিলোং বাজারদা পোকমিন্নদবা মনাও অনী অঙাং মচা অমস্তুং থাবল মযাম্বুংগী খোঙলোং ঙাযত্নুনা লৈরমই। মখোয় অনীম্তু মযাম্বুংগী তুংইনখি।

হাওখা কিযাম যৌবদা হাওখা সারাবেল শুকুমজবমই। থৌবাল যৌবগা থৌবাল তোমজিং রাইখোম ইংখোলদা হেড কাটবদা হাওবম মেজর, মাইশাকসনা, রাংখৈবাকপা, চোংথামমিযা, অযাপুরেল অসিনাচংবা উন্নরমই। খবা চৎলগা থৌবাল অথোকপমদা যেংখোইবা মেজর উন্নরমই অমস্তুং মফমত্নুদা ব্রজবাসীগা যেংখোইবগা রাহৈ-রাতা রাউনখি। কালারাজনা বাতেমশিন্দুনা ব্রজবাসীগা চোংথামিযাগা খোংজোম পাংখরে। কালারাজ হাযবসি অসি খ্বাইদগী অহল ওইবা অমস্তুং খঙইহনবা লান্মী ওইরমই। পাউনা ব্রজবাসীনা মহাক্কা তান্নবগা মফমচাবদা লায়ন শাবা পান্নমই। অত্নুবু কনা অমতগী রা তাদনা চোংথামিযানা খোংজোম তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লায়ন শাবমই। পাউনানা হাযবা মমিং অসিমক "জোম (যম)" তাই, মত্নুগী মথক্তা মকম অসি গবান নৈরাজ মহারাজনা শাপ তৌখিবা মফম্ম হাযবমই*। পাউনানা য়ানীংদ-যানীংদ চোংথামমিযানা

---

* মৈদিঙু নাউথিংখোং স্বর্গীয় মধারুংগী উক্তোং চেক্কদ (শ্রাদ্ধ শোনগে) হাযনা চীঙদগী উ বাল্লগা চিংত্নুনা পুরকপদা উশিং লাঙবগী মখোঙদা শোকখি। মত্নুগী মফম অত্নুবু খোঙশোক কৌখি। মমৈথংদা খোংজোম হাযনা খঙনখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজনা অরু লান্দাক্লবদগী হল্লকপদা রাবত্নুনা মফম অত্নুদা মাগী লান্মীশিংগা ঈশিং থবক পিখি। রানা থিরকপদা খোংজোম তুরেলনা নারক্কা লোত্নুনা লৈরম্না পেংনখি। লাইজা ঈমা নঙদি নারকসিদা লোত্নুনা লৈরম্বসিদি হযেং তুংদা কমদম অসিদা থবক তৌবা কান্দা নীংবা থুবা ওইরম, অরাবা ওইসনু হাযনা মহারাজনা শাপ তৌরমই।

মহাকী কমগী ইজ্জৎ ঙাক্লবা লেপ্পূনা লৈরবদা পাউনা ব্রজবাসীনা তঙাইফদনা লান্নম অসিদা লান থেংনবা তারমই * ।

ব্রজবাসীনা মফম অদু য়োৌবা কান্দদি বৃটিশ লান্মী মখৈনা মু চীংদগী হেন্দোক্কনা লৌশি পাং, তেকচমগী চরোই চীঙ, লাঙথেল অমসুং থৈজিং ফাওবদা পাকশন্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈবা উরমই। ঈশিং ঈচাওগুম হেল্লকপা বৃটিশকী লান্মী মশীঙ অমসুং মখোয়গী থোইদোক হেন্দোকপা খুৎলাইশিং অদু উবদা মৈতৈগী খুৎলাইশিং নোপা থোক্লমই। অদুনা তোপ খরা পিবক্লবা লান্মদগী শগোল তোংবা তোপ পোযলা কৈশাম তোম্বু থাদুনা হন্না হন্না অনীরক হাজববা ফাওবদা হোয়নি-মায়নি মরোল পিয়ক্নবদা জয়গী আশা উত্রদুনা মৈতৈ লান্মীশিংদা পাউমেল্লকখি— "শিবা কিরমখৈ নথরায হিংননবা চেলহৌরো।" লোম্বননা অঙাংমচা অমসুং থাবল অনীমকপুম্ব যুম হল্লো হায়রমই। অদুবু মনাও অনীদুনা ময়াম্বুংবু থাদোক্কনা চৎপা ঙম্মোই হায়দুনা যাখিদে। হৈরাংখোংজাম্ব হল য়াখিদে। মখোয অদুম্মক লানফম অসিদা মথরায কৎখি। মখোযগী মমাঙদা হান্না চিংলেনসনা তুথ্রবনি।

মশাগী যেংদবা মজাতি অমসুং মরৈবাক্কীদমক ফনবা খনবা ব্রজবাসীনি। থাঙ-তা হৈবতা নত্তনা শক্তি সাধনা অমসুং মন্ত্রশক্তি লৈবা নিপানি। মরীংজেল লৈ, থেংনথ্রবদা হুন্দবা মীশক্তি। মঙোন্দা বোম, তোপ, নোংমৈ চঙখিদে। বৃটিশনা মঙোন্দা তোপশিং অদু পোকথাইবা লোইদ্রি ফাওবা আকাশাতা থাঙগী জগোয শাদুনা লৈবা ঙমই। উপায লৈক্ক্রবা কান্দা ওই-যেৎ, তুং-মাঙ লৈদুনা থাঙলোনগী জগোয়দা ব্রজবাসীবু থাঙ ঙাক্তা ওইনা বৃটিশশিংনা উখি। বোম, তোপ, নোংমৈনা কান্নদ্রবদা বৃটিশ শগোল লান্মীগী-লুচিংবা নেপালি লক্ষ্মনশিংবু থাজিল্লকপদা ব্রজবাসীনা মঙক কম্ভ্রনা হাৎখি। মথংদা ব্রজবাসীগী মথোনা উবদা বৃটিশকী মীচঙদা লান্মী ওইবা কাজ্বাড়ুদী মৈতৈমচা খুমম্বেম

* **Revenue Jurisdiction** মেপকী মতুংইন্নবদি মফম অসি থুল নং ১৩৩ রাংজিংগী সিট নং ৪ গী মফুঙচন্নি।

সুবেদার * (খাইনা খুমন সুবেদার হায়না খঙনবা) না পাউনাগী মনাক্ত। চঙশিল্লরগা "শিগদবা পাম্মুই, সরেন্দর তৌ" হাযখি। পাউনানা খুমখি—"নঙগুম্বা মৈতৈমচানা হান্না নরৈবাক নজাতিগীদমক সরেন্দর তৌফম খোক্লে।" অমুক্তস্ন মহাক্কী মতুংইল্লকপা বৃটিশ লাম্মীশিংনা হংলমই—"নঙগুম্বা অথৌবা কয়াম লৈহৌরিবগে।" পাউনানা খুমখি—"ঐনা খাইদগী অশোনবনি, অকনবা অথৌবা যাম্না লৈহৌরি।"

মায়পাকপগী আশা উত্রবদা মীথা পোন্দনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা ফৈ খল্লহনা খুমন সুবেদাবদা মহাকপু হাৎপিনবা হাযজখি। শ্রীগোবিন্দরোমদা ওনশিল্লহনা "ইবুংঙো, নঙগী সেবা মতোম লোম্বা ঙমদ্রে, ননাইদি চৎলগে, ইবুংঙো, নহাক্কী মণিপুর অসি ঙসিদগী মীথা পোল্ল ঙমগ্রবোই" হায়রম্লগা খুমন সুবেদাররোমদা ওনশিল্লমই।

খুমন সুবেদারগী অহানবা থাঙ-থা অহু শউন্দা ফুবগুম থোকখি। মতুদা পাউনানা মখ্বাংদগী কোরিগী যন্ত্র লৌথোকখি। অনীবক শুবা থাঙ-থা অহুস্ন মশাদা থাঙ চঙলমদে। পাউনানা হাযরমই—"ঐগী ঙকশমগী শরুক অসি শরুক ৭ থোক্লগা তম্মযাই হায়বদি ৩½ গী মপাদা থাউ, মাহু নত্তনা হকচাংগী করিগুম্বা শরুক্তা থাঙ চঙলোই।" ব্রজবাসীনা তাকপা মফম অহুমত্তদা খুমন সুবেদারনা থাঙ থাহনা মশানা যানা খৃঃ ১৮৯১ এপ্রিল ২৩ (শকাব্দ ১৮১৩ গী শজিবুগী ১৪ নি পানবা) শগোলশেন মুমিত্তা মশাগী চহী ৫৮ শুবদা পাউনা ব্রজবাসী পুন্সি লোইশিনহনখি। বৃটিশ আর্ম্মী ওফিসারশিং অমদি লাম্মীশিংনা আকাশতা

---

* খুমন সুবেদার কাছাড়গী আর্জুন সিংহগী মচানিপানি। মতম অমদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী মখাদা ডিল ইনষ্টক্টর ওইরম্মী। পাকাসনাগী মখাদস্ন থবক তৌরমই। মমৈথংদা বৃটিশ সার্ভিস চঙহনা কবো ভেলি মিলিটরী পুলিশ ব্যাটালিয়ানগী রিটায়ার্ড (পেন্সন ফংলবা) সুবেদারনি। পেন্সন ফংলবা কান্দা বৃটিশকী মীচঙদা খোংজোম লান য়াওখি। টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগী মতমদা মহাক্না ট্রান্সলেটর (Translator) ওই। মহাক্কী অশেংবা মিংদি পার্থসিং কৌই।

নোংমৈ কাপখত্না অমদি তোপ থাগত্না অথৌবা অসিগী স্বর্গীয় আত্মাদা সলামী ওকখি।

বর্মাদা লৈরম্বা মৈতৈ শমজেৎশাবম লৈনৌ সিংহ বৃটিশগী মীচঙদা লাম্মী ওইনা হকথেংননা মমিৎমক্না উহৌবা খোংজোম লানগী পরিং অমু ধুলোক পায়রুনা ইহান হান্না মৈত্রবাক অসিদা শৈশকপা হৌখি। মহুদগী "খোংজোম পর্ব্ব" হায়বা বীর বসনা মপুং ওইবা শৈশক চৎনবকখি। মমৈথংদা দেশভক্ত অসিগীসু স্মৃতিগীদমক খ্বাইরম্বন বাজারাদা খৃ: ১৯৫৭ কী আগষ্ট ১২ দগী Sadar Bazar Road and Gimson Road হায়না খঙনরম্বা লম্বীবু পাউনা বাজাব রোর্ড হায়না খঙনখ্রে। পাউনা ব্রজবাসীনা সনাতন ধর্ম্ম ফংগ্রবা মতুংদা মৈতৈগী অহল-লম্মনশিংনা রাবীনবকখি, মহুদি—

(ক) খোংজোমগী লাম্বন অমু খুৎশা শোয়, থোঙসু মথা ওল্লি, অশিথোঙগী পাংখল্লি। "লৈচিল্লোন" পুয়াগী মতুংইন্না মায়ওন লাল্লি পাউনানা কমান্দব চোংথাম্নিযাদা হাযজরবা ফাওবদা চোংথামিয়ানা শিথাং-খাঙখি। লান চঙলমদাইদা যাম্না যেৎন-নৈনবা থোকখি।

(খ) ব্রজবাসীনা যাত্রাগী ক্ষণ যেংবদা মৈরম পাংবদা মৃত্যু লৈবা মশানা উখি। খোঙশাল্লকপা মুমিৎ থাবান ফত্রে।

(গ) ব্রজবাসীনা খোঙশানখিবা মুমিৎ অমুগী অহিংদা রামজী প্রভুগী লাইশঙদা ঈ যাম্না তারমই অমসুং ঈশ্বরগী বর্ণসু হোংলমই।

(ঘ) ব্রজবাসী তুগদবা নোংমা রাংলিঙৈদা শক্তিবুগী ১৩ নি পানবা যুমশকৈশা মুমিত্তা কংলাদা লাইনিংথৌ পাখংবগী লাইশঙদা দোলাই, চোং, ফীরাল তাবকখি। দোলাই অমুদি ভাইহাক লৈরগা মাঙখি।

(ঙ) রাংথৈ পণ্ডিত অমসুং তাওবিযা পণ্ডিত অনীমক্না লৈবাক্কী অমঙ্গল লৈ হায়না মাংজোননা হাযগ্রবনি।

(চ) এপ্রিল ২৩ অমু মণিপুবগী আকাশতা থাবৰা লৈচিল অমুল্লক থাখি। মুমিৎসিদা মুমিৎ মশক শুকউ উখিদে। শক্তিবুদা লৈচিল থাবসি মীপুম খুদিংমক্না ওক্লখি।

(ছ) লানফমদগী লুরবা তাঙ্গাদা তোপ পীরক্লবা অনীরক হন্না হন্না কৈশাম তোম্বরু শগোল তোংদুনা থারবা কাওবদা থৌবাল হেড কাটরদা কম্মান্দর-ইন-চার্জ পুরম্বা য়েংখোইবনা হোয-মায় মরোল-মরি অমত্তা হনবিরক্কবদা মহাকপু থাজবিদবা মাল্লে হায়না ব্রজবাসীদা মপুক্লিং য়াম্না মুংশিহনখি।

(জ) মহাকমক্কী মমাঙমক্তদা মনাওনিপা অনী ( অঙাংমচা অমসুং থাবল ) অমদি মহাক্কী সেবক অচানবা চিংসেনসনাবু হাৎখিবদা কনাগী থম্মোযনা থাওবা ওমগনি ?

(ঝ) তুমদ চাদনা লেপ্পনা য়েক্লবা মায়োক্লরকপদগী অরোইবা পুংজাদদি শাথীনা চোকথখি হায়না উহৌবা কাওবুনা য়ারীনরকখি।

অমবু ওইরো, অমবু ওইরো, পাউনা ব্রজবাসী তুখিবগা য়েক্লবা মায়োক্লনবা কনা লৈখিদে। খোংজোম লান লোইখিবগা মণিপুরগী নীংতম্বা মাংখ্রে। বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনখ্রে। য়েলহৌঙেদগী মীথা পোনবা মশক থঙলক্লবা মণিপুর মীথা পোনখ্রে। মণিপুরগী ইতিহাসকী অনৌবা পন্দুপ অমা হোংখ্রে।

---

## তরামরিশুবা তাঙ্কক
# বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবা

খোংজোম লান লোইবা মুমিৎ অহুগী অহিং অহু বৃটিশ লান্মীশিংনা অনকপদা লৈরম্বা যুম মচা থরদা চঙহনা লেলখি। নোংঙাল্লগা ইম্ফাল পাংলকখি। লম্বীদা অথিংবা মকম থরদা থেংনরকপনা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২৬ কী মুমিৎযুংবা মতমদা থৌবাল অথোক্লপম্ব য়ৌখি। মকম অহুদা অরোং তুরেল মথক্তা লৈরম্বা থোং অহু শগোল অমসুং

সিপাইশিং লানবা যাদবদগী পুং অমরোম চঙনা শেমজিল্লগা লান্দুনা থৌবাল য়ৌই। নোং যান্না চুবদগী মুমিং অতুদা ইম্ফাল য়ৌবা ঙম্মদে। মথং এপ্রিলগী তাং ২৭ (শজিবুগী ১৮ নি পানবা) নিংথৌকাবা মুমিন্দা ইম্ফাল য়ৌরমই।

বৃটিশকী কলম অহুমগী মমুঙদা ইম্ফাল যৌবা অমসুং কংলা চঙবা হানখিবা শিলচররোমদগী লাকপা লেফটেনেন্ট রেনিক্কী নোংচুপ কলমনি। এপ্রিলগী তাং ২৭ কী অয়ুক ঙস্তা পুং ৭ তাবদা মখোয় ইম্ফালদা থুংখি অমসুং কলম অসিগী সিপাই নোলস (knowels) না ইহান হান্না কংলা চঙখি। কলম অসিগী মথংদা খোংজোমদগী লাকপা তুমু কলম অমসুং কোহিমা কলম মুমিং অসিমক্তদা থুংলদুনা তেঙ্গোল অহুমগী লাম্মী পুল্লে। মৈতৈগী পাখংবা যেকপা অঙোবা ফীরান চিংথবগা বৃটিশকী জেক ফীবান পাইহনখি। মুমিং অহু মণিপুরগী আকাশতা লৈচিন মরোল অহুমক থাখি, মুমিং মশক উখিদে হায়না চৈথাবোল কুম্বাবদা ইরি (লা: ৪৮৮)। শজিবুদা লৈচিল থাবা অদুদা মৈতৈ প্রজা পুম্নমক্না ঙক্লখি। পনবা য়াই মদুদি কাছারগী ডিপুটি কমিশ্নার মেজর ম্যাক্সওয়েলসু শিলচর কলম (Column) গী মতুংইন্দুনা কংলা মমুঙদা চঙলকপা অদুদা য়াওরমই। "Field operations-Manipur" গী রিপোর্ট নং ৩৭৫ দা পল্লি মদুদি শিলচর অমসুং কোহিমাগী কলম অনীমক্কী মণিপুব খোঙজংদা পোৎ পুশিনবদা মেজর ম্যাক্সওয়েলনা অচৌবা তেংবাং পীখি *।

বৃটিশ লাম্মীশিংনা কংলা পাংলকপদা মৈতৈনা অথিংবা পিখিদবা অমসুং মায়োক্লখিদবগী মতাংদা রাক্ষম অমা পনবা য়াই মদুদি পোলিটিকেল ওফিসারগী হেড ক্লার্ক ওইরম্বা রসিকলাল কুন্দুনা বৃটিসকা মায়োক্নবা তাববদি মুপী অঙাং যণ ব্রাহ্মণ য়াম্না শোকপা তারে হায়দুনা সেনাম তোম্বা, ময়াংলম্বম মুক্লী অমসুং পুপ্রম্বম পঙ্গ অহুম্মকপু অঙোবা ফীরান অমমম পাইহন্দুনা মায়কৈ তাহুমক্তা পাউ চেনখি। অদুনা ইম্ফালদা মৈতৈনা বৃটিশকা মায়োক্লখিদবা ওইঁবা তাই।

* The Gazette of India Part I June 20, 1891 PP 357-358

বৃটিশনা কংলা মচুও চঙবগা মখোযগী সিপাইশিংনা কোম্নুং মমুঙগী পোৎচৈ পুম্নমক চায়খাইরম্মী অমস্নুং মৈ থাদোক্লম্মী। মিঃ কুইন্টন অমস্নুং গ্রিমউড অমদি অতৈ ইংরেজমচাশিং ফুমজিনখিবা মশাশিং অদু কৈলেুঙদগী কোৎথোক্লুনা আর্ম্মী সম্মানগা লোযননা অমুক ফুমজিল্লম্মী।

সনা কোম্নুংগী শরুক খরা মাংতাকহনখি। মাংহনখিবশিং অদুগী মনুঙদা স্নথোঙ, চিরাইথোঙ, হোগায়বী থোঙ, শ্রীগোবিন্দগী মান্দব, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরগী মথক্কী সনা মপাক, শ্রীগোবিন্দগী দলালগীদমক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জযপুর (রাজস্থান) দগী পুরকপা মার্ব্বল মপাক অসিনচিংবা য়াওরি। কংলা শা অনী * অদুবুনা এপ্রিলগী তাং ৩০গী নুমিদাংৱাইদা কেপ্তেন এলেন অমস্নুং লেফটেনেন্ট কাসগ্রেন (Lt. Casgrain) রোয়ল ইঞ্জিনিযার (Royal Engineer) অনীনা কংলা শা অনীগী মচিন্দা ডিনামাইট চন্দুনা কাপথাযখি। হাৎখিবা সাহেবশিংগী ঈ তৈশিনখিবগী মালোমনি। কোম্নুং মাংতাবহনখিবা অসি গোভর্ণর জেনেরেল লর্ড ল্যান্সডাউন্না বৃটিশ ইউনাইটেড কলমগী মকোক থোংবা ব্রিগেডিযার-জেনরেল কোলেটতা মখোযনা মণিপুরদা লান্দানবা চৎলমদাইদা এপ্রিলগী তাং ১৩ দা পিখিবা পাউতাক্কী মতুংইনবনি।

মণিপুরদগী অরৈবা খুৎলাই পুম্নমক :খামগৎনবা প্রান তৌরদুনা অথন্নবা চেরোল অমা থোক্লনা প্রজাশিংদা খঙহনখি, মদুদি—

"মণিপুর ফিল্ড ফোর্সগী লুচিংবা ওফিসার জেনেরেল কোলেটনা মণিপুরগী প্রজাশিংদা খঙহল্লি—অতৈ ওর্ডর অমা থোক্তিবা ফাওবা মণিপুরদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা নোংমৈ অমস্নুং খুৎতু—খুৎলাই-থাঙশাংনচিংবা থম্বা যারোই, পুম্নমক অদু নোটিশ অসি তৌবগী নুমিৎ ৭ নিগী মনুঙদা মণিপুরগী লাম্বন্দা চিফ পোলিটিকেল ওফিসারদা পিখৎকদবনি।

---

* কংলা উঙ্গ্রা মমাঙদা লৈবম্বা শা অনী অসি নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তত্তা শাৱম্বা লাংথবান্দা কোম্ ওইরিঙৈদা লাংথবান কোম্নুংদা লৈরম্বনি। কংলাদা কোম্ হোংলকপা কান্দা লাংথবান্দগী পুরকপনি।

ওর্ডর অসি থোকপ্রবা মতুংদা কনাগুম্বনা থম্লম্বা থোক্লবদি মহাক অতুবু হাংপা নত্রগা মপান্দা থাদোকপগী দন্দি অতু পিগনি।”

বৃটিশ সরকারগী ওর্ডর কিবদগী মণিপুরগী প্রজাশিংনা মানা মানা পায়রম্বা খুৎলাই সরেন্দর তৌখি। মতুগী মমাঙদা খুৎলাই কযামুক অমসু বৃটিশ লাম্মীশিংনা কোন্থুং চঙলকপদা ফংগ্রবনি। অতুগা থোংজোম লানফমদগী মৈতৈ লাম্মীশিংনা পায়নবম্বা খুৎলাইশিং অতুসু বৃটিশনা ফংগ্রবনি।

## বৃটিশকী মথাদা মণিপুরগী ফিবম

বৃটিশনা মতম কুইনা মণিপুরগী অচেংবা তাঞ্জা ঙাইতুনা লৈবকপা ফংফাগনখবে। মণিপুরগী শাসন বৃটিশকী খাযাত্তা তাখবে। বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনখবে। ঐথোযগী পাখংবা যেকপা অঙোবা ফীবান চিংথতুনা বৃটিশকী অঙাংবা জেক ফীরান পাইহনখরে। অথুবা মতমদা হান্না কাছারগী ডিপুটি কমিশ্নার ওইবম্বা মেজর এইচ, সেন্ট, পি, ম্যাক্সওয়েল (Major H St. P. Maxwell) সাহেবপু মণিপুরগী এডমিনিষ্ট্রেটিভ চিফ পোলিটিকেল ওফিসার হাপলে। অতুগা ব্রিগেডিযার জেনেরেল এইচ, কোলেটপুনা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী কমান্দর হাপলে।

বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা তুংদা লৈবাক অসি বৃটিশ ইন্দিয়াগী শরুক অমা ওইগদরা নত্রগা দেশীয় রাজ্য অমা ওইগদরা হায়বা ৱাকম অসি বৃটিশ সরকারগী মাঙদা তাখি। য়াম্না কুইনা খন্নরবা তুংদা দেশীয় রাজ্য অমা ওইনা বৃটিশ সরকারগী মথাদা থম্বা হায়না ৱারেপ্লখি। ৱারেপ অসি খৃঃ ১৮৯১গী আগষ্টকী তাং ২১ দা ‘সনদ’ অমা ওইনা গেজেট ওফ ইন্দিযাদা নং ১৭০০-E দা ফোঙখি। মতুগী মতুংইন্না মণিপুর বৃটিশ ইন্দিয়াদা তিলহনখিদ্রে। রাজ্য অসি ঙাকপগী ভার গোভর্ণর জেনেরেল-ইন-কাউন্সিলনা খনবা নিংথৌঅমদা শীন্নগনি হায়বা ৱাকমসু ‘সনদ’ অতুদা পল্লি। মতুগী মতুংইন্না চুড়াচান্দ সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লে হায়না

গেজেট অছুদা পল্লি। পনবা য়াই মতুদি কনাবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনগদগে হায়বা খন্নবা মতাংদা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী থার। মথৈদি বৃটিশ সরকারগী মফমদা য়াম্না লাল্লে হায়না লৌখি, অদুনা নরসিংহগী থারাদগী নিংথৌ খনবা তাই হায়দুনা মোইরাংথেম চন্দুনা পোকপা মশাগী চহী ৮ খক্তা ভাইবিবা চুড়াচান্দ সিংহবু বৃটিশকী তোপ তবামাথোইগী সলামী ওক্তুনা মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি।

নিংথৌগী থৌদাংগী মতাংদা 'সনদ' তা অস্নুম্না পল্লি মতুদি বৃটিশ গোভর্ণমেন্টনা হীরম কযাদা পীরকপা হুকুমশিং অদুদি শাসনগী মরমদা ওইবা য়াই, মণিপুরগী মখা পোনবা চীংগী ত্রাইবশিংগী মতাংদা ওইবা যাই, ষ্টেটকী লাম্নীগী মতাংদা ওইবা যাই নত্রগা বৃটিশ সবকারনা থুং থিংজিনবা পাম্বা হীবম কয়াগী মতাংদা ওইবা যাই। বৃটিশ সরকারদা হায়বা ইনবগী থৌদৌ উৎলিবমথৈ অমদি 'সনদ' তা পীবিবা বারমশিং তেক্ত-কাযদনা ইল্লিবমথৈ বৃটিশ সরকারনা নিংথৌগী ভাকলৌ পীগনি অমসুং সহযোক পীগনি। নিংথৌ খুবম করম্না শিনগদগে হায়বগী মতাংদসু 'সনদ' তা অস্নুম্না পীবি মতুদি নিংথৌগী মচানিপা অহলনা মপাগী স্বত্বাধিকাবী ওইনা নিংথৌ ওইনবা হক লৈ। নিংথৌ কম কাবা খুদিংমক্তা গোভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিযাগী অয়াবা য়াওগদবনি।

---

## তরামণ্ডাশুবা তাঙ্কক
## টেকেন্দ্রজিৎ ফাবা

মেজর ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা মণিপুরগী চিফ পোলিটিকেল ওফিসার ওইবগা মহাক্কী হুকুম মতুংইন্না মহাক্কী চিফ সেক্রেটরী ই, এম, সীমস (E.M. Shymes) না অথন্নবা চেরোল থোক্তুনা মথাগী মীওইশিং অসি ফাবা ভুম্বা মীদা মিং মপাদা পীরিবা শেলগী মনা অসি পীগনি হাযনা লাউথোক্লম্মী :—

১। কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজ——মনা লুপা ৫০০০
২। টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ —— ,, লুপা ৫০০০
৩। অঙৌসনা সেনাপতি—— ,, লুপা ২০০০
৪। জিলাঙম্বা শামু হঞবা—-- ,, লুপা ২০০০
৫। থঙাল জেনেরেল —— ,, লুপা ২০০০
৬। নিরঞ্জন সুবেদার —— ,, লুপা ১০০০

বৃটিশকী অকনবা কোর্স অদু উবদা মণিপুর ঙাকপা ঙমগনি হায়বা আশা উবক্তবদা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ, যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎনচিংবা পোবোমপাৎ ফাওদুনা চশাৎ যৌথরে। পাউ অসি তাবগা মখোযবু তাননবা কিংস্ রোয়ল রাইফলসগী লেফটনেন্ট জোন দেবার (John Dewar) অমসুং ১১ শুবা বর্মা ইনফেন্ট্রিগী লেফটেনেন্ট ইউস্তাসি (Lt Eustace) অনীনা সিপাই ৯০ পুদুনা চশাৎ যৌবা ফাওবা শগোল তোংদুনা তাররুই। ফংদদুনা হল্লকখি। মী থাদুনা কোযথি খিবদগী মেগী তাং ২ দা নিরঞ্জন সুবেদাব, মেগী তাং ৭ তা থঙাল জেনেরেল, মেগী তাং ৮ দা কুলচন্দ্র মহাবাজ, মেগী তাং ১৮ দা অঙৌসনা, মেগী তাং ২১ দা জিলাঙম্বা অমসুং মেগী তাং ২৩ দা বীর টেকেন্দ্রজিৎ অদুম্মা মথং মথং ফাগৎখি। অদুগা মখোযবু ফাবা ঙম্বা মীদা মনা পিগনি হাযনা সরকারনা লাউথোকখিবা মতুংইন্না ফাগৎলবা মীওইশিংদা মনাগী শেনফম অদু ১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২৭ তা চিফ পোলিটিকেল ওফিসাবনা যেঙ্খোকখি। লোযননা টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা অবোনবা পাউ পিখিবা অমসুং অবোনবা মতেং পাংখিবা মীওই অনীদা নথংশিংনা লুপা ৫০০ অমসুং লুপা ৩০০ মনা পিখি। খোরম অদুদা অয়া পুরেল মেজর নিলমনি সিংহবু ফানবা অরোনবা পাউ পিখিবা মীদা লুপা ৫০০ মনা পিখি। লুবাং নিংথৌ কর্নেল শামুবু ফানবা অরোনবা পাউ পিখিবা অমসুং মতেং পাংখিবা মী অনীদা লুপা ১০০/১০০ গী মনা পিখি।

মনা ফংখিবা মীওইশিংগী মনুঙদা খেলেন্দ্র সুবেদার, অমুসিংহ সিপাই, সরকারগী কর্মচারী অমা য়াওরি, অতৈদি মীচম প্রজাশিংনি।

ফাগৎলে হায়রিবা থঙ্গাল জেনেরেল অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ অনীগী মতাংদা পনবা য়াবা ৱাকম থরা লৈরি, মতুদি থঙ্গাল জেনেরেল ফাখিবা মখেং, চঙজবকপানি, ৱাকম অসিমক চিক পোলিটিকেল ওফিসারনা সিমলাদা কোরেন সেক্রেটরীদা মে থাগী তাং ৮ দা থারম্বা টেলিগ্রামনা সাক্ষী ওইবি ৱারোলদি—

"7 th May Tongal General Surrendered himself today and is now in custody"

জেনেরেল অসিবু ফানবা হোৎনবদা তেংবাংখিবা মীওই মরিদা মথংশিংনা লুপা ৭০০, লুপা ৬০০, লুপা ৪০০ অমসুং লুপা ৩০০ গী মনা পীখি।

বীর টেকেন্দ্রজিৎপু ফাখিবনা শিংজমৈ মথক খোকচোম দেরানগী যুমদগী শক্তিবুগী নোংমা পানবা থাংজা মুমিত্তা ফাখিবনি (চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ৪৯২)*। টেকেন্দ্রজিৎকী মীচঙদা মার্শেল কোর্টতা সাক্ষী লেপখিবা বলরাম সিংহনা মাগী জবান্দা খুমখিবনা অসিনি—"যুবরাজ ঐগী যমদা লৈরে হায়বসি তাকলু হায়না যুবরাজনা তাকপিবদগী ঐ ইশ্বচন্দ্রনা মুমিৎযুংবা মতমদা খেলেন্দ্র সুবেদাবদা তাক্রুই।"

খেলেন্দ্রনা হায়খি—"ঐহাক চাক চারগা লাকে।" চাক চাবা লোইবগা ঐহাকা মহাক্কা লাকমিন্নখি। যুবরাজনা ডসিদি ইপোক মুশিং খোকই, হয়েং চৎসি হায়রবদা খেলেন্দ্রনা—মতুদি যাবরোই, ডসিমক চত্তবা যাজবনি হায়রমই। অত্তুদগী খৎনবে, অনী অত্তু নম্নবে। টেকেন্দ্রজিৎনা খেলেন্দ্রবু ডকখি চপতুনা খেলেন্দ্র খুদোং চাত্রবদা গারো হিলসকী পুলিস অমু সিংহনা তেংপাক লৈতুম অমনা থাজিন্নকপদা যুবরাজগী চিনবানদা ডকচানদুনা লৈরিঙৈদা অমু সিংহনা মতেং পাংদুনা খেলেন্দ্র সুবেদারনা টেকেন্দ্রজিৎপু ফাখিবনি।

---

* চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী রাণী খোকচোম চনুগী যুমদগী ফাবনি। খেলেন্দ্র (চহী ৪৮) সুবেদার হায়বসিনা কাছাড়দা লৈবা মৈতৈমচা থাংজম ললিত সিংহগী মচানিপানি।

মী নেক্তনা যুবরাজবু পোবগা পুহনখি। লমশাং অচু লাকপদা মযাম্না যুববাজবু যেংনখি। মমা পোক্লবী থোকচোম নিঙোল অমসুং নহাকপু পোকপা মবুথো অনীনা যুবরাজগী তুংইনখি। মখোয় অনী নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা লাকখিদে। ফাববা মতুংদা টেকেন্দ্রজিৎপু ৪৩শুবা গুর্খা বাইফলসগী ব্রাটর গার্ডতা থোঙ অমতা পানবা কা মচা অমদা খুত্তা য়োঙ্খিলং চন্দুনা শো লোনশিন্দুনা থমই। অহিং মুংখিল যাবেক্তনা শক্তি থমই। মুনিৎ নিনি চনা হেনবদগী যুবরাজগী সনা হকচাং মযেং তারম্মী। এশা মতোমতা শিদোবখিগদরা য়াম্না চিংনরএই। চাক পিজবা কান্দা ফাওবা পুজারীনা হু হাপচিনখিবা যাই হাযবগীদমক পুজাবীদা হান্না তংহল্লগা যুববাজদা পিজৈ।

---

তবাতরুকশুবা তাঙ্কক

# টেকেন্দ্রজিৎকী বিচার

টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগীদমক মী অহুম্না শাবা মার্শেল কোর্ট অমা শেম্নম্মী। জর্জ ওইখিবা মীওইশিংদি লেফটেনেন্ট কর্ণেল সেন্ট যোহন ফেনকোর্ট মাইকল (Lt Colonel St John Fancourt Michel) এসিষ্টেন্ট এডজুটেন্ট জেনেরেলনা প্রেসিডেন্ট ওইবমই, ৪৪শুবা গুর্খা বাইফলসকী কম্যাণ্ডেন্ট মেজর বিচার্ড কর্লি বিজওয়ে ( Major Richard Kerly Ridgeway ) অমসুং নাগা হিলসকী ডিপুটি কমিশ্নার সি, এ, ডবলিউ, ডেভিস ( C. A. W. Devis ) অনী মেম্বর ওইরমই। মিলিটবী ওফিসাব অনী অমসুং পোলিটিকেল ওফিসার অমনি।

খৃঃ ১৮৯১ গী জুনগী তাং ১দগী তাং ৪ ফাওবদা সাক্ষীশিংনা জবান লৌখি। টেকেন্দ্রজিৎকী পক্ষদা মতৈমচা তরুক্তা সাক্ষী লেপ্‌খি। মখোয় অচুদি :—

১। চান সিংহ পিতা দয়ানিধি সিংহ, সাং বাংখৈ লৈকাই, মশাগী চহী ৩০, শিনফম যুবরাজগী লাল্লুপচিংবা।

২। অতোম্বা সিংহ পিতা পুর্ণ সিংহ, সাং কোনোক থিংঙেল, মশাগী চহী ৪০, যুবরাজগী লাল্লপচিংবা।

৩। তোম্বু সিংহ পিতা লাল সিংহ, সাং য়াম্বেম লৈকাই, মশাগী চহী ৫৫, যুবরাজগী ইংখোলদা লৈরম্বা সুবেদার।

৪। মীচাউ সিংহ পিতা রামো, সাং বাংখৈ, চহী ৬০, যুবরাজগী লাল্লুপচিংবা।

৫। অতোম্বা সিংহ পিতা গন্ধরূপ, সাং মীনুখোং, চহী ৬০, যুবরাজগী লালুপচিংবা।

৬। বলরাম সিংহ পিতা অতোম্বাউ, সাং শিংজমৈ, চহী ৪৯, মহারাজগী মখাদা লৈরম্বা ম্যাজিষ্ট্রেট।

বৃটিশ সরকারগী পক্ষদা সাক্ষী ১৫ চোংখোরকখি। মৈতৈ ১০, বঙ্গালী ২, দেশবালী ১, বৃটিশ ২ নি। মখোয় অদুদি :—

১। রসিকলাল কুণ্ডু পিং কেদারনাথ, লৈফম শ্রীরামপুর, জাতি বাঙ্গালী, শিনফম পোলিটিকেল এজেন্টগী হেড ক্লার্ক।

২। বামনচরণ মুখর্জি পিং ঈশ্বরচন্দ্র মুখর্জি, জাতি বাঙ্গালী ব্রাহ্মণ, মশাগী চহী ৩৮, মহারাজগী কেরাণী।

৩। ধুপচাঁদ ঠাকুর পিং জয়নাথচাঁদ ঠাকুর, ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলসকী হাবিলদার।

৪। জে, চ্যাটরটন, ৪২শুবা গুর্খা রাইফলসকী লেফটেনেণ্ট।

৫। হাউবম দেবান পিং লাবা সিংহ, মণিপুরী, লৈফম উরিপোক, শিনফম ম্যাজিষ্ট্রেট।

৬। গীরিধারি পিং মাধব সিংহ, লৈফম অঙোম লৈকাই, মশাগী চহী ৬০, অঙোম নিংথৌ।

৭। যাত্রা সিংহ পিং কাহ্নু সিংহ, লৈফম কৈশামথোং, চহী ৪৯, মণিপুরী, শিনফম মহারাজগী গুদাম পান্নবা।

৮। অরু সিংহ ওফে´ উসবা পিং চূড়ামান সিংহ, কবো লৈকাই, চহী ৩৬, মহারাজগী তোপ গারোংতা লৈরম্বা অমস্তুং নাগা কুলিশিংগী লৈফম শিনবা।

৯। থাংজবা য়াইমা পিং শ্রীদাম, মুতুম ফিবৌ, মণিপুরী, চহী ৪২, মহারাজগী যোংশুবা।

১০। শগোলশেম্বা ধন সিংহ পিং ওনিদ্রা, খোংনাং কৈদেকপী মথক, রাইথোম বাজা লৈকাই, চহী ৪৭, কোম্পুংগী মীহাৎপা (শঙলিংবা)।

১১। হিদা চাউবী মচাহল পিং গঙ্গা সিংহ, চহী ৩১ কোম্পুংগী তোপ গারোংকী কর্ম্মচারী।

১২। ত্রিলোক সিংহ ওফে´ নোংথোনবা সত্তাল পিং কালা সিংহ, কাবা লৈকাই, চহী ৬০ কোম্পুংগী শঙলিংবশিংগী সর্দ্দার।

১৩। খেলেন্দ্র সিংহ পিং ললিত সিংহ, কাছাড়গী মৈতৈ, চহী ৪৮, সুরমা ভেলিগী মিলিটরী সুবেদার।

১৪। অবুংজাউ য়েংখোইবা পিং বীর সিংহ, মণিপুরী, ওইনাম থিংঙেল, মশাগী চহী ৬০, তোপ গারোংকী লাল্পচিংবা।

১৫। কেপ্তেন জি, এইচ, বুটচর ৪২শুবা গুর্খা রাইফল।

কেশ হৌরকপা অত্তরাইদা টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরী ওইরম্বা ব্রজমোহন সিংহনা যুবরাজগীদমক দরখাস্ত অমা ইতুনা মণিপুরদা উকিল লৈতে, কাছাড়দগী নেকলুনবা মতম থরদং কেশ য়েথোক্লবা কোর্টতা চন্দ্রসিংহ কৌবা নিপা অমনা লানথৎলম্মী। তৌইগুম্বস্তুং হায়জবা অদু য়াবিদ্রতুনা দরখাস্ত অদু হুল্লকখি। মণিপুরদা ফংবা কনাগুম্বা নিপা অমা নেকউ হায়রকখি। মতুগী মতুংইন্না জুনগী তাং ৩ দা টেকেন্দ্রজিৎনা দরখাস্ত অমা ইতুনা মোকদ্দমা অসিদা ইংলিস অমস্তুং হিন্দুস্থানী খন্না শঙবা জানকিনাথ বসাক অমস্তুং বামনচরন অনীমকপু লেপহন্নবা হায়জবদা

জানকিনাথ বসাকনা লেপ্পা যারে * । বামনচরণ মুখর্জিদি সাক্ষী ওইবা যাওরিবনিনা কোর্টনা মহাকপু দরকার ওইরক্কনি হায়না য়ারকতরে ।

## বিচারগী রায় অমসুং দণ্ড

সাক্ষীশিংগী জবানদগী কোর্ট অসিনা খঙবা ঙমলে মহাকদি টেকেন্দ্রজিৎনা মার্চ্চ ২২ অমসুং ২৩ গী দরবার য়াওখিদবা তাৎ তৌবনি । মার্চ্চ ২৪ দা কোন্নুংদা থোকখিবা থৌদোক্তুগী অহানবা নোংমৈ কাপ্লকপসি মণিপুরগী ম্যাথৈকেরোমদগী হৌরকপনি হায়বগী প্রমান ফংলে । মরম অদুনা বিবাদিনা ভিক্টোরিয়া মহারাণীগী মথক্তা লান হৌই হায়বগী চার্জ অসি প্রমান চারবনি হায়না কোর্ট অসিনা লৌরে ।

বৃটিশ ওফিসারশিংনা মার্চ্চ ২৪ গী অহিংদা বিবাদিবু দরবারদা উনাখ হায়বা সাক্ষী পুম্নমক্তা যানববা রাক্ষম্মি । মতুদা বিবাদিনা বৃটিশ লান্মীশিংবু মখোয়গী খুৎলাই থাদোকউ হায়খি । রাক্ষম অদু চিফ কমিশ্নারনা যাত্রবদা দরবার লোইশিনখি । বিবাদিনা তোপ গাবোৎতা চৎখ্রে । মীযাম অদু হান্না মযাই কাদুনা লৈববনি । মখোয়না বৃটিশ ওফিসারশিংগী মথক্তা হিংসা তৌরকখি । বিবাদিনা মাগী চানববা মরুপ মিঃ গ্রিমউড সিডি মথাদা শিন্নুনা তাবা অদু উনা উনা অমদি সাহেবশিং অদু খুদোংথিবা থোক্লবা যাই খঙনা খঙনা অদুম চৎখি । বৃটিশ ওফিসারশিং অদু অশোয়-অঙাম থোক্লনবা মখোয়গী কেম্প যৌথিনবা হোৎনখিদে । মরম অদুনা বিবাদিনা বৃটিশ ওফিসারশিং হাৎপদা তেংবাংই হায়বা চার্জ অসি প্রমান চারবনি হায়না কোর্ট অসিনা লৌরে ।

অদুগা মার্চ্চ ২৪ দা চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন, কর্ণেল স্কীন অমসুং চিফ কমিশ্নারগী এসিষ্টেন্ট কমিশ্নার মিঃ কসিন্স হাৎপা

---

* জানকিনাথ বসাক অপোকপা রূপচান্দ বসাক বাঙ্গালী মচানি । নোংচুপ বেঙ্গোলগী মৈমনসিং জিলাগী নলকোল খুলদগীনি । মতম অদুদা মণিপুরদা দুকান ফমদুনা লৈরম্বা লল্লোনবা অমনি ।

যাওই হায়না বিবাদিগী মথক্তা তৌবস্থা হুকুমশুবা অতুদি বিবাদি অসি মী হাংপা মতমদা যাওরম্বগী প্রমান ফংত্রে, কোর্টনা বিবাদিবু চার্জ অসিগী মবাল লৈ হায়না লৌদ্রে।

অতুনা জুনগী তাং ১০ দা টেকেন্দ্রজিৎ মখাগী অহানবা অমসুং অনীশুবা মরাল অসি লৈবে হায়না কোর্টনা বায় হায়দোক্লমই :—

১। টেকেন্দ্রজিৎনা খৃ: ১৮৯১ গী মার্চ্চগী তাং ২৪ নত্রেগা অতুরাইদা মহারাণীগী মায়োক্তা মণিপুরদা লান হৌখি।

২। আসামগী চিফ কমিশ্নার মি: কুইণ্টন, ৪২ শুবা গুর্থা রাই-ফলসকী লেফটেনেণ্ট সিম্পসন, কর্ণেল স্কীন অমসুং আসামগী চিফ কমিশ্নারগী এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরী মি: কসিন্সবু হাৎপদা তেংবাংখি।

মবাল অনী অসিগী দণ্ডি ওইনা কোর্টনা হুকুম তৌরি মাতুদি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওর্ফে মণিপুরগী যুবরাজবু শিন্দ্রি ফাওবা ডকশনদা থোবী থত্না ফাঁসি তৌগনি। মাতুগীদমক ভারতকী গোভর্ণর-জেনেরেল-ইন কাউন্সিলগী অযাবা লৌরগনি। জানকিনাথ বসাক্লা রায় অসি মৈতৈ-লোন্দা হন্দোক্লুনা টেকেন্দ্রজিৎতা তাহল্লম্মী। মতম অতুদা মণিপুরী অমা ফাওবা মশক উবা ফংখিদে হায।

## অপীলশিং

মবালশিং অসিগী মায়োক্তা টেকেন্দ্রজিৎনা জুনগী তাং ২৫ দা ভারতকী ভাইসরোয অমগ গোভর্ণর-জেনেরেলদা মহাকপু হাৎপগী দণ্ডি পীরিবা অসি ককথৎপিনবা অইবা অপীল অমা তৌখি। অতুবু মাতু অরেস্বা তাখি। পনবা য়াই মতুদি কেশ অসিদা ট্রান্সলেটর ওইরিবা পার্থ সিংহ ওর্ফে খুমন সুবেদার অসি যুবরাজগা যাম্না যেংখিনবা মনাওনিপা পাকাসনাগী মথাদা থবক তৌরম্বা মীশক্তি, মহাক্কী থবক-থানা অসি যাম্না চিংনিনিঙাই ওই হায়না যুবরাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরী ব্রজমোহন সিংহনা কোর্টতা খঙহনখি। অতুবু মতুসু অরেস্বদা তাগ্রবনি।

টেকেন্দ্রজিৎতা শীরিবা কাঁসি তৌদুনা হাৎপগী মরাল অসিগী মায়োক্তা, যুবরাজগী পক্কদা কলিকতা হায কোর্টকী মমিং চৎলবা উকিল মনমোহন ঘোষ (ব্যারিষ্টর-এট-লো) না জুলাই তাং ২৭ তা ভাইসরোয় ইন কাউন্সিলদা অইবা অপীল অমা লানখৎখি। মাদুদা পল্লি মাদুদি অহানবা মরালদা টেকেন্দ্রজিৎনা মহারাণীগী মাযোক্তা লানহৌই হায়বা অসিগী মবীদা সাক্ষীশিংগী জবানদগী থগলে—টেকেন্দ্রজিৎতা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা লান হৌগে হায়বগী রাথল শুকলৈ লৈরমদে। রাফম অসি মার্চ্চ ২২ দা টেকেন্দ্রজিৎ মশামক্তা মিং কুইন্টনবু গুকপা চৎলুবা অদুনা প্রমান তৌরবনি। মহারাণীগী লাম্মীশিংবু থিংই হাযবসি পুনগুন ওন্নববনি। মহাকপু মিঃ কুইন্টন্না নমদুনা ফাননবা হোৎনবনম্রবদি থোকপ্রিবা পৌদোক-শিং অসি থোক্লমলোইদবনি। মহাক্কী মযুমদা নগ্রগা যুম মনাক্তা লান্দারক্লবদি মদু থিংবা মশাগী অধিকাবনি।

রাফম অসিমক শোগৎলদুনা কেপ্তেন এ. ডবলিউ হিযারসে (Captain A. W. Hearsay) না মাগী "Manipur" (মুসৌরি ১৮৯১) কৌবা লাইরিক্তা ইবি মনীংতম্বা লৈবাক অমদা অতোপ্পা শক্তি অমনা হান্না লান লাউথোক্তুনা শুৎলাই যাওনা লান্দারক্লবদি মদু থিংবা হাযবসি জাতি অমগী মথৌনি।

টেকেন্দ্রজিৎনা মার্চ্চ ২২ অমসুং ২৩ গী দরবার য়াওখিদবসি তাৎ তৌবান হাযবা চার্জগী মরীদসু এডভোকেট মনমোহন ঘোষনা মিসেস গ্রিমউডতগী ফংবা টেলিগ্রাম অমা পুথোক্লম্মী, মরোলদি—

"Mr. Grimwood found Jubraj ill on evening, twenty third March. Manmohn Ghos: Appeals of the Manipur Princes, Calcutta 1891"

টেকেন্দ্রজিৎ পাঙ্গৈশেংনা নাবা ওইরমলে হায়না মিঃ গ্রিমউডনা মার্চ্চ ২৩ গী নুমিদাংবাইদা যুবরাজগী শঙ্গাইদগী হল্লকপদা মাগী মুপীদা তমখিবা মরোল অদুনি। মসিনা প্রমান তৌরে মদুদি টেকেন্দ্রজিৎ তশেংনা নাদুনা দরবার লাকখিদবনি, তাৎ তৌবা নত্তে।

অনীশুবা মরালদা টেকেন্দ্রজিৎনা মিঃ কুইন্টন, কর্নেল স্কীন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং মিঃ কসিন্স হাৎপদা থৌদাংই হায়বগী মরমদা মনমোহন ঘোসনা হায়খি—মী হাৎপদা তেংবাংই হায়না শীরিবা মরাল অসি কোর্টকী সেক্সন ১০৭ কী মথাদা সাক্ষীশিংগী জবান মতুংইন্না চৎথগদবনি। টেকেন্দ্রজিৎনা থৌশাদবদগী সাহেবশিং হাৎখিবনি হায়না লৌবকাওবদা ইণ্ডিযান পেনাল কোর্টকী ধারা ১০৭ (৩) মতুঙ চন্দে। সাহেবশিং থোবকপদা মীয়াম্না ফুক্তিল্লকপা মতমদা টেকেন্দ্রজিৎনা চৈ অমা পাযত্নুনা মীযামবু তাম্তোকখি। সাহেবশিং অদু শোয়দ-ভামদনবা যেংবিন্নবা অতোম নিংথৌ গীবিধাবীদা শীন্নরমই। মসিনা টেকেন্দ্রজিৎকী পুক্নীংদা সাহেবশিংবু হাৎকে হাযবা রাখল লৈতে হায়বা প্রমান তৌবে। হীবমশিং অসিগী অচুম-অবান মুন্না যেংবিরগা কোর্টনা টেকন্দ্রজিৎতা পীরিবা দণ্ড হাৎপগী হুকুম অসি কবথৎপিযু হাযনা অপীল অতুদা পল্লি।

টেকেন্দ্রজিৎ মী হাৎপগী মরাল লৈতে হাযনা ভিক্টোবিযা মহাবাণীনসু লৌই। অদুনা মহাক্না আগষ্টকী তাং ১ দা ভাইকাউন্ট ক্রোসতা টেলিগ্রাম তৌখি—

"Trust Senapati will not be executed He was not found guilty of murder, and the effect is sure to be bad in India That harsh crushing policy will not do now" সেনাপতি হাৎলোই হাযনা নিংই। মহাক মী-হাৎপগী মরাল লৈতে, ভারতা মসিগী ফল শোযদনা ফৎলোই। হৌজিক নমদুগী পোলিসি চলাইবা যারবোই।

অতুবু মহাবাণীগী মত অসিগী মাযোক্তা ভারতকী গোভর্ণর-জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন-না স্পেসিযেল কোর্টকী হুকুম অদুগী অযাবা পীরবদি মহাক মশামক গোভর্ণর কম থাদোকনি হায়বা বিলাত্তা ষ্টেট সেক্রেটরীদা খঙহনখি। মরম অসিদগী বৃটিশ গোভর্ণমেণ্টসু তভাইকদনা টেকেন্দ্রজিৎপু

ফাঁসি তৌহ্না হাংপা যাবা তারম্নই। ভারত সরকারগী অবোইবা হুকুম অদু সিমলাদা লৈবা ফোরেন সেক্রেটরীনা খৃঃ ১৮৯১ গী আগষ্ট তাং ১১ দা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী কমাণ্ডর জেনেরেল কোলেট-তা টেলিগ্রাম্না খঙহল্লকখি—মহারাণীগী মাযযোক্তা লান হৌবা অমসুং মীহাৎপদা খৌ-দোংবগী দমক টেকেন্দ্রজিৎতা কোর্টনা ফাঁসি তৌহ্না হাংনবা পীখিবা রায় অদু য়ারে, হুকুম অদু থবক ওইনা পাঙথোক্কদবনি।

"Government of India consider that the Senapati Tikendrajit Singh was properly convicted of waging war against the queen and of abetment of murder. Government of India confirm the sentence of the court which should be carried out into execution."

হুকুম অসি থুংলবগা মণিপুরদা লৈরম্বা বৃটিশ অথোরিটিনা থুদক্তা আগষ্টকী তাং ১৩ শগোলশেন নুমিৎকী নুমিদাংবাই পুং ৫ তাবদা টেকেন্দ্রজিৎ ওফে যুবরাজ ওফে সেনাপতিবু ফাঁসি তৌহ্না হাংনবা বারেপ লৌখি অমসুং বাফম অসিগী অথম্নবা চেরোল থোক্কনা আগষ্টকী তাং ১২ দা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী কম্মাণ্ডর জেনেরেল কোলেটনা প্রজা পুম্নমক্তা খঙহল্লম্মী। নুমিৎ অসিগী নুমিদাংবাইদা জেল মনুঙদা টেকেন্দ্রজিৎ মশাদা বাফম অসি খঙহল্লম্মী অমসুং মরী-মতা, মচা-মশুশিংগা উন্নহল্লমই।

---

তরাতরেৎসুবা তাঙ্কক

## থঙ্গাল জেনেরেলগী মতিক-মগুণ অমস্থং মহাক্কী বিচার

মাতৃভূমি মণিপুরবু মীখা পোন্দনবা হোৎনরম্বা মৈতৈমচা মরক্তা থঙ্গাল জেনরেল অথোইবনি। তোমথিন ওইবা অথৌবনি। কর্ণেল মেকুলোক্না ( Colonel Meculloch ) না জেনেরেল অসিগী মতাংদা ইরমই—"He was an exceedıng ableman." জেনেরেল অসি ব্রাংখৈ অঙোম লৈকাইদা লৈরম্বা কাংঙবম ক্ষেত্রি সিংহগী মচানিপানি। থঙ্গাল জেনেবেল মশামক্না মণিপুব ফিল্ড ফোর্স, চিফ পোলিটিকেল ওফিসারগী কোর্টতা ১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২৫ দা অস্তুম্না খুমখি—"ইপাগী মমিং ক্ষেত্রি সিংহ কৌই। অঙোম লৈকাইদা লৈ। অপোকপগী শিনফমদি কাংঙবম শাগৈগী পিবা ওইবমই।"

মপাবুং অসি চৈবাপকী ফম্বৈ ফম্বা অঙম্বা ফম্মাইবা অমসু ওইরমই। মতম অতুদা অঙম্বা হাযবা অসি চৈবাপকী ফম্বৈ ফম্বা মীওইবু কৌগনি হাযনা লৈঙাকলোন্দা ইবি।

"Each Magıstrate of the Cheırap Court wıll, durıng ıncumbency, receıve rent free 50 Parıs of land. He wıll also receıve the honorary tıttle durıng term of office, of Angomba."

কাংঙবম ক্ষেত্রি সিংহবু পোকপা মপাবুং (থঙ্গাল জেনরেলগী মপুবোক) গী মমিং ভৈগ্য সিংহ কৌই। জেনেরেলগী মমা অনী শুই—অঙোম নিঙোল খম্মু দেবীনা মমা অহলনি। মহাক্না হেমো কৌবা মচানিপা অমা পোক্কই। অতুবু হেমো সিংহ মচা-মশু অমত্তা থম্নমদনা মমুঙ-মতম চাদনা নহা ওইনা শিখি। থঙ্গালবু পোকপী শ্রীমতি থোকচোম চনু

পোইশ্বনা ইন্দ্রমনি সিংহগা অনী অসি পোকই। মযাম্বুং ইন্দ্রমনিম্বু মচা অমত্তা থম্নমদনা সংসার থাদোকখি। অতুনা থঙ্গাল জেনেরেলনা তঙাই-ফদনা কাংগুবম শাগৈগী পিবা ওইবা তারমই *।

থঙ্গাল জেনেরেলগী মুশী ৮ ওই— (১) খোকচোম চন্নু কুঞ্জো (২) ভুইবেম চন্নু চাওবী (৩) নাওসেকপম চন্নু জসোমতি (৪) খাংেম্বম চন্নু ধারাকমলিনি (৫) মৈস্নাম চন্নু সশিপ্রিযা (৬) ওইনাম চন্নু তৌবী (৭) লৈশাংথেম চন্নু জুবতি অমস্থং (৮) সোরোকখাইবম চন্নু তোম্নু মখোয় অসিনি। অহুম্না মচা পোক্কে ; মঙানা মচানিপা মাপল পোকই। মচানিপা অহুম্না জমাদার, শেবোক লুপচিংবা অমস্থং ফমযেল শেলুংস হাযবা ফম ওইরমই।

থঙ্গাল জেনেরেলগী পাবী-পুবীগী মতাংদা চযেৎনবা অমা লৈ। পণ্ডিত যাম্নকপগী মতীক মত য়াম্নক্লে। মতুগী মথক্তা তমেংলোং জিলাগী মমুঙদা লৈবা বোংমৈ অমস্থং সেনাপতি জিলাদা লৈবা থঙ্গাল গুরু চীংমী কাঙবু অনীনা জেনেরেল অসিগী মখোয মখোযগী জাৎনি। মখোযগী খুন্দগী হৌখিবনি হাযনা মুন্নরি।

তমেংলোং জিলাদা মৈতৈনা থঙ্গাল খুন হাযনা কৌনবা লম অহুদ লোংজাঙ হাযনা খঙনবা খুল অমা লৈ, বোংমৈ জাৎনি। খুল অসিদা থঙ্গাল "জেনেরেল খৃঃ ১৮১৭ তা পোকপনি হায়না থাজনৈ, মপাগী মমিংনা শীদপথিং কৌই, মমাগী মিংনা শাহেমলু কৌই, মহাক্কী অশাং ওইরিবগী অশেংবা মমিং মাইকাইথন কৌই। ওস্তানা মপা শিখিবদগী

* Thangal General was a piba ( issue of the eldest surviving line of a family ) of Chingamakha taba family of Ningthouja Salai of the Meiteis. He is a descendant of Meidingu Yaraba who ruled in Manipur ( 799-821 ) and 18th in descent from him ( Meidingu Yaraba ).

"Queen Empress versus Thangal Sing alias Thangal General, Manipur."

মমা লুপ্রাবীনা যোকখি। খুন্সিগা যান্নবক্তবা অমদগী তম্পাক্তা চেন-খিবনি। তম্পাক্তা নিংথৌগী ফম্নাইবা অমগী য়ুমদা থবক তৌতুনা লৈরমই। মতুংদা হিন্দু ধর্ম্ম লৌতুনা সমৈতে ওনখি, মহাক্কী যুম্নাক সাংঙবম লৌখিবনি। মহাকপু যোকপিবা ফম্নাইবা অতুনা শিবমদাইদা মহাকপু নিংথৌগী ফম্নাইবা অমা ওইহনশিখি হায়না দাবী তৌরি। নবম অসিদগী থঙ্গালনা ফম চাওববা কান্দা খুল অতুবু অৱাবা পিতুনা ওৎনৈখি।

হৌজিক্কী সেনাপতি জিলাগী মন্নুঙদা লৈবা থঙ্গাল শুকংগী চাংগী কাঙবুনম্ন থঙ্গাল জেনেরেলবু মখোয়গী খুলদা পোকপনি, মখোয়গী কাঙবুনি হায়না দাবী তৌবি। মশাগী মমিং লুংথৌবু কৌই। মপাগী মমিংনা সবাইঙম কৌই, মমাগী মিংনা অংখালা কৌই। মণিপুরগী মহাবাক্তনা থঙ্গাল খুলদা লেঙঙকপদা মহাক্কী শকওং-শাদা, মীওই মীতৌ ফজবা অদু উবদা পুখিবনি হায়। মমা-মচা কাযনবগী মতাং অদু লৌতুনা হৌজিক ফাওবদা থঙ্গাল শুকংদা ঈশৈ ওইনা শক্লবি হায়নবি।

আসামদা রোংমৈ অমসুং থঙ্গাল শুকংগী চাংমী কাংবু অনীনা থঙ্গাল জেনেরেলবু মুন্নবিগুঁ মন্নুঙ মতমসিদা মণিপুরগী মন্নুঙ অমসুং মপানগী পণ্ডিত অমসুং অখঙ-অাহ কথামৃক্তা থঙ্গালগী হৌরকফমগী মতাংদা নানা মত পীনরি, মতুদি—

Captain Dun সাহেবনা ইরম্না "Abridged Gazetteer of Manipur" কৌবা লাইরিক্তা থঙ্গাল জেনেরেলবু বঙ্গালী সনা শাবা অমগী মচানিপানি হায়না ইবি। মসিগী হাইফেৎ মান্নরপ তৌবা রাক্ষম অমনা—মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মমা ইবেম্মশিং, মচন-মচেমসিজশিং, মচা ইবুংঙোশিং, মচা ইবেম্মশিং, বাণীশিং, মরী-মতা, মচা-মনাইশিং অমসুং প্রজাশিংনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২৬ তা ভারতকী ভাইসরোয় অমসুং গোভর্ণবদা থাখিবা

দরখাস্তুতা থঙ্গাল জেনেরেলবু আসামী সোনারী অমগী মচানি হায়রি। অসমীয়া লোন্দা ইবা "মণিপুর যুদ্ধ" কৌবা লাইরিক্তা ইরি—জয়সিংহ মহারাজগী মতমদা আসামী মোয়ামরীযা কৌবা লালহৌবা খরা মণিপুরদা চঙজফম থিরকই অমসুং মৈতৈ ওন্দুনা নুপী লৌতুনা লৈখি। থঙ্গালসু অদুগুম্বা মোয়ামরীযা লালহৌবা অমগী মচানিপানি। প্রোফেসার গাংমুমৈনা থঙ্গাল জেনেবেলবু চীংমী মকোক্নি হায়না "চাঙথন" কৌবা কবুইগী থাগী চেফোংদা ( ১৯৬১ Vol 2 No. 2 ) ইরি। প্রেফেসার জে, রোযনস্থ মাগী "History of Manipur" কৌবা লাইরিক্তা থঙ্গালবু নাগা ওইবমগনি হাযনা ইবি। আসামগী মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক শ্রীবেনুধব শর্ম্মানা মাগী "দূরবীণ" কৌবা লাইবিক্তা থঙ্গাল জেনেরেলবু ব্রাহ্মণমচানি হাযনা ইরি।

মসি পুম্নমক্কী ওন্নতৈনবদা মণিপুবগী শক্লাইরবা পণ্ডিত সনখ্যা সনাহল সিংহ বি, কম-না মাগী "থঙ্গাল জেনেরেল" কৌবা লাইবিক্তা পীবি, মতুদি— জেনরেল তাসি নিংথৌজা শলাইদা পোকপনি, শাগেন কাংডবমনি। মশামক কাংডবম শাগেগী পিবানি। "শক্লাই ফম্নাং" কৌবা লাইরিক্তা ইবি—"কাংডবম তোনসেনগী ঈদি থঙ্গাল মেঙ্গোব লাইফম লাকপা মযুমনে।" জেনেবেলগী মচানিপা অমসু চৈরাপ পঞ্চাযগী মেম্বব ওইরম্মী। অদুটেঙ মযাম্মুং মাবজিৎনা মাগী মবী-মতা পুম্নমকপু হাৎনবা তৌবকপদা অঙাং ওইবিবা গম্ভীরসিংহবু কনবিখিবা নিপা অদু থঙ্গাল জেনেরেলগী মখুবানি।

"Thangal General was a remarkable Character and had a Chaquered history. His uncle had saved the life of Rajah Ghumbeer Singh ( Chandra Kirti Singh's father ) then a child, when his old brother Marjeet attempted the murder of all his relations Thangal Major was one of the props of the throne when Ghumbeer Singh ascended it."

( James Johnstone )

পণ্ডিতশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনসু মত অসি সমর্থন তৌই। পণ্ডিত অসিনা মখা তানা ইবিবমই— জোনষ্টোন সাহেবকা থঙ্গাল জেনেরেলগা যাম্না শাংনা লুনা-চান্না তোংন-তিন্নবমই। অদুনা জোনষ্টোন সাহেবনা জেনেরেল অসিগী মতাংদা ইরম্বা পুম্নমক অচুম্বা ওইগনি হায়বসিনি। অতৈ পুম্নমক নানা মুনি নানা প্রচাব হায়বতুনি। মৈতৈগী অসুক চাওবা অথৌবা জেনেবেল অমগী বংশাবলীদা অমুবা কালি স্তহনবসি অৱাবনি।

জেনেবেল অসিগী অঙাং ওইরিঙৈগী অশেংবা মিং চিত্তানন্দ কৌই। থঙ্গাল হায়বা মিং অসিদি গম্ভীবসিংহ মহাবাজনা থোনখিবনি। মতুগী বাবী-ৱাখোঙদি—জেনেবেল অসি যাম্না নহা ওইরিঙৈদগী গম্ভীরসিংহ মহাবাজগী সনা নাক্তা লৈবম্মী। মহাবাজ অসিনা চীংদা থঙ্গাল খুন্দা লান চংপদা জেনেরেল অসিসু যাম্না অঙাং ওইনা সনা থৌগল ইল্লম্মী। থৌদোক অদু কাউদনবা হাযতুনা মহারাজনা মহাকপু থঙ্গাল হায়বা মিং অসি থোনবিখি। মুমিৎ অসিদগী হৌনা লৈবাক পুম্নমক্না মহাকপু থঙ্গাল হাযনা কৌনখি।

"He had been introduced at court at an early age and accompanied the Raja in an expedition against the village of Thangal inhabited by a Tribe of Nagas. He was given the name Thangal in memory of the event."

(My experience in Manipur and Naga Hills—1896—Page 74-76—Johnstone)

জেনেরেলনা পোকপা মতম অমদি মশাগী চহীগী মতাংদা চয়েৎনবা লৈ—মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সাব জেমস জোনষ্টোন্না থঙ্গাল জেনেরেল খৃঃ ১৮১৭ তা পোকই হায়না ইরমই। অদু ওইরবদি ১৮৯১ ইংগী লান্দা মশাগী চহী ৭৪ দমক ওবা তাই। পি, আর গোর্ডন্না

আসামগী চিফ কমিশনারগী সেক্রেটরীদা ১৮৯১ গী মে থাদা ইবা চিঠিদা থঙ্গাল মেজোর অসি চহী ৮০ শুরে হায়না ই। কুচুদি য়াম্না মজরি, মকোক পুমঙৌ ঙৌবে, অহল ওইমন্দুনা কোম্বরে (fair complexation, short and stoutish, quite white, very much bent)। ১৮৯১ ইংগী জুন থাদা বিচারগী মতমদা কোর্ট মমাঙদা মশামক্না চহী ৮৫ শুরে হায়খি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা থঙ্গাল জেনেরেলনা খ্বাইদগী মচিন চৎপা মাংজিন থাবা মন্ত্রী ফম্নাইবা অথোৎবা অঙম্বা ওইরমই। গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ, চন্দ্রকীর্ত্তি, সুরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র সনা হাক্তক মঙামক্না জেনেরেল অসিগী মকম চাউনা লৈরম্মী। পোলিটিকেল এজেন্ট তরা-নিথোই লোয়নরক্লবা অথোৎবনি। মৈতৈমচা অমনা ওইবা য়াবা ফম পুম্নমক মথং মথং ওইখিবা লমযানবনি, মখুদি—হাজারী, অপানবা, শঙলাকপা, মেজোর (১৮৬৯), লাইফম লাকপা (১৮৭০), জেনেরেল (১৮৭৯) অমসুং পুথ্রম্বা (১৮৮১)। খৃঃ ১৮৫০ দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অমুক হন্না নিংথৌ খুবমদা হল্লিল্লক্লবদা মহাকপু হাজারী ওইহনখি মতম অদুদা ফন্তাক্লুনা কাছাড়দা দেবেন্দ্রনা মণিপুরগী গাদ্দি ফংনবা লান্দাবুকপদা থঙ্গালনা কাছাড় লঙ্গীদা দেবেন্দ্র সিংহগী লাম্মী পুম্নমক থিংখি। খৃঃ ১৮৬২ দা গরীবনিবাজ মহারাজগী মচুইবুংঙো মৈপাক্না অহিংদা লান হৌরকই। নোংঙাল্লগা চকপা ফয়েংগী লান্দা থঙ্গালনা মৈপাকপু ফারমই অমসুং লাম্মী পুম্নমক মাযথিবা পীরমই।

থঙ্গালনা মেজোর (মেজর) ওইবিৌদা খৃঃ ১৮৭১ দা মহাক্না সৌরাইজম বলরাম মেজরগা লোয়ননা লুশৈ (হৌজিক্কী মিজোরাম) দা লান্দাখি। লুশৈ খুঙ্গং ১১২ লৈবা লমদম তাকুগী চাওরবা জিলা অহুম—পো-ইন-সুর, লিনখাম অমসুং থানজান-খুম্মালিয়া লোইচন্দুনা জৌশিলখি। মখু নীংশিংনবা মতম অদুদা মুদা হক্কুনা ইরম্বা "শ্রীকাংমচা থংগাল লাইফম লাকপা তুলি নাদ মেজর" হৌজিক ফাওবদা চিপু হায়বা মফমদা

তেক কায়দনা লৈরি। মৈতৈনা লোই চল্লম্বা খুজংশিং অসিনা মণিপুর মহারাজদা কাংশি (Gongs), শামু ময়া (Elephant tusks) অমসুং থুম (Salt) ওইনা চহীগী কাজং পীরমই।

খৃঃ ১৮৭৯ ওক্টোবর থাদা নাগা হিলস্ দা কোহিমাগী পোলিটিকেল ওফিসার মিঃ ডামণ্টবু ঙামে চীংমীশিংনা হাৎলগা মকম অতুদা লৈবা বৃটিশ ওফিসারশিংবু মখোয়গী মুপী অঙাং য়াওনা কোয়শিন্দুনা থমথ্রে হায়দুনা মতেং প্যাংবিনবা জনষ্টোন সাহেবনা মহারাজদা হায়জরকপদগী মজাইবুংঙো অনীগা লোয়ননা থঙ্গাল জেনেরেলনা লাম্বী লিশিং অনী পুদুনা মকম অতুদা চত্তুনা বৃটিশ মখৈবু কনবিখি। মতুংগীদমক ১৮৮০ ইংগী ফেব্রুয়ারী ২৩ দা আসামগী চিফ কমিশ্নার মশামক মণিপুরদা লাক্লুনা থঙ্গাল জেনেরেলদা সনাগী ষ্টার (star) পীরমই। বৃটিশ সরকারনা জেনেরেল অসিদা তোঙাল তোঙালবা থৌদোক্তা পিখিবা সার্টিফিকেট পুল্লা ১২ শুই। রাকম অসি ১৮৯১ ইং জুন ১৮ দা জেনেরেল অসিনা গোভর্ণর জেনেরেলদা ইবা মেমোরেন্দমদা ইবি।

চহী অসিগী ওক্টোবর থাদা মেরাগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিত্তা মহারাজনা থঙ্গাল জেনেরেলদা খুবোম-য়াই, খুদাং-য়াই, থোঙ্গাই মথক মখা অমসুং তাংবল্লোই পীখি। খৃঃ ১৮৮৪ দা মহারাজনা কাংঙবা মেজরগী মচা-মশু থারা পুম্নমক থৌগল অরা-অনা কোকপীখি। মখোয়না হান্না পুরম্বা সনা শাবা অমদি মজুর (forced labour) গী থৌ কোকপিখি।

মণিপুরগী অরাং ঙমখৈ যাৎনবা ক্রস সাহেবকা চৎলম্মী। কোহিমা ফাওরসি মণিপুরগী লমনি হায়না জেনেরেল অসিনা দাবী তৌখি। নোংপোকলোমদা কবোনা মণিপুরগী ঊচান পোকপী থানাবু যাঙৌপোকপী থানাদা হোংহল্লদুনা কবোনা লম হেক্তিল্লকপদা থঙ্গাল জেনেরেলনা কবো যৌনা চত্তুনা মৈতৈগী লমদি তাংখুল তারিবা লম পুম্নমক মণিপুরগী লমনি হায়না দাবী তৌদুনা কবোগী খুত্তা তারমগদবা তাংখুলগী লম পুম্নমক জেনেরেল অসিনা কলহৌই।

কোহিমাদা লৈবা চৈংমী মশেল মহৈ মহৈ মীচং নাইনহনা শাথীনা থৎনববদা মহারাজনা থঙ্গাল জেনেরেলবু মফমহুদা থারম্মী অমসুং যাম্না লাইনা তাইশিনহনখি। মতাইশিন্দি—থঙ্গালনা খাম্না যাত্রবদি মী চাগনি হাযজিন্দুনা মী অশিবা শেমহন্নগা 'থঙ্গাল মী চাই' হাযহনা কিহন্নগা চৈংমী-শিংনা ভাওরকপা অদু ইরাই লাইনা তাইশিনখি। মসিগা মান্নবা মতাইশিন অমসু থিবোম্মৈ হাউথুলদা নাকপাক তান্নহনা থৎনবগী রাথোক অমদা অসুম্না শিজন্নখি, মাদুদি-থঙ্গালগী মনাই থন্না হায়-অঙবদি নখোয়গী ভা অদু চারোই, মীশা চাগনি, থুনা লোক্তগী মী অশিবা পুরকউ হায়না পুরকহল্লে। থোংবা যানবা শেমহল্লে। থঙ্গালগী মনাইনা মখোযনা লাংজবন্না ভক্রা অদু মতুম চাউনা চাউনা লেন্দুনা থোংলগা চাবহুদা হাউয়াম্না থঙ্গাল মী চাবে হাযহনা কিহনা চেন্নখি। অদুগা মশেল থৎনরম্বা অদু পুনশিনহনা থুরুমহনা হায়জখি মেজর, ননাই ঐখোয় থৎনদরে, চান্নজরে।

খৃঃ ১৮৬৭ তা ক্রস সাহেবনা চাননবা যণ লাবা অমা হাৎকদোরে তাবদা মহান্না সাহেবকা বাঙ্গলাদা চঙহনা ঐখোযগী লৈবাক অসিদা বণ হাৎপা য়াদে হাযহনা যণগী এমল রুপা ২০ পীবম্নগা যণ অদু চিংহনা লাকখি।

খৃঃ ১৮৮৬ তা বরাচাউবনা লান হৌরকপা মতাংদা থঙ্গাল জেনেরেলনা বরাচাউববু লান্দা মাযথীবা পিথি অমসু বরাচাউবগা লোযননা নিংথেম-মচা ৯, বামোন ৫ মৈতৈ ১১৩ গা কোম্বনা নোংমৈ ৩৩ ফাম্বকই। থৌদোব অসিদা সুরচন্দ্র মহারাজনা পেল্লহনা জেনেরেল অসিদা লৌ পবি মরিগা লুপা ক্বাইশেনগা মনা পিখি। পনবা য়াই মহুদি সনা বরাচাউবা হাযবসি নরসিংহ মহাবাজগী মচানিপানি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মহাকপু যাম্না লুনা চান্না তৌবিরমই। অদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মহাকপু য়াইম্লাকপা হাপ্পীরমই। মহারাজনা খৃঃ ১৮৮৬ কী মেগী তাং ২০ দা নোঙ্গাখিবগা পোৎলোইবা লোইফাত্রিভৈদা বরাচাউবনা নিংথৌ ওইনবা হৌরকখিবা লাননি। কোম্মুং কংলাদা মহারাজগী অশিব মশা পোৎলোইনবা মজাইবুংভো পুন্নমক লাংলিভৈদা পাউনা ব্রজবাসীবু বরাচাউবা থেংনবা

থারমই অদুবু পাউনা ব্রজবাসীনা বরাচাউবগী মীচংচঙখিবদগী বরাচাংবা মাযথীরবা তুংদা পাউনা ফাদোক তাখিবনি হায়দুনা নিংথৌখোংজম ওজা খেলচন্দ্রনা তাকপীরকই। হৌজিক তম্ফাসনা গার্লস হায়র সেকেন্দরী বিলডিং লৈরিবা অসিমক্তদা বরাচাউবা যাইফল্লাকপগী শঙ্গায় লৈবমই। মতুদগী হন্দোক্তুনা ইবোইশেম্বা চীংযাদগী লান হৌরকখি। অহানবা লাম্ভংদা মাযথীবদুনা কাছাড যৌবা চেন্দুরবনি। মতুংদা অমুক ইরোই-শেম্বদা তেঙ্গোল শাদুনা লান চঙলকপদা মায়থীখিবনি অমসুং ফাখিবনি হাযনা ওজা খেলচন্দ্রনা তাকপীরকই।

খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ ২৪ দা নুমিৎচুপ্পা লান লেংনববা তুংদা মখোযনা জয় তৌবা ওম্মরোয উববদা সাহেবশিংনা মুম্মিদাংগী পুং ৭.৩০ রোম তাবদা লান লেপ্পবা বেঙ্গুন (Bugle) খোংলমই। পুং ৮ তাবদা চিফ কমিশ্নাবগা আংতাপ্পা বৃটিশ ওফিসাব মরিগা সনা কোন্নুং মনুঙদা দববাব তৌনবা চঙলকপদা জেনেবেল অসিনা "লাকনু, চঙলকনু, মচা-মগু, মরী-মতা, চান্ন-চিন্নবশিংবু বৃটিশনা হাৎখিবগী অশাউবা মণিপুরীশিং মফম অসিদা পীকথন্না লরি" হাযনা মণিপুবী অমসুং হিন্দুস্থানী মবোন্দা হাযরমই। উাশং-থোওইদনা হায়বিবা অদু তাশিন্নদনা কোন্নুং চঙলকখি। দববারগী থোঙ লোল্লম্বদগী মনাক্তা অহাংবা মফমদা দববাব তৌখি। অহৌবমক্তদা থঙ্গাল জেনেবেলনা হাযখি— "যদি অস্ত্র শস্ত্র ফেলিযা দেব' (হিন্দুস্থানী মরোন্দা) অমুকসু মণিপুরীদা—"লান তোক্লগে, বাবী শান্নসি হাযরবদি বৃটিশকী খুৎলাই পুন্নমক ঐখোযগী সিপাই থাদুনা লোইহল্লগে, কোন্নুংদা থমসে, দববাব লোইবগা ঙম্না পুজখো" হাযখি। কুইন্টন সাহেবনা বাফম অসি য়াখিদে। দববার কাযদুনা হন্নখি। হন্নকপদা মীয়াম্না ফুজিন্নকপদা লেফটেনেন্ট সিম্পসন মকোক্তা থাঙনা যান্দুনা মহাক শাথীনা শোক্লে। পুগ্রম্বম ফিডাংনা তা-না থিন্দুনা গ্রিমউড সাহেবপু হাৎখরে। লেমহৌরিবা বৃটিশ ওফিসারশিং—মিঃ কুইন্টন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন, কসিন্স, কর্ণেল স্কীন অমসুং বেঙ্গুন খোংবা মখোয মঙামক লোইনা হাৎনবা থঙ্গাল

জেনেরেলনা হুকুম পীখি। পুথাংকোক-পথাংকোক্তগী মৈত্রবাক অসিদা হায়নরকপা কংলা "শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক কেনগনি" হায়বা অদু জেনেরেল অসিগী থৌইনশিন্দগী থোকখিবনি।

মীওইবনা নিংথৌরোল অমথক্তদা ফাওবা অচৌবা অমা ওইজগে তানবদা ফংঙমদবদা থঙ্গাল জেনেরেলদি নিংথৌরোল মঙা হায়বদি গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ, চন্দ্রকীর্ত্তি, সুরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র সনা হাক্তক্তা মেজর জেনেরেল ওইরকপা অমত্তা ঙাইবা নিংথৌ ওন্না অঙম্বনি। মণিপুরদা ওইবম্বা পোলিটিকেল এজেন্ট ১২ থেংনরকপা জেনেরেলনি। শা-লান্দা, রাযেন-থৌদাবদা, লৈবাক রাথোক-লান্তোক্তা নিংথৌ খুদিংমক্তা থাদোক্তবা অথৌবনি।

জেনেরেল অসিগী শাওং-শাদাদি— রাং-চাউই, মুরৈনৈ, যাম্নসু নোইদে, য়েংবদা শককম অদু গম্ভীর ওই। মুমিৎচুপ্পা রাখল খনগনবা অকিবা হঙ্গোইবা শকফম্নি। মীনা মমাঙদা রা ঙাঙবা হঙ্গোইনৈ। লৈঙাং মচুগী শি শেংপা অমসুং কোইয়েং যেংপা পামই। মশা নোই, নাগন্দে। মিসেস গ্রিমউডনা ইবমই—"অহল ওইরবা মাযথোং অদু ফজে, অহল ওইবগী মায় অদু মযি-মযি চৎলে অমসুং উনশা থুইবে। অমূবা মমিৎ অদু থোই। ঙৌববা পীগুম অদু শুক্লে, মশমসু ঙৌরে। মনাত্তোন অদু তুমই, অদুগা খরা কোম্বরপ তৌই, মচিন্নান ফজে। মহাক্না করিগুম্বা অমা তৌগে নীংগ্রবা অমদি হাযগ্রবদি রাফম অদুদগী খক হন্দোক্তে।

শা-লান্দা থৌবা ফবা, লৈঙাকলোন খঙবা মী অমা ওইনা খাইনা মহাকপু খঙনরবসু জেনেরেল অসি অচুম্বা থবক্তা মায় ওনশিনবা ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা মী অমা ওইরমই। মহাক্না রাধা কৃষ্ণগী চেক্লা শাবা দলাল অমা কৎলম্মী। হৌজিক সনা কোমুং মনাক্তা রাংখৈ লৈকাইদা লৈরিবা দলাল অসি মহাক্না কৎলম্বা অদুমক্নি হায়। খৃঃ ১৮৭৯ গী কালেনগী হুমনি পানবা (অক্ষয় তৃতিয়া) শগোলশেন মুমিত্তা "কাংঙবা

মেঙ্গোরগী ফুরা হোংএ'' হায়না চৈথাবোল কুম্বাবদা ইরি। চন্দ্রকর্তি মহাবাজগা ঈশৈ ফাংনখি হায়না স্যার জেমস জনষ্টোন সাহেবনা মাগী ডাযরীদা খৃঃ ১৮৭৮ গী এপ্রিল ১৪ দা ইরমই।

জেনেরেল অসি ইলিসকী চৎনবী টেকনিকেল অযাম্বা খঙবা জেনেবেলনি। বৃটিশনা য়েকপা মেপ্তা মণিপুরগী কয়িঙম্বা মফম অমগী নৈনবদা মেপ অত্থদা খুদক্তা খুৎনা থিন্দুনা তাকপা ঙম্বা মগুণ চেনবা মীশক্নি হায়না জনষ্টোন সাহেবনা শীংথাবদা যাওবি মণিপুরগী লম্মিং তুম্মিং ঙমখৈ ফজনা খঙবা মীশক্নি।

খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ২৭ তা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনথবদা মেজর এইচ, সেন, পি, ম্যাক্সওয়েলনা মণিপুরগী ইহান হানবা চিফ পোলিটিকেল ওফিসাব ওইবগা মহাক্কী চিফ সেক্রেটরী ই, এম, সীমসনা মার্চ ২৪ দা বৃটিশ ওফিসার কযামুক বিশ্বাসঘাত তৌত্থনা হাৎখিবা মীওইশিংবু ফারকপা মীওইদা শেলগী মনা পীগনি হায়না লাউথোক্লমই। থঙ্গাল জেনেবেলবু ফাবা ঙম্বা মীওইদা লুপা ২০০০ পীগনি হাযনা পল্লি।

থঙ্গাল জেনেরেলবু কনা অমতনা ফাইনখিদে। মশানা ১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ৭ তা সরকারদা চঙজরকখি হাযবা মখাগী টেলিগ্রাম মরোল অসিনা তাকই, মত্থদি—

"7 th May, Thangal Surrendered himself to-day and is now in custody."

Telegram from chief Political officer, Manipur, to the foreign secretary simla dated May 8, 1891.

অত্থবু থঙ্গাল জেনেরেলবু ফাগৎনবা হোৎনবদা তেংবাংখিবা মী মবিদা মথংশিংনা লুপা ৭০০, লুপা ৬০০, লুপা ৪০০, লুপা ৩০০ পুম্না সরকারনা লাউথোকখিবা লুপা ২০০০ অত্থ শুনবা মেগী তাং ২৭তা চিফ পোলিটিকেল ওফিসারনা য়েম্ভোকখি।

কাববা নত্রগা চঙজরক্লবা থঙ্গাল জেনেরেলবু জেলদা থম্লম্মী। তুংদা জেনেরেল অসিগী লৈজরম্বা লুপা লিশিং তবাগী প্রোমিসরি নোট ৮ মৎতুনা সরকারনা লৌখি অমসুং নোট পুম্মমক অদু চিফ পোলিটিকেল ওফিসারনা জুলাইগী তাং ১০ দা আসামগী কম্পট্রোল্লরদা থাখি।

## থঙ্গাল জেনেবেলগী বিচার

থঙ্গাল জেনেরেলগী বিচাব মণিপুবগী চিফ পোলিটিকেল ওফিসাব মেজর ম্যাক্সওয়েলনা তৌবম্মী। মেগী তাং ২২ দগী সাক্ষীশিংগী জবান লৌবা হৌবগা মেগী তাং ২৮ দা জবান লৌবা পুমলোই লোইশিল্লম্মী। মেগী তাং ২২, ২৫, ২৭ অমসুং তাং ২৮ মুমিৎ মবিনিথক্তা চঙখি।

বিচারগী মতমদা সরকাবগী পক্ষদা সাক্ষী ৬ চোংথোরকখি, মখোয় অদুদি—

১। গীরিধারী সিংহ পিং মাধব সিংহ, সাং অঙোম লৈকাই, মশাগী চহী ৬০, অঙোম নিংথৌ।

২। যাত্রা সিংহ পিং কাকু সিংহ, সাং কৈশামথোং, মশাগী চহী ৪৯, শিনফম মারাজগী গুদাম পান্নবা।

৩। উসর্ব্ব সিংহ পিং চুডামনি সিংহ, সাং কবো লৈকাই, মশাগী চহী ৩৫, কোন্নুংগী কর্ম্মচাবী।

৪। মনি সিংহ, নেপ্রা মচাহল পিং কেশোব সিংহ, মশাগী চহী ৩০, সাং যম্নাম লৈকাই।

৫। অঙাংজাও সিংহ পিং অতোজাও সিংহ, মশাগী চহী ৩০, সাং খাগেমপল্লি।

৬। য়াইমা সিংহ পিং শ্রীদাম সিংহ, মশাগী চহী ৩০, সাং মুতুম কিবো।

থঙ্গাল জেনেরেলগী পক্ষদা সাক্ষী অহুম্না জবান পীখি, মখোয় অদুদি—

১। থাংজম চাউবা সিংহ পিং অতোম্বা সিংহ, মশাগী চহী ২৫, সাং অংগোম লৈকাই।

২। ভুবোল সিংহ পিং গোবিন্দ সিংহ, মশাগী চহী ২৫, সাং কৈশামথোং তোপ লৈকাই।

৩। নিংথৌজাম্বা চাওবা সিংহ পিং মিনান্দো সিংহ, মশাগী চহী ৬০, সাং ওইনাম থিংঙেল।

## বিচারগী রায় অমসুং দণ্ড

খৃঃ ১৮৯১ গী জুনগী তাং১ দা রায় হাযদোক্লমই অমসুং মথাগী মরাল অনী অসি শীরমই :—

১ বা মরাল—খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চগী তাং ২৪ নত্রগা অতুরাইদা থঙাল জেনবেলনা মহারাণী ভিক্টোরিযাগী মথক্তা লান হৌখি।

২ বা মরাল—আসামগী চিফ কমিশ্নার মিঃ কুইন্টন, ৪২শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী লেফটেনেন্ট সিম্পসন, ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টগী কর্ণেল স্কীন অমসুং আসামগী চিফ কমিশ্নারগী এশিষ্টেন্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্স হাৎপা যাওই।

মরাল অনী অসিগীদমক থঙাল জেনেবেলবু শিন্দ্রি ফাওবা ওকতা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা হুকুম পীখি। রায় অসি পাথোক্লুনা জেনেরেল মশাদা তাহল্লম্মী।

শীরিবা মরালশিং অসিগী মাযোক্তা থঙাল জেনেবেলনা জুনগী তাং ১৮ দা ভারতকী ভাইসরোয় এণ্ড গোভর্নর-জেনেবেলদা ইংরাজীদা ইবা মেমোরিযেল (Memorial) অমা লানথৎতুনা মহাক্কী মথরাই কনবিনবা হায়জরমই। মাতুদা বৃটিশ ওফীসারশিংনা মথৌনা ফবা অমসুং সরকারদা তেংবাংবদা পীরম্বা সার্টিফিকেট ১২ হাপচিনখি। মেমোরিয়ল অতুদা পনখি মতুদি মহাক মশামক চহী ৮৫ হায়রক্লে, তুংগী আশা উদ্রে, নাসু তাত্রে, থা অমদগী হেন্না জেলদা লৈরকপদগী পাঙলসু যাম্না শোল্লে,

মহাক্কী মরল-মথুম পুন্নমকস্থ গোভর্ণমেন্টনা মৎপিথরে, মহাক্কী থুপী অঙাং কাওবা লৈব্বম লৈতরে। লাইবক থীরবা, লাইরবা অহল ওইরবগী নিংশিং চেরোল অসিদা খৌজালবিন্নুনা থবাই কমবিনবা হায়জরমই।

মেমোরিয়েল অসি বা ওইনা লৌখিদ্রে। চহী অসিগী আগষ্টকী তাং ১০ দা সিমলাদগী টেলিগ্রাম ওইনা মখাদগী রারোল অসি লাকখি। মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী কমাণ্ডিং ওফিসাব মেজর জেনেরেল কোলেটনা আগষ্টকী তাং ১১ দা ফংখি, রারোলদি অসিনি—ভারত সরকারনা থঙ্গাল সিংহ ওফে থঙ্গাল জেনেরেলবু হাৎপগী মরাল লৈবে হায়না লৌরে, হাৎপগী দণ্ডি অস্থু পাংথোক্কবা হুকুম পীরে।

To, From Simla

General Collet Official instruction/urgent

The Govt. of India consider that Thangal singh alias Thangal general was properly convicted of murder and direct that the sentence of death be carried into execution.

From Foreign

ভারত সরকারগী অয়াবা ফংবগা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীমকপু পুন্না খৃঃ ১৮৯১ গী আগষ্ট ১৩ শগোলশেন মুমিত্তা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা থিবেশ লৌখি। রাক্ষম অসি ফাঁসি তৌগদবা নোংমা রাৎলিঙৈ হায়বদি আগষ্ট ১২ যুমশকৈশা মুমিৎকী মুমিদাংবাইদা থঙ্গাল জেনেরেলদা থওহল্লম্মী অমস্তুং মরী-মতা, মচা-মগুশিংগা উনহল্লম্মী। মুমিৎ অসিদা চিফ পোলিটিকেল ওফিসারনা ইংরাজী অমস্তুং মৈতৈরোন্দা অথন্নবা চেরোল পুথোক্কনা প্রজাশিংদা রাক্ষম অসি লাউথোক্লম্মী, মথুদি—

## PROCLAMATION

It is hereby notified for the information of the subjects of Manipur that before the court of the Chief Political officer, Thangal General of Manipur was tried and convieted of waging war against the Queen Empress of India and the murder of British officers and was sentenced to be hanged which sentence has been confirmed by the Govt. of India and will be duly carried out.

---

তরানিপালশুবা তাঙ্কক

## ফাঁসিগী শগাইদা

## যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং থঙ্গাল জেনেরেল

ইং কুমজা ১৮৯৯ গী আগষ্টকী তাং ১৩ শগোলশেন হুমিৎনি। টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীমকপু মতম অমত্তদা কৈদাবুংদা ফাঁসি তৌনবা শগাই অনী শাগৎলমই। ফাঁসি তৌবা নংনবা য়াম্না হাথু-হাথু শাগৎলমহ। ফাঁসি তৌগদবা হুমিং অতুগী হুমিং হুংবা মতমদা শগাইশিং অতু শাবা লোইশিল্লম্মী। হৌজিক্কী বীর টেকেন্দ্রজিৎ পার্ক নত্রগা পোলোগ্রাও হাযনা খঙনবা অসিগী মমুংদা 'শহীদ মিনার" লৈরিবা মফম অসিমক্তদনি। মতম অতুদা মফম অসিদা কৈথেল অচৌবা ওইবমই হায। মসিনা তাকই মতুদি অথোবা অনীমকপু ফাঁসি তৌখিবা মফম অসি মীয়াম্না উন্নবা কৈথেল ময়ায়মক্তদনি অমসুং মতমগী

কৈথেল তিনখৎলকপা মতমনি। খোদোক অসি মণিপুরদা লান্দাবা চৎলমদাইদা তেঙ্গোল অহুম্বকী কম্মণ্ডিং ওফিসার জেনেরেল কোলেটতা গোভর্ণর জেনেরেলনা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১৩ দা পীখিবা পাউতাক "মরাল লৈবশিংগী দণ্ডি মীয়াম মমাঙদা পীগদবনি" হায়বা অহুগী মতুংইনবনি। ফাঁসিগী শগাই শাবা অহু ফাঁসি হুমিংকী হুমিং য়ুংবা মতমদা লোই।

যুবরাজবু হুংশিবা মী কয়া কয়ানা অযুক অঙনবদগী হৌনা লাক্লখি। চাওরাক্লা মী লিশিং নিপাললোম তিনখি। হুপীনা হুপাগী মশীঙদগী হেনখি। মী য়াম্মন্দুনা শামু পুখোক্ত্না মীয়াম অহু তকখোক্লম্মী।

## ফাঁসি হুমিংকী থৌরাং

ফাঁসি হুমিংকী থৌরাং মেজর জেনেরেল কোলেটনা আগষ্টকী তাং ১২ দা তৌখিবা ওর্ডর নং 496/Execution গী মতুংইন্না মথাগী অসুম্না থৌরাংখি—

১/২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী রাইফল পাযবা সিপাই ২০০ না ফাঁসি হুমিংকী হুংখিল পুং ৪.৩০ তাবদা কোমুংগী হথোঙদগী ফাঁসি শগাই কাওবা কাজ তৌহনা লৈরমই।

ফাঁসি শগাইগী অরাংথংবা নাকলদা ১/২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী সিপাই ১৫০, খাথংবদা ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী সিপাই ১৫০ লৈরম্মী। নোংচুপথংবা মায়কৈদা ১/২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী সিপাই ৫০ অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী সিপাই ৫০ পুম্না ১০০ লৈরমই। মখোয়বু ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী কর্ণেল এইচ ইভান্স (Colonel H. Evans) না কমাণ্ড তৌরমই।

টেকেন্দ্রজিৎ খিন্দোরকদবা ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টগী রাইফল পায়বা সিপাই ৫০ অমনা হুংখিল পুং ৪.১৫ তাবা অহুবাইদগী রেজিমেণ্ট অসিগী কাটর গার্ডতা কাজ তৌহনা লৈরম্মী অমসুং পুং ৪.৩০ থরা

হেল্লকপা অত্থবাইদগী যুবরাজবু ফাঁসি শগাই মফম তান্না থিন্দোরক্লম্মী। থঙ্গাল জেনেরেলবু থিন্দোরকপা সিপাই ৫০ অত্থুগা মফম অত্থুদা পুল্লগা নোংপোক মায়কৈ পুরম্মী। থিন্দোরকপা মতমদা বৃটিশ ওফিসার অমমল্লা লুচিংলকখি।

৮ শুবা বেঙ্গল মাউন্টেন ব্যটরীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসারনা মায়কৈ অমমমদা সিপাই ১০/১০ গী হিংদা মাযকৈ মগী সিপাই ৪০ না প্রজাশিংবু সিপাই'শংদগী গজ ৫০/৫০ থাপ্পা লৈহন্নবা অমদি হেন্দোরক্লনবা শিন্ননবা থম্লমই। অতোপ্পা সিফাই কাডবু অমমু বৃটিশ ওফিসার অমগী মথাদা খুৎসাই পাযহন্দুনা থম্লম্মী, মখোয় অসিদি দবকাল হেক ওইবদা শিঙ্জিন্ননবা রিজার্ব ফোর্স (Reserve Force) নি। তিল্লঙ্গা ওফিসার-শিংগী মবক্তা প্রোভোষ্ট-মার্শোল অমসুং সেনিযার মেডিকেল ওফিসার এ, কোলমেন (A. Coleman) যাওবম্মী।

অককুবা মতমদা যুববাজ অমসুং থঙ্গাল জেনেবেল পুথোক্লকখি। টেকেন্দ্রজিৎ ফাঁসিগী শগাই মথক তান্না মখাওনা কাখৎলমই অমসুং নিপা থোক্লা চপ তিংনা লেপ্পমই। শগাই মথক অত্থু হেক যৌরকপদা ফাঁসিগী এর্ডব অত্থু পাত্থুনা খঙহল্লম্মী।

অরোইবা মীকুপ ফাওবা থঙ্গাল জেনেরেলনা যেক্লবনা হাযবা যাখিদে। থঙ্গাল জেনেবেলদি নাশিন্নত্থুনা ফাঁসিগী শগাই মথক্তা কাখৎপা ঙমমদে অমসুং চৌকি অমদা ফমহন্দুনা পুখৎলমই। সার্জেন্ট অমনা জেনেবেলগী মরেংবান্দা পোপ, পোপ, ফুত্থুনা হাযবমই—"তৌজিক্তি তৌগৎলো অহল নত্রবদি ঐহাক্না নহাকপু ফাঁসি তৌত্থুনা হাৎপা ঙমত্রে।" থঙ্গালনা মঙোন্দা থৌশাদনা মিংফম হোৎদনা যেংলমই, মত্থুদগী অর্থ হন্দোকপা নিপা অত্থুদা মুন্না যেংলগা থঙ্গালনা মকোক হায়রমই অমসুং যান্না হৌনা কাক্-কাক্ নোক্লমই। অর্থ হন্দোকপা নিপা অত্থুনা হাযরমই—"স্যার, জেনেরেলনা হৌগৎলোই হায়রি।" সার্জেন্ট অত্থুনা খেমত্থুনা হায়রমই—"ঐহাক্না মঙোন্দা শোক্লবা তৌরোই হায়ত্থুনা অহল

অত্তুদা হায়ত্তনা যেংউ।" মসিন্থ অর্থ হন্দোক্লমই, তৌইগুম্বন্থং থঙ্গাল সেংবা ফাওবা লেংলমদে। নিপা অমনা থোরী শাংদোক্লবা ফাঁসিগী শগাই মথক্তা কাখৎলমই অমসুং থৌবী অদু থঙ্গাল জেনেরেলগী ঙকশমদা মঙঙ চানা সার্জেন্ট অত্তুনা শেমজিনবগা লোয়ননা টেকেন্দ্রজিৎকী ঙক-শমদম্ভ শেমজিল্লগা অথৌবা অনীমকপু ফাঁসি তৌত্তুনা হাৎখি।

তিল্লম্লিবা মীয়ামত্তুগী মরক্তা কপ্‌ লাউবগী খোঞ্জেলনা মফম অদু পুমনিল নিল্লমই।

অনীমক্কী অশিবা মশা অদু পুং অমা য়ান্দুনা থমখি। পুং অমগী মতুংদা মেডিকেল ওফিসার এ, কোলমেন্না ফাঁসি শগাইদা যান্দুনা লৈরিবা অথৌবা অনীমক্কী মশা পাযত্তুনা যান্না কুপ্পা যেংলম্মী অমসুং নথরাঘ যাওদ্রে হায়না লাউথোক্লম্মী অমসুং সার্টিফিকেট পীরম্মী।

Certified That Tekendrajıt Bır Sıngh late Senapatı of Manıpur was this 13th day of Augusr 1891 hanged at Manipur ın my Presence and that I examıned. The body after hanging for the space of one hour and found lıfe to be extinct.

Sd/—A. Coleman
Senıor Medıcal officer.

Certifıed that Thangal Singh alias Thangal General of Manıpur was this day of August 1891 hanged at Manipur, ın my Presence and that I examined the body after hangıng for the Space of one hour and found life to be extinct

sd/—A. Coleman
Senior Medical officer
Manipur

লোয়ননা মণিপুরগী চিফ পোলিটিকেল অফিসারনস্তু মমাঙমক্তদা বীর টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং থঙ্গাল জেনেরেল ফাঁসি তৌহুনা হাৎখিবনি হায়না সার্টিফিকেট পীখি।

**Certified that Tekendrajit Bir Singh late Senapati of Manipur was this 13th day of August 1891 hanged at Manipur in my Presence.**

**Sd/-H. P. Maxwell**
**Major, Chief Political officer**

**Certified that Thangal Singh alias Thangal General of Manipur was this day of August 1891 hanged at Manipur in my Presence.**

**Sd/-H. P. Maxwell**
**Major, Chief Political Officer**

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীবু হাৎখিবা তমথিরবা মীহাৎ অদুবু মণিপুরগী রাংমদা ভারতকী মফম কযাদগী নিন্দা তৌনরকখি অমস্তুং বাংলা অমসুং ইংরাজী চেফোঙশিংদা অলোচনা তৌনবকখি। মদু ফোংখিবা বাংলা চেফোঙশিং অদুগী মনুংদা হিতবাদি, সঞ্জিবনী, সমাচার, বঙ্গবাসী, চন্দ্রিকা, জন্মভূমি শীংথানবা যাই। মখোয়না নৈনখি—মদুদি কেশ হৌবকপা কান্দা উকিল লেপহনগে, মৈতৈ লৈবাক্তা উকিল লৈতে, কাছাড়দগী নেক্কে হায়জবদা কোর্টনা যাবক্তবা অসি বৃটিশ রাজ্য অতৈগা শান্নদবা অমনি আইনগী রাংমদনি, মীওইবগী অধিকার মাংহনবনি। মদুগী মথক্তা মার্শেল কোর্টকী মথক্তা আপীল তৌজগে হায়বসু যাদবা অমসুং উকিল যাওহন্দবা অসি কোর্ট অদুনা নত্রগা সাহেবশিংনা তৌনিংবতা তৌনবা খুদোংচাবা লৌবনি।

মখোয়না নৈনখি মদুদি টেকেন্দ্রজিৎপু বিচার তৌখিবা কোর্ট অদু পার্ল্যামেণ্টনা শেম্বা আইন অমগী মথাদা শেমখিবা নত্তে। জজ্ ওইখিবা মীওই অহুম্মক আইন হৈবা নৎলমদে। হীরম অসিদা মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক ডাঃ রামেশচন্দ্র মজুমদারনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু

তৌখিবা বিচার মতৌ অদু বিচারনি হায়না লৌবা য়াদে, অদুগা মীহাৎ অদুসু Judicial murder নি হায়না অলোচনা তৌরমই। মসিমসু পল্লমই, মতুদি টেকেন্দ্রজিৎনা আইনগী অয়োবী দণ্ডি কংলিবা অদু মবালগী-দমক নত্তে, মথৌনা অমসুং মারংজেল লৈবগীদমক্কি হায়না ইবি— "Tikendrajit Paid the supreme Penalty of law, not for the crime but for his courage and ability. *

টেকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা কাননবা থৌরাং অদু হিংচা-য়াইতন্নগী থৌদোনি হাযনা The Star কৌবা চেফোঙদা ফোঙখি। খুদোংথিবা থোকখিবা অসিনা ভাবত্তা মীখা পোনবা কোরুবা বাখল শন্দোকপনি হাযনা লৌই হাযনা ফ্রান্সগী পাউচেল চে Solien দা ফোঙখি। থোকখিবা থৌদোক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা ইফৎ-ফত্তবা থৌদোক্কি হাযনা লন্দন্দা ফোঙবা Review of Review না ফোঙখি। গোভর্ণর-জেনেরেল লর্ড ল্যান্সডাউন-না টেকেন্দ্রজিৎপু শিনবা দণ্ড পীদ্রবদি মহাক মশামক কম থাদোক্কনি হাযবা ভদুনা মহাবাণীগী মংচৎ থিহনখি। লর্ড ল্যান্সডাউনগী পোলিসি অদুদা ইংরেজ অযাম্বা ইকাইবগা লোয়ননা টেকেন্দ্রজিৎকীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকখি। অহোযননা বৃটিশ গোভর্ণমেন্টগী অন্দর সেক্রেটরী শ্যাব জোন গোষ্টনা ভাবত সবকাবদা যাম্না শাথিনা ইকাইবা পীবা টেলিগ্রাম তৌবকখি।

টেকেন্দ্রজিৎপু হাংখিবা মীহাৎ অসি ফোর্স শিজন্নদুনা আইনগী বাংমদা হাংখিবনি। বিচার মতৌ অদুসু ফাগী-ফবাংগী বিচাব মতৌনি হাযনা মুসৌরিদা লৈরম্বা কেপ্তেন এ, ডবলিউ হেযারশে ( Captain A W. Hearsay ) না মাগী "Manipur" ( 1891 ) কৌবা লাইরিক্তা ইরি। মসিমসু পল্লি মাত্তুদি মথোযনা পাম্নবদি হাম্না হাংলু, কোম্না বিচার তৌ। "It has, so to say, been a cry of hang first and try afterwards."

---

* R C. Majumdar · British Paramountcy and Indian Renaissance

# লৈহৌবা টেকেন্দ্রজিৎকী ইমুং মনুঙ

টেকেন্দ্রজিৎকী মরী-মতা ইমুং মনুঙ নুপী অঙাং শীংথাবদা নুপী তরামাথোই, মচা নিপাল থল্লম্মী। নুপী তরেৎনা মচা পোকই, নুপী নরিনা মচা পোক্তে। মখোয মরি অদুদি নুপী অহল শাপম চনু পেমতোন দেবী, অহুমশুবা নুপী অহৈবম চনু চাওবীহন দেবী, তরাশুবা নুপী অকোইজম চনু অঙাংমচা দেবী অমসুং তরামাথোইশুবা নুপী কোনসম চনু থানিন দেবী অসিনি।

মচানিপা অনী পোকপা নুপীদি য়ুবরাজগী অনীশুবা নুপী লুকমনি দেবী মতোমতনি। মহাক্না পোকপা মচা অনী অদুদি স্নাহল অমসুং স্নাতোম্বানি। লুকমনি দেবী অদু মমিৎ পুমতাং তাংদুনা 'য়ুবরাজ কুঞ্জ' কেশীঘাট বৃন্দাবন্দা লাই নিংদুনা পুন্সি লেনখি। অতে নুপীশিংদি মচা অমমমথক্তা পোকই, মাদুদি মরিশুবা নুপী কোনসম চনু অঙাংজাউবী দেবীনা নেতেন্দ্রজিৎ পোকই। মঙাশুবা নুপী শেঙ্গম চনু তথোং দেবীনা পুতীন্দ্রজিৎ পোকই। তরুকশুবা নুপী ঙাংবম চনু কুঞ্জমালা দেবীনা বীরচন্দ্র পোকই। তরেৎশুবা নুপী লাইতোনজম চনু উমাবতী দেবীনা ভাগ্যজিৎ পোকই। নিপানশুবা নুপী উশম চনু সপাম্বী দেবীনা পিশকস্না পোকই। মাপলশুবা নুপী মাইবম চনু অমু দেবীনা তোলচৌস্না পোকই।

---

তরামাপললগুবা তাঙক

# নিরঞ্জন স্ববেদার অমস্থং চিরাই নাগাগী ফাঁসি অমদি লোই থাখিবশিং

থঙ্গাল জেনেরেল অমস্থং টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ নত্তনা খৃঃ ১৮৯১ গী মহাযজ্ঞদা আহুতি কৎখিবা মণিপুরী ভজন অমস্থু লৈরি। ৩৪ শুবা নেটিব ইনফেন্ট্রিগী স্ববেদার নিরঞ্জনবু চহী অসিগী জুনগী তাং ৮ দা জেল মন্নুঙদা ফাঁসি তৌত্রনা হাৎখি। মহাক্কী মরালদি টেকেন্দ্রজিৎকী যেৎথংবা পান্নোমগী মীশক্তি হায়বসিনি। চোংথামিযাগা মহাকা কোর্টগী রায় অমস্থং ফংকম থোকপা দণ্ডি পুলস্রনি। চোংথামিযাদি উচিন-নাশিননা শিবগী দণ্ডিদগী নাম্নোকহৌবে। মাত্রুগী মহুত্তা পুন্সিচুপ্পা মণিপুরদগী তাম্নোক্লগা আন্দামান নিকোবর দ্বীপতা লোই থাখি। চহীসিগী নভেম্বরগী তাং ৫ দা মকম অত্রুদা থুংখি। চিরাই নাগাবুনা ওক্টোবর থাদা জেল মন্নুঙদা ফাঁসি তৌত্রনা হাৎখি। মহাকপু হাৎখিবগী মরমদি—মহারজ কুলচন্দ্রগী শাসন কান্দা লান লাউথোক্লবদা থেংন-থেংনবা ইংরেজ পুম্নমক্তা নণিপুরীশিংনা এটেক তৌবা হৌবকপা মতাংদা চিরাই নাগানা ময়াংখাং (ডিমাপুর রোড) দা টেলিফোনগী স্থপারিণ্টেনডেণ্ট মেলভিল অমস্থং ব্রিযল সাহেবশিংবু হাৎলুবগীদমক্তনি। পুত্রস্থম ফিস্তাং (কাজাউ) বুস্থ ফাঁসি তৌত্রনা হাৎখি হায়।

চোংথামিযাগা লোযননা আন্দামান্দা লোই থাখিবা মীওইশিং অত্রুদি—কুলচন্দ্র মহারাজ, অঙৌসনা সেনাপতি, লোকেন্দ্রবিরজিৎ সিংহ রাংখৈবাকপা, লুবাং নিংথৌ শাম্ম সিংহ, অরুসিং উসবা, লাইশ্রবা থঙ্গশিং, খোমত্রা ঘনসিং, চাউবা মচাহল, মযেংবা ধ্বজসিং, নেপ্রা নোনিসিং মচাহল, ত্রিলোকশিং নোংথোনবা সম্বাল, ধনশিং শগোলশেন্না নীলমনি আয়াপুরেল, অবুংজাউ য়েংখোইবা অসিনচিংবা অসিনি। মখোয অয়াম্বা ১৮৯১ ইংগী সেপ্টেম্বর ৪ দা তেজপুর জেল য়ৌখি অত্রগা নভেম্বর

৫ দা আন্দামান্দা থুংখি। অসোমদা লৈহৌবা শক্লাইবা খবগী লীথুনি— পাকাসনা খৃঃ ১৮৯৩ গী ইঙাগী ১৮ নি পানবদা বৃন্দাবন্দা শিথরে। খৃঃ ১৮৯৪ দা য়েংখোইবা শিখি। খৃঃ ১৮৯৫ দা সনা বরাচাউবা শিখি। অদুগা লাইশ্রবা জম্বুবান্না খৃঃ ১৮৯৬ দা শিখি। মনাও ইবুংঙো অতোম্বা জিলাঙম্বাবুদি ইনক নক্লা শিলচর (কনাগুম্বনা শিলেটতনি হায) দা লোই থাখি।

নিংশিংবা যাই মতুদি কুলচন্দ্র মহারাজনা মশাগী চহী ৩৬ ভুবদা নিংথৌ ওইখি। থা মাপল ফাফাত্তনা অশান্তি মবক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্নগা মণিপুর থাদোকখিবনি। মহারাজনা মণিপুর থাদোক্লমদাইদা ধনেশ্বরী তুরেলদা হিথক্তা লেপ্তুনা ঙক্তগী মুক্তা পাবং হুক্তোক্তনা "ইমা। লাইবক খিবা ঐগী হাক্তক্তগী মীথা পোলহৌরে, ইমা নচানা বচ্চরিবা দান অসি লৌবিয়ু" হাযদুনা ঈশিংদা হুন্দবম্মী।

থোকখিবা থোদোকশিংনা মবম ওইদুনা বৃটিসশিংনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মচা-মশু পুম্নমকপু নিন্দা তৌখি॥ অদুনা নবসিং মহারাজগী ধাবা-নালা থিগত্তনা ভুবনশিং যুবরাজগী মমৌ মোইরাংথেম ললিতা মঞ্জরীনা পোকপা মচা ৪ গী মনুঙদা অতোম্বা চহী ৮ খক্তা ঙাইবিবা চুরাচান্দ সিংহবু ১৮৯১ ইংগী আগষ্ট ২১ দা মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি। অদুগা ১৯১৩ ইংদা হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা শ্রীগোবিন্দজীউগী মন্দির অমসুং কোন্নুং শাদুনা হোংদোকখিবদগী হান্নগী মৈতৈগী তীর্থস্থান ওইনরম্বা শংলবা কংলা অদু কোন্নুং অমনবা হাযনা খঙনখ্রে। অদুগা কংলা মনুঙদা মরিশুবা আসাম রাইফলস থমজিনখি।

লোইরবা